# মৈতৈরোন অরিবগী
# রামায়ণ
## ( লঙ্কা কাণ্ড )

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম্না
সম্পাদন তৌজবা।

মমল লুপা ২·৫০

কোঙদোকপা—
শ্রীথাংজম য়াইমবী সিংহ
থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং,
ইম্ফাল (মণিপুর)




১৯৭০ ইং
অহানবা কোঙ্বা N

জে, এম, প্রেস
ইম্ফালদা ছাপা তৌবা।

# ৱাহৌদোক

সপ্তকাণ্ড রামায়ণগী মনুংদা লঙ্কাকাণ্ড হায়রিবা অসিনা তরুকশুবা কাণ্ডনি—সুন্দরাকাণ্ড অমসুং উত্তরাকাণ্ড অনিগী মরক্নি। সুন্দরাকাণ্ডদা সমুদ্র থিংবনি অদুগা লঙ্কাকাণ্ডদা রাম-রাবণগী লাণ্থাওনি হায়মা কৃত্তিবাসী রামায়ণদা অসুম্না ইরি—

"সুন্দর কাণ্ডেতে হয় সাগর বন্ধন।
লঙ্কাকাণ্ডে রাম-রাবণের মহারণ॥"

লঙ্কাদা রাবণ হাৎলগা শ্রীরামচন্দ্রনা অযোধ্যাদা হল্লক্লুনা নিংথৌ অমুক ওইরবা মতাং অসি কৃত্তিবাসী রামায়ণগী লঙ্কাকাণ্ডগী অরোইবা শরুক্তা অসুম্না ইরি—

"যে দুঃখ পাইয়াছিল রাম গেলে বনে।
প্রজালোক পাসরিলা সদা দরশনে॥
এইরূপে শ্রীরাম হইয়া আনন্দিত।
রাজত্ব করেন তিন ভ্রাতার সহিত॥
কৃত্তিবাস কবির কবিত্ব সুধাভাণ্ড।
এতদূরে সমাপ্ত হইল লঙ্কাকাণ্ড॥"

শ্রীরামচন্দ্রনা বন্দা লেংথিবদা বাদুনা লৈহৌবা প্রজাশিং অদুনা শ্রীরামচন্দ্রবু অমুক দর্শন কাংজবদা পেনখৈ। মতৌ অসুম্না শ্রীরামচন্দ্রনা পুক্নিং হরাওনা মচিন্নাও অদুমক লোইননা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। কৃত্তিবাস কবিগী কবিত্বদি অমৃতগী চফুনি। মতাং অসিদা লঙ্কাকাণ্ড লোইশিল্লে।

শ্রীরামচন্দ্রগা রাবণগা লঙ্কাদা শোল্লখিবা লাল্লাও অসিগী মগুণ অসি চহী কয় কয়া শক-শোন্দুনমু ব্রহ্মা, বেদ, করি অমুক হায়গনি, ভারতীনা কাওবা খঙবা ঙমদ্রবা অদুগুম্বা মগুন্নি হায়না তুলসীদাসনা মহাক্কী তুলসীদাসী রামায়ণদা অসুম্মা ইরি—

"শ্রীরাম রাবণ সমর চরিত অনেক কল্প জো গাবহীঁ।
সত শেষ সারদ নিগম কবি তেউ তদপি পারন পাবহীঁ ॥"

খাংবৈবন্দ, ইম্ফাল
৩১। ১২। ৭০ ইং

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

# মৈতৈরোন অরিবগী রামায়ণ

## লঙ্কা কাণ্ড

জয় রাইফরেন য়াইফবা রঘুবংশ শাগৈ পুম্নমনা শিংয়েন চন্দ্র মাবু ওইনবা, চীংগু লিক্লাং সুমেরুবু ওইনবা, দশরথ নিংথৌ মপাবী দাশরথী অহেনবা, পলেম মমা পোকমাবী সতী কৌশল্যা নিংথিবীনা আনন্দ সুংডাইনবা, চেংলৌ মিৎকোইথোংবু থম্বাল লৈঙাং লৈগুম্বা সীতাপতি লাইনিংথৌ চীংগু নতিক অক্লবু সমক্র ঈরেনপুংগুম্বা শিঙ বামোন পুম্নমদা দয়া থৌজাল হৈবা রাজা নিংথৌরেন সত্য রাচুম গুবা, শ্যাম শংবানবা, শাস্ত্র পুক্নিং তপ্পা, সংসার পুম্নমনা পুক্নম্বা হরি খোইয়ম লাইয়িংথৌ-ও! রাবণ নিংথৌরেনগী বৈরী য়েক্নবা চীংগু রঘু রাম নামুংবা সনা মখোংখাদা নাম অরেপ্পা রাম রাম শোম্না পুক্নমগে।

বেদ রামায়ণ পুরাণ রারী অরিবদা য়াথং অকোন অহান নাই, কর্ম্ম থংজিন্না শোন্নরিবা হরি খোইয়ম লাইয়িংথৌ শ্রীরামচন্দ্র খোইখোইবনা প্রথম অহানবদা মশানৌ সীতা লক্ষ্মণ ডাইবোইননা

খোয়মা নারকচৎনা লমপোইয়ে। দৈব লাই নোংদম্বা মথৌথাগী মারিচ শক্তি ওস্থোকপগু চেংলৌ চিৎথিৎলবগী দমক শক্তি তুংইন তানখি্রৈঙ রাবণ নিংথৌরেম্মা সীতা লাইরৈমবু শমু খুৎচম্না হুথিরববু দশরথ নিংথৌ মপারী চেক্লা সম্পাতি লৌশিংবস্থং নোংমল্লবগা বালি থব্রাই হাংনা সুগ্রীব নিংথৌ ওইহল্লে। সমদ্রু লায়না থিংনা ইব্রাংমা লান্দুনা খ্বা য়োং পাখং হনুমন্ত পাঙ্গলববু থৌশিরক্লবগা রাবণ হিংচাবগী সনা লঙ্কা য়োইকোন্নুংবু থাম্মী মৈ থাথোকয়ে। রাবণ-কুম্ভকর্ণ মচিন মনাউস্থং প্রাণ থব্রাই হাংনা লঙ্কা খুন্তাক-হলয়ে হায়বগীবু রামায়ণ রারী নুংঙাইবা-ও তৌনা কৌয়ে হায়দ-বরা? সনা লঙ্কা কাণ্ড নুংঙাইবা রাম থয়াং মথৌমনবু লঙ্কা রারী শৈহৌরক্কে।

শ্রীরামচন্দ্র থোইখোইবদি মদাইরেম বানর লান্মী মশীং থিঙমদববু খ্বা লমলোই ওই, সমদ্রু ব্রাংমা লান্না য়োংমু তেঙ্গোল লেংলবগী লাল্লাউ খোনজেল চাউ, পু জাউ পেরে শিঙ্গা মনিল নাইরবগা রাবণ নিংথৌরেম্মা মদাইরেম পাত্র অঙম্বর মন্ত্রণা রা তানরবদা তয়ম শুক-সারণ অনিমা-ও, নবিংঙাদি রাম লান্মী মরক চঙ্না রাম মতৌ করম্বনো, বানর লান্মী কয়া শুবনো, সেনাপতি লানজিংবস্থং কয়া চংলকপনো, খ্বা মরক চঙ্না মিৎয়েং শান-খৈরু-ও হায়না থৌশিরক্লবদা শুক-সারণ অথৌবনা দানব হিংচাবা শকলেন ওন্, খ্বা য়োংশক ওন্, বানর তেঙ্গোল মরক চঙ্না লমওল্লবগা রাবণ নিংথৌ মনাউনা রাম সনা মথোংখাবু ইন্দাল-লকপা বিভীষণ লৌশিংবনা রাক্ষস চেংলৌ শক থঙঙম্লবগী দমক

শুক-সারণ অথৌবা অনিমকপু শমু তুংবুন্না চীংডু শ্রীরাম সনা মখোংথাদা হে প্রভু ইবুংঙো রাম নামুংবা-ও, নদাইরেমনে, খ্বা য়োংশক ওই, তেঙ্গোন মরক চঙ্না লমওল্লরে হায়না রাকৎলবদা দানব হিংচাবা শুক-সারণ অনিমানা শমু থাংচপ্পনা রাহমখিয়ে।

প্রভু ইবুংঙো রাম শিদবা-ও! সনা লঙ্কা লৈমাবা রাবণ ইনিংথৌনা চীংডু নতৌ য়েংলু-ও হায়না থৌশী রাগী য়োংলেন মশক ওইনা লমওল্লকপবু নদাইরেম বিভীষণ লৌশিংবনা চেংলৌ শক খঙ্ঙল্লবগী শমু তুংবুন্নরে। নদাইরেম ইবিংঙানা লানফম দণ্ডি রারক্লবিয়ো, খোয়বুং লৌশারববু শায়োনলে। লঙ্কা মতিক য়েংনা দণ্ডি রারকনবিয়ো হায়না পুরুল্লবগা চীংডু রাম অহেনবনা রাহমখিয়ে। শুক-সারণ অনিমা-ও! নংগী রাবণ ননিংথৌদা হায়রু-ও। ঐগী খ্বা লাল্মী অথৌবগা লঙ্কা নৈলোক্নী সেনা লাল্মী অয়াম্বনা চেংলৌ শক উনহনসে। রাবণ শাগৈ পুন্না মাঙ-হনগে হায়রু-ও হায়না থৌশী চংহনখিরে হায়দবরা?

খোংলোই পাউহল্লবা অনিমনা রাবণ মনিংথৌদা শমু থাংচপ্পনা রাকৎচখিয়ে। সনা লঙ্কা লৈমাবা ইবুংঙো তাউ-ও। নদাইরেম ইবিংঙানা সেনা লাল্মী মতিক য়েংলববু রাম লক্ষ্মণ, সুগ্রীব, নশানৌ বিভীষণ য়াউনা য়োংলাউ লাল্মী মশীং থিঙমদা তেঙ্গোন মপুম পাঙমদে হায়না রাকৎলবগা রাবণ নিংথৌরেম্না লঙ্কা নপুংয়াইগী সনা পনউথক্তা কম্না মিংয়েং শানখৈরিঙৈ মদাইরেম শুক-সারণ অনিমনা শমু থুংপু থিন্না রাবণ মনিংথৌদা পাউ-তাকখিয়ে। চকমোম মৈথাংথৌকুম্বা অসিদি রাজা সুগ্রীব

নিংথৌরেননে। তাংজা শিলাথৌগুম চেংলৌ শকপানথোংবু শংনা পানবা অসিদি নীল অথৌবনে। চীংলেন পলংলাগুম্বা অসিদি অঙ্গদ যুবরাজ পাঙ্গল মথোক্লকপনে। সূর্য্য সুমিৎ মশক মানবা অসিদি চন্দ্রনিয়া-ও কৌয়ে। লান্মীদি কোটি তরা মাংওইনবা অসিদি কুমুদ অকনবনে। পোনবি শরাঙাব্রাই থৌগুম্বা অসিদি নল অথৌবনে। হকশাং ময়ুংকুইবা য়োংলেন মৈরুং কাঙনা চংলকপা অসিদি লুমাবলী-ও কৌয়ে। মোইবুং খোনজেল চাউবা মক্ষম কুমাই নাউমানবা লান্মী লক্ষ লোইনরকপা অসিদি বলশ অথৌবা কৌয়ে। চেংলৌ শকপান্থোংবু চোয়নৌ হিংওনমানবা লান্মী লিশিং লোইনরকপা অসিদি গয় পাঙ্গল মপা তাম্বনে। রাবণ ইনিংথৌও! নোংশা মচুম তাবগুম্বা অনিমা অসিদ ধূম্র-ধূম্রাক্ষ তৌনা কৌয়ে। লান্মী কোটি লিশিং হুংশোম মপুং ফাবা অসিদি পুস্কর অকনবনে। হকশাং নব অনৌবা পাঙ্গল কৈজেং লাংগুম্বা অসিদি কেশরী-ও তৌনা কৌয়ে। খ্বা পুন্নলক্তগী পাঙ্গন মপা লৈতবা হকশাং থোইনা নিংথিবা অসিদি কেশরীগী মপারী খুং হাইমু চেককুম্বা, অমর শিদবা, লহান লঙ্কা মৈচু থৌরবা তাউজিং চীংখোং চাইথায়বা হনুমন্ত অথৌবনে। সেনা মাগী লান্মীদি মশীং মপুম পাঙমদে। বানর মীথনথায় লাংগোই শায়ু শায়া পানববু শমু মথুৎ তুন্না য়ৈহৎপা অনিমা অসিদি সুষেন বেটা মহেন্দ্র-দেবেন্দ্র-ও কৌয়ে। পাঙ্গল মথোক্লকপা মশেননে। পাঙ্গল মতিক হায়ঙমলোইয়ে। শূন্য অতিংঙাদা কোরৌ ঙমথং চোংখৎলকপা অসিদি শতাবলী

অথোবা কোরো নোংশীংজংগুম্বনে। চীংঙু রাম নামুংবগী মদাইরেম খ্বা লান্মী অথোবা পুম্নমক পুন্নুং অচৌ মৈগুময়ে। গুণ মতিক লৈবা মশেননে। হুয়েন লান শোক্লগুনোসে। সীতা লাইরৈমচুম রাম সনা মখোংখাদা পিরুসে।

শুক সারণ অথোবা লৌশিংবা অনিমানা অশুম রাহম্ববু রাবণ নিংথৌরেন্না য়াইবী কলাহো নীক থাংশাং মতম পায়না তয়ম নবিংঙাবু রামচন্দ্রগী লাল্মী মতিক য়েংলু-ও হায়না থৌশীবদি য়োংলেল পাঙ্গন উরকপচুম অহঙ্কার নাপন বাংনা পাউদমলৈয়ে। তয়ম নবিংঙাদি রাম মচেং হকচি ওইনা পাউদমলৈয়ে, প্রাণ থরাই মাঙহন্নিংয়ে হায়না রাহম্নবগা তৌইগীদি তয়ম খোংলোই অয়াঙবা নবিংঙাবু লাউ-ও, য়োংমু তেঙ্গোন মরক চঙনা রাম মতৌ তাঙনা য়েংহৌরু ও হায়না থৌশারক্লবদা বিভীষণ লৌশিংবনা খোংলোই মশক থঙঙম্নবগী শমু তুংবুম্নরবগী শ্রীরাম সনা মখোংখাদা রাবণ খোঙ-লোই পাউহল্লববু ফারকয়ে হায়না রাকৎলবদা চীংঙু শ্রীরাম অহেন-বনা রাবণ মদাইবেম খোংলোই পাউহল্লব-ও নংগী রাবণ ননিংথৌনা রারম করিগী তোয়না খোঙলোই করি পাউহল্লবনো, হয়েং কৌবা মনোংশোইরবগা লঙ্কা নরেংকী দানব লাল্মী অয়াম্বগা ঐগী ইদাই-রেম বানর লাল্মী অথোবশিংগা লানফম মাইয়োক য়ানা হুয়েন লান-শোক্লহনসে। খোইয়ম বাইরা ইতেনচা লহান রাক্ষস হিংচাবাসুং তম্না মরি নোংমন্নবা তেন্না রাবণ ননিংথৌগী মকোক তরা মকপু তাউজিং মরোং তমগুম কাপথৎকে। রাবণ নিপা থোক্লবদি চীংঙু ঐগী লানফম মাইয়োক য়াঙম-ও হায়রু-ও হায়না থৌশীজিনখিরে।

দানব খোংলোই পাউহল্লবনা শমু থাংচপ্পনা রাবণ মনিংথৌদা রাকংখিয়ে। লঙ্কেশ্বর লৈমাবা ইবুংঙো! তাবিয়ো, খ্বা তেঙ্গোন মরক চঙ্না লম্ ওল্লুববু বানর লান্মী থীঙমদে। চীংঙ্ রাম নামুংবনা মদাইরেম মন্ত্রণা রাতান্নবদি কাইবী শওম নিংথৌ জম্বুবান মন্ত্রি লৌশিংবনচিংনা থবী লোইদাম্বা মপারী শঙ্কর অকনবা নোংলৈ মপারী হেমন্ত অথৌবস্নুং, মহিন্দ্র অশিংবা, বিবিধ অকনবা, রাজা সুগ্রীব মপারী ছত্রজিৎ অনিমস্নুং য়াওনা তারা থরানমিচাকুম মগুলিকিনা ফমফম ঙময়ে। নদাইরেম ইবিংঙাবু প্রাণ থরাই মাঙ্গদববু চীংঙ্ রাম মথৌজানগী খোংলোই থরাই মাঙফরোই হায়না থৌখাম্বিরকয়ে। অস্নুম পাউদম্নবগা রাবণ নাপল রাংনা মদাইরেম বিদ্যুৎজিহ্বা য়াইহৈবদা রাহমখিয়ে। রাম লানশোক্লববু খোয়মা ইমাই ওল্লোই তয়ম্-ও। সীতা লাইরৈমদস্তুম বচন য়াথং অমেঙ্বনা পাউথেমলুসে হায়না কোলোই শৈরিবা য়াথং অপেবনা য়োইবু সীতা নাচুংদবীদা রাহমখিয়ে।

হে সীতা লাইরৈমা-ও! নংনা রামচন্দ্র নামুংববু উনবী পুক্লিং তস্তনা নীঙজববু অসি ইন্নুং শোইয়াইমদা রাম লক্ষ্মণ অনি মক্তি নোংমল্লে। বানর লান্মী অয়াম্বস্নুং য়োংম্নু লানয়াম শিরে। পাইমা নবুকস্নুংদা থাজদরবদি রাম ভাংজ: লুরেনতোন্দি মিৎয়েং শান-থৈজৌ-ও হায়না রাহম্নবগা মদাইরেম বিদ্যুৎজিহ্বা য়াইহৈবনা রাম লক্ষ্মণ চেংলৌ মশক মান লৌরুং খুত্তা শুবু উৎনা সীতা চেংলৌ মিৎথিহল্লবগী দমক য়োইবু সীতা অহেনবীদি দানব হিংচাবগী মায়া মশানওনবু থঙ্ঙমদরবগী মশাবী রাম নামুংবগী তাংজা

লুরেনতোন মহাক খাচীক্লবগী দমকপু পিরেম থকমাদনা মালেম লৈদা ওন্না রাম তেংথাননা মিকপখিয়ে। হে ইবুংঙো রাম শ্যাম শকহেনবা যৌবন নথোক্লকপা, সীতা ইশুংলাংগী দমক রাজ্য লৈবাক তোঙানবা অসিদা নোংমল্লবনো। নশানৌ ঐবুদি রাবণ হিংচাবা মপাতাম্বা লমলোং চবান চাবাগুম্বদা থনয়্রমলে। চৌংঙু লাইবকথিবী ঐন্দুং অসি কোরৌ মুমিৎমদা নোংমল্লগে হায়না মুংশি পুকনিং কাইনা মীকপ্পবু রাবণ নিংথৌ হিংচাবদি মচিন মোমোন নোক্লা সীতা মীকপ মুংশিববু নাতারিড়ৈদা চৌংঙু রঘুবংশ সীতাপতি লানশোক চৈরৎতনা লঙ্কা পনথোংলেন য়ুথক মরিফু শুবা মাণিক্য তোমথিল্লববু কান্না চোংনা সনা থুনয়াই চঙনা থ্বা লালাউখোনবু সমদ্রু ঈরাউখোলগুম নাতারবগী রাজা দশানন মকোক তরা পানবদি থব্রাই নোংদা কা, মিরেন থাবু থঙনা অচেন লোকলৈ হৌনা শ্যামগী সিংহাসন্দা ফম্না মদাইরেম পাত্র অঙম্বগা মন্ত্রণা রাতানরিড়ৈ রাবণ পাঙ্গনবগী পলেম মমা পোকমাবী নিকষা হিংচাবীনা পারী রাবণ নিংথৌরেন-ও! তালোই নংগী অপাম্বী কন্যা অহেনবী ইমৌ থম্বাল লৈশুম্বী লিশিং অমবু মন্দদরী অহেনবীনচিংনা সেবা থৌগল্লবীশিংবু চেংলৌ মশক থোয়বগীদমক সীতা করিগী মশক ফবীনে হায়না হুরুবনো। সীতা মশুংলাংগী লঙ্কা নরৈবাক অসিদা পাপ মহৈ চুন্না য়াল্লে। পারী-ও! শঙলৌ নংগী নথৌরাং অসিবু প্রাণ থব্রাই মাঙ রাবণ শাগৈ তুম, সনা লঙ্কা লৈবাক তাক্লগবরা থঙদে। শ্রীরাম নামুংববু হুয়েন লান শোক্লরুগুনো। পারী-ও! মশানৌ সীতা লাইরৈমা লক্ষ্মী

শোকফদবীবু ভাংজা কোক্তা পুনা সনা মখোংখাদা কংলমলু-ও। খ্বা লাম্মী অখৌববু লঙ্কা কোম্নুং চংলকলে। খান্বী মৈগা থানা চঙ্লকলে। হুয়েন লানশিননা হল্লগুনো হায়না রাহম্ববু মপারী রাবণ নিংথৌরেন্দি য়াইবী অনৌবা কলহৌ নীক্লা খান্বী মৈশা লাংওম্না তারিবৈঙ মমা পোকপা মপুরেন মল্যবান হন্নু ময়াই কারবা লৌশিং মপুং ফাবনা রাবণ মাইওক লেপ্পা রাহমখিয়ে —ইনোংয়াই সনা লঙ্কা লৈমাবা রাবণ নিংথৌ নীঙথিবা নুমিং তরা থোকুম্ব-ও। নয়ু হন্নু ইয়াই কারবা ঐগী চেংলৌ ইমিং নারবদা মিংয়েং শানখৈববু লঙ্কা নরৈবাক অসিবু রক্ত ঈঙাং তুরেল চেনগুময়ে। চেংলৌ মিংথিংলে। অহিং ইমুং শোই-য়াইমাদম্নুং শাতুক শাঙাং জীব জন্তু থবাই পানবা পুন্নমনা শব্দ য়ারা খোনজেল ওন্না খোংখৈববু নাত্তায়ে। ইনোংয়াই-ও, খোমলেন ইমঙ থিবনা য়াম্লকয়ে। লঙ্কা নপুংয়াই অসিদা লোভ অপাম্ববু করি রাংয়ে হায়বগী দমক সীতা লাইরৈমবু হুরুবনো? চীংঙ্ রাম শিদবদি নারায়ণ শংশংবনে, খোইয়ম থয়াং মতান-বোমবু কোরৌ নোংশীংজংগুম্বনে, রাম মাইয়োক য়ানা শোক্ল-ঙমলোইয়ে। হুয়েন লানশোক্লগুনো নয়ু হন্নু ইয়াইকারবা ঐগী চিনকোই ইয়াথংবু পাউয়া-ও। জনক নিংথৌ মমোন্নোন সীতা নীঙথিবীহুম শ্রীরাম অহেনবদা কংলমলুরবদি সনা নরৈবাক অসিবু তাক্লরোইয়ে।

পূণ্য মহৈ ফংবহুম য়ালহৌবৈঙনে হায়না অস্তুম রাহল্লকপবু নাতারবগী রাবণ নিংথৌরেনম্না বিচার রাথিদনা কপ্পাউ মাঙওইন-বদি উনবী কলহৌ নীক্লা পাউথুমলকয়ে—।

হে মল্যবান হনুব-ও। নংদি হুয়েন লান শোক্লবস্থুং য়াউহন-রোইয়ে। করিগী রাম মীচং ওইনা রাহম্লবনো ? ইপারী ইন্দ্রজিৎ অহনবা হুয়েন লানশোক হৈবগা ইশানৌ কুম্ভকর্ণ হকচাউবা লানকম থওইদবস্থুং য়াহৌথোক্লবগা দানব ঐগী লান্মী অথৌব-শিংনা খোয়মা নারোম্লংগী বানর লান্মী পুম্নমকপু লাংবন কৌজেং হাইগুমনা হাইহংঙৈনে। রাম লানশোক্লববু খোয়মা ইমাই ওল্লোইদবা নিপানে, রাবণ নিংথৌরেম্নে। মল্যবান হনুবা, নারাচাবু নত্তে। সীতা লাইরেমবু লক্ষ্মী শোকহনদবী জনক নিংথৌ মমোমলোননে হায়বস্থুং রামচন্দ্র নামুংববু দেব মধুসূদন লাই লাইপাখংনে হায়বস্থুং তাওনা মখণ্ডুয়ে। তাংজা ঐগী লুরেন-জোন তরা মকপু রাম রাইরা মতেনচাদা নোংমনঙৈনে হায়বস্থুং মখণ্ডুয়ে। তেংইগুম রাম শমু মথুৎপাক্তদি সীতা লাইরেমবু পিণ্ডমলোইয়ে হায়না পাউথুমলবদা ইদাইরেম দানব অথৌবা নংদি লঙ্কা নোংপোক থোঙজাউ ঙাক্লা থৃা মাইয়োক য়াও। পারী ইন্দ্রজীৎ অহনবা যৌবন নথোক্লকপা নংদি দক্ষিণ থানা পাংবা থোঙজাউ ঙাক্লা বানর মাইয়োক য়াউ-ও। মহুদর অনৌবা নংগা নশানৌ মহাবস্থ অকনবা নবিংঙাদি নোংচুপ থোঙলেন ঙাক্লা থৃা মাইয়োক য়াউ-ও। তয়ম শুক-সারণ নবিঙাদি উত্তর অরাংপাংবা থোংজাউ ঙাক্লা য়োংমু লানশোকনৌ-ও। বিরূপাক্ষ অশিঙবা নংদি লঙ্কা খুনয়াই ঙাক্লা য়োৎপি হুইরেন ওইয়ো হায়না অস্থুম হুয়েন লানথোং শীম্নরে হায়দবরা ?

য়োইবু সীতা লাইরেমদি অশোক ইংথোনলেন্দা সুংশি

মখৈ লৈতনা নোংথোইরে হায়রে। চীংঙ শ্রীরাম নামুংবসুং মদাইরেম খ্বা সেনা লান্মী থীঙমদবগা লঙ্কা পনউথক্তা ফম্না পাউমেনখিয়ে। ইদাইরেম নল নীল অথৌবা বনস সমপতি মরি মক-ও নংখোয়দি পোনবি উচেক ওইনা লঙ্কা কোম্নুং চঙনা রাবণ মতৌ য়েংনা লনওল্লু-ও হায়না রাহমখোনগী মদাইরেম মরি মক্না পোনবি উচেক ওন্না চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা মিৎয়েং শানখৈ-রুরবগা থিঙলৌ নীঙনা তেনা খোইয়ম সনা মখোংখাদা শমু থাংচপ্পনা পাউদম্লরে। মদাইরেম লঙ্কা লান্মী অথৌবা পূলট্র অকনবদি নোংপোক থোঙলেন ঙাকলিয়ে। মপারী ইন্দ্রজীৎ অহনবদি খানা পাংবা থোংজাউ ঙাকলিয়ে। মহুদর মহাবাস্য অনি মক্তি নোংচুপ থোঙলেন ঙাক্লিয়ে। রাবণ নিংথৌরেন মহাক্না অরাং লায়না পাংবরম থোঙজাউরম্বু দানব লাল্লম শীন্না ঙাক্লিয়ে। বীরুবাক্ষ অশিঙবদি লঙ্কা থুনয়াই ঙাকলিয়ে। সেনা অস্তুম হুয়েন লানপাউ তম্লবগা রাম সনা মখোংখাদা খ্বা য়োংনিংথৌ রাজা সুগ্রীব নিংথৌনা হে নীল অকনবা নংদি নোংপোক থোঙলেন চঙনা পম্লেং-ও, খোয়মা নমাই লৈগুনো। বানর লান-শোক হানথোকনোংনে।

পারী অঙ্গদ সেনাপতি লানজিংবা নংদি হাউরৈ খানা পাংবরমগী থোঙজাউরমগী পাঙ্গন নমান্নবা ইন্দ্রজীৎ অথৌববু খোয়মা মাইয়োক য়ানা হুয়েন লানশোকনৌ-ও। নোংশিৎ নিংথৌ মপারী হনুমন্ত অথৌবা লঙ্কা মৈসু থৌনা রাবণ কোইথা য়াংবা সমক্র ইশম থৌবা হনুমন্ত অথৌবা নোংচুপ থোঙলেন চংনা হুয়েন

লানশোক খমথনৌ-ও। অরাং লাইনা পাংবা থোংজাউরমদদি রাজা সুগ্রীব ইদোম শোকচুম পন্দাই ওই, পাঙ্গল ইতিক উংনা পম্বেংগে হায়না হুয়েন লাম্বোং মরিমক্তা খ্বা অথৌলিচা হেপপা কোটি মপৈ মপৈ খিঙমদনা অস্তম হুয়েন লানথোং শীন্নরবগা বানর অথৌবা পুন্নমনা তাংজা মরৈতোন্দা জয় রাম জয় রাম শোন্না লঙ্কা নুংলেন পঞ্জাউ কোয়না পম্বেংলে। চীংঙ্ শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমা মদাইরেম জম্ভুবান বিভীষণ য়াউনা কপি হনুমন্ত অথৌবগী হুয়েন মরানথোং অস্তপ্পদা সহায় পাঙ্গন ওইমন্না লানফম মাইয়োক য়ামিন্নখিয়ে হায়দবরা ?

দানব হিংচাবা শুক সারণ লৌশিঙবা অনিমনা লঙ্কা পন থোংলেন মরিমক্তা বানর তেঙ্গোন লীঙববু চেংলৌ মিংথিংলবগী রাবণ মনিংথৌদা রাকংখিয়ে। সনা লঙ্কেশ্বর লৈমাবা ! ইবুংঙো তাউ-ও ! রামচন্দ্র থোইথোইবগী মদাইরেম সেনা লান্মী থীঙমদবনা লঙ্কা পম্বোং কোয়রে। নদাইরেম ঐথোয়দি হুয়েন লান শোল্লঙমলোইগবরা খঙদে হায়না পাউমেনববু রাবণ উনবী কলহৌ নীক, থাংসা মতম পানকুম্না শুক-সারণ নবিঙানা পাঙ্গল মাগী মতৌ য়েংনা উনবী পুক্লিং য়াংবগী দানব লান্মী কৌনবা রাহম লগুনো। শ্রীরাম মাইয়োক লেপ্পা খ্বা লান শোকনগে পাউ-মেল্লবগা শ্রীরাম নামুংবস্তুং খ্বা সেনা লান্মী থীঙমদবগা কোটি মশীং পাঙমদবশিংগা লানহৌ নোংথাক চৈরোইননা জয় য়াইফ-মিংবু শোন্না লঙ্কা লৈবাক নীম্না, উৎফুল নোংলৈ হৌনা সনা পম্বোং মরিমক্তা লানশোক খমথেংননা দানব লানশোকুববু সনা লঙ্কা

মপুংয়াইদি ওকলেন লাঙ্গোই চনগুম্না কোয়হৎলবনিগীনা ময়িম লঙ্কা লাম্মী অয়াম্বাশিংস্নুং বানর লানশোক মাইয়োক য়াওব্বু য়োংলেন লাম্মী অথৌবশিংনা বানর নেৎচৎয়ান উপি থরোন পৈগুম্না লঙ্কা লাম্মী লানশীরে হায়য়ে।

কোরৌ নোংমদোনগী ইন্দ্র নোংথৌ সরারেন্নচিংনা দেবঋষি অয়াম্বনা লানশোক কুম্মৈ য়েংববু মুংঙাই মথৈ লৈতে হায়য়ে। শ্রীরামচন্দ্র নামুংবনা অঙ্গদ সেনাপতি হাউরৈ খানা পাংবরমদগী থোংজাউ ঙাক্লববু পাউকোইহল্লুরবগা তয়ম অঙ্গদ লৌশিঙ্ব-ও! নংদি সনা লঙ্কা খুনয়াই চঙ্না রাবণ নিংথৌরেন্দা রাহম্ন্-ও। লহান পঞ্চবটী গৃহ য়ুম অতেংবদগী সীতা ইশানৌ লাইবৈমবু হুখিরৈয়ে। সময় মতম অচুঙৈদা চীংঙু ঐবু লৈঙময়িগীদি থমম্নুং যম নিংথৌদা প্রাণ থরাই থাদোকঙৈনে। রাবণ নংনা পোনবি উচেক ওইরবস্ত খোইয়ম ঐনা থরং হাইন্নু চেকপু ওইনা হাইহৎ-লৌঙৈনে। লেনলৈ ঙাপুম ওইনা সমদ্র ঈরেনপুন্দা লোংথ্রবস্নুং কুম্ভীর লাইরেন ওইনা য়োংক্ফরৌঙৈনে। লরাই য়ুপুং কোয় লৌবুক উচি ওইনা মালেম লৈথুনম্নুংদা চঙ্খিরবস্নুং চীংঙু ঐনা লিলা হুপূববু ওইনা চীংলৌঙৈনে। রাবণ পাপী ফত্তববু শোংকিদনা সনা সিংহাসন্দা খোয়না মাইলেপ্পা রাহম্ন্-ও হায়না থৌশীথোক্লক্লবগা অঙ্গদ যুবরাজ লানজিংবনা রাবণ মাইয়োক লেপ্পা রাহমখিয়ে —হে রাবণ নিংথৌরেন-ও! ইবুংঙো শ্রীরাম ময়াথংনে। ঠাকুরাণী সীতা লাইরৈমবু লম্মী শোকক্দবীবু নংনা গৃহ য়ুম অতিংঙাদগী বিচার রাথিদবা পাপী লমচৎ অতাক্লনা সীতা লোল্লা

হুথিয়ে। সময় মতম অহুদা ইবুংঙো রামজী নামুংববু লৈঙম-য়িগীদি রাবণ নংবু থমন্নুং যম নিংথৌদা শমু থুংশিন্নরৌঙৈনে। হৌজিক্কি খোইয়ম নোংদম্বনা তম্লকলে। লানফম নমাই লৈগনো। তৌইগুম হে রাবণ নিংথৌরেন ও! নংনা শ্রীরামচন্দ্র নামুংববু বৈরি য়েক্লববদি প্রাণ নথরাই মাঙলরবৈঙনে। চীংডু কদৌঙম্লরোই।

মশানৌ সীতা লাইরৈমবু রাবণ নকোক তরামক্তা হাপ্লা লঙ্কা নপুং তাক্তরিঙৈদা খোইয়ম সনা মখোংথাদা কৎলম্লাও অমুম রাহম্লবগা রাবণ নিংথৌরেন্না পাউথুম্লকয়ে। খোয়মা নারোন্ সুংগী পামেন উহৈ চাবা নংবু কনানো? পন্তৌ কনানা শাৎপা, পলেম নমা কনানা পোকপনো পাউথুম-ও। কোলোই নমিংথোংবু করি কৌবনো হায়না পাউহংববু হোইদা হে রাবণ নিংথৌরেন-ও! ঐদি শ্রীরামচন্দ্র নামুংবগী দাস থুংফানাইনে। বাজা সুগ্রীব নিংথৌরেনগী খোংলোয় পাউহনবনে। কোলোই ইমিংথোংদি বালি নিংথৌরেন মপারী অঙ্গদ যুবরাজ অহনবা খ্বা য়োং পাথং অহনবা ও কৌয়ে। হে রাবণ নিংথৌরেন-ও! প্রাণ থরাই মাঙ-গদববু শমু নমদা হুম্না করিগী কোলোই ইমিং হংলম্লবনো হায়না পাউথুম্লবগা তৌয়িগীদি হে বানর চেংলৌ শকথোং হেনব-ও, অঙ্গদ নংনা অহঙ্কার নাপন রাংনা রাহম্ববু নপন বালি করম্বনো? থুয়া উৎফুনলেনবুম্নুং সমক্ৰ লৈঙোই অকুপ্পসুং বালি-ও কৌয়ে। নপন বালি করম্বনো হায়না য়াথং তান্নরা পাউহংলবদা অঙ্গদ লৌশিংবনা পাউথুমখিয়ে। হোইদা হে রাবণ থুরানব-ও, সমক্ৰ ঈরম তরেংমক্তা নকোক তরামক্তা তোংনা হিগোক কুমলং

রায়গুম্না লাকশিনবা রাবণ নবুক কংনা লাইজা ঈপিথকপা খ্বা য়োংনিংথৌ কিষ্কিন্ধ্যা লৈমাবা ইপন শমু মমৈ অকুইবনা রাবণ নখ্বাং য়েৎনা নকোক তরামক্তা তোংনা সমদ্রু সন্ধান তৌনবা বালি নিংথৌ পাঙ্গনবা মপারী অঙ্গদ ইপাতাম্বা শ্রীরাম নামুংবগী দাস খুংক্বানাইনে। তৌইগুম রাবণ নিংথৌ অমদি খোইয়ম ব্রাহ্মণ মরনকুগী মকোক তরা পানয়ে। রাবণ নিংথৌ অমদি সংসার পুম্নমক্তগী নারী নুপা খুরানয়ে। রাবণ নিংথৌ অমদি লঙ্কা লৈময়োন্দা লৈয়ে। নংদি নারা নুপী লুবা উনবী পুক্নিং মকপা পাপ লমচৎ হৈবনে। শ্রীরাম মতেনচাদা নোংমনগে হায়না নোংহাম্লিবা রাবণ নিংথৌ হিংচাবা নংনা লৈরিভনে। লহান হয়ি চকভৈদা কার্তবীর্যার্জ্জুন নিংথৌনা নর্মদা লাইজা ঈরিকলাইদা মিৎমৈ হাইনা য়েংনা লেৌনরাগী নিংথৌ কার্তবীর্যা-র্জ্জুন অহেনবনা থমোই নুংপাক নম্না শাস্তি ব্রাক্রভৈদা নপা পোকপা নপুরেন পৌলস্ত মুনি থোইখোইবনা প্রাণ থব্রাই ডাকলোয়ে। হৌজিক সময় মতম অসিদা প্রান থব্রাই ডাক্রবব্ পূম্না লৈতরে। হে রাজা দশানন-ও। খোইয়ম কোরৌ ইনোংথৌ শ্রীরাম নামুংবদি সনা অযোধ্যা তম্পাক্তগী লমগা হৌনা খ্বা লমলোইননা সনা লঙ্কা নপুংয়াইবু ইংখোল ফৈবোই থাগুম্না কোইহৎলে। রাজা নরৈবাকস্তুং ভাক্তনবব্ য়োইবু সীতা লাইরৈ-মবু শ্রীরাম সনা মখোংথাদা খোয়মা মাইয়োক্লনা কংলমলো-ও।

ইবুংঙো শ্রীরাম নামুংবদি লানক্ষম মৈশা লাংনা নশানৌ বিভীষণ লোৌশিংবদা লঙ্কা লৈবাক ভাক্কে, রাজা নিংথৌ ওইয়ো হায়না সংকল্প

রাশক্রৌরে হায়না রাহয়বদা রাবণ নিংথৌরেন্দি কঞ্জাউ মথৈ লৈত-না নাতারবগী মদাইরেম দানব লাম্মী অথৌবশিংনা অঙ্গদ লাইবার চংপবু প্রাণ থরাই হাংলে!, বানর হাংলো য়াউরা খোঞ্জেল লাউনা থোক্লকপবু অঙ্গদ পাউহনবনা হেরা থৌওইদনা পাউথুমখিয়ে। হে রাবণ মুর্খ অপংবা-ও। বিচার রাখি খঙদনা নিংথৌ নতিক খঙদবা নংবু ইপন বালি নিংথৌরেনগী শমু মথৈ অশাংবনা শমু নখ্ৱাং য়েৎনা সমক্র ঈরেনপুদা লুপ্ত সমক্র সন্ধান তৌনবা নংনা অঙ্গদ ইপাত্তাম্বা ঐবু শমু নখুংতোন্ন' ফাওমলোই। চিনকোই নয়াথং অসিবু ঐনা তাবদি নকোক তরামক্তগী চূড়া হামুন লাক্লা রাবণ কোকয়ি কানা শৃণা অতিঙাদা হাইহংকে।

থয়ুং যম নিংথৌদা শমু থুংশিন্ননা থাথোকনিংয়ে হায়না পাউমেল্লবদা লঙ্কা লাম্মী অকনবা নিপানদংনা অঙ্গদ শয়েং পানগা লাক্লা চিংথোক্লবগী অঙ্গদ লানপুক হোনা দানব হিংচাবা মরি-দংবু লরাই হামুন লাক্লা চিংথোক্লক্লবদা লঙ্কা পন্উ অৱাংবদা শমু থুতোন লাক্লা হাইহংলম্লবগা অঙ্গদ মরাঙ্ কায়না শ্রীরাম সনা মখোংথাদা শমু থাংচপ্পনা রাকৎচখিয়ে।

ইবুংঙো শ্রীরাম সনা নয়াথংবু তয়ম্না তাংজা কোক্তা থোংনা রাবণ মাইয়োক য়ানা ভয় অকীববু লৈতনা হে রাবণ নিংথৌরেন-ও ! সনা লঙ্কা লৈবাক তাক্তনবা থৱাই নমিরেনস্থং মাঙদনববু য়োইবু সীতা লাইরৈমবু থোইয়ম সনা মখোংথাদা কৎলমলু-ও হায়ববু রাবণ মৈশা লাংনতুম পাউয়াঙমদে। নদাই

ঐবুদুম দানব হিংচাবনা শয়েং পানগা লাক্লবগী কপ্পাউ লাক-ওমদবনা লঙ্কা লাম্মী অকনবা মরিদংবু শমু থুৎতোন লাক্লা লঙ্কা পনথোংজিন্দা হাইহৎলময়ে হায়না পাউদম্লবগা শ্রীরামচন্দ্র অহেনবনা মদাইরেমবু থোজ্জান য়োইথোক্লওময়ে।

রাবণ নিংথৌরেনস্তুং সনা মাগী সিংহাসন্দা ফম্লা মপারী ইন্দ্রজীৎ অহনবদা ব্রাহমখিয়ে। পাবী লাংলেন কোংয়াং রাপিহন-ও রাম লাম্মী অথৌবদি সনা ইরৈপাক্কী লঙ্কা ইকোন চংনা পনথেংলরে। পারী নংবু লানফম নমাই লৈগনো। থ্বা মাইয়োক য়ানা হুয়েন লান শোক্কৌ-ও। অসাইবৈগী অঙ্গদ লাইবার চৎলকপবু হায়না প্রাণ থরাই মাংহনলু-ও। পারী-ও, নদাই অথৌবশিংবু হুয়েন লানবু ফানা বানর তেঙ্গোন চাইখাইরু-ও হায়না সনা নফিরোই পিনা রাজা পোষাক পিজবরগা মপারী ইন্দ্রজীৎ পুন্নং অচাউ মৈগুম্বনা শমু থাংচপনা পাউয়াখিয়ে। ইপন লঙ্কেশ্বর লৈমাবা-ও। নদাইরেম লঙ্কা লাম্মী অথৌবশিংবু কোটি মশীং থিওমদে। নপারী ঐস্তু হুয়েন লানশোক অচৌবসিদা পাঙ্গন ইতিক উংনা হুয়েন লান শোক্করুগে। ইপন রাবণ নিংথৌরেন-ও। নংদি চিক্ক অরা হুইরাং শোন্দনা সনা নংগী সিংহাসন্দদুম ফমফমওম-ও হায়না পাউ-থুম্লবগা ইন্দ্রজীৎ অথৌবা কোরৌ নোংশিংজংগুম্বদি সনা দোলাই তোং ধ্বজ ফিরান হাই, রাংলেন পুঙ্জাউ য়ৈ, শঙ্খ খোঙ্গেন চাওনা, খোঙ্গেন মনিল নাইবা পুম্নমবু খোঙ্গেল নোংদ কা, লঙ্কা লৈবাক নিম্না, সেনা লাম্মী মশীং থিওমদা, শগোল শামু মপুং পাওমদনা দানব মাইয়োক লেপ, কাউরেন শনথোবা মিয়েংনা থনয়েংননা নোংহামলে।

অঙ্গদ সেনাপতি মরান থোং হাউরে খানা পাংবরগদা হুয়েন হাম্না লাশোক্লববু বানর অথৌবশিংনা খোঙ্গ নুংহুম হুম্না মুংলেন নোংজুনা পামেন কৈনা লংনা রাক্ষস লানয়াম হাংলবগী ইন্দ্রজিৎ অথৌবদি লাস্তান চৈরৎতনা দানব লাম্মী খোঙ্জিল্লবগী দংক্লা খা পামতন্নবা য়োংমু লান চায়থাইরে। বানর মশী থিডমদনা নোংমল্লে। অঙ্গদ অথৌবনা লানপুক মরাঙ হৌ, নোংশিং চৈরোইননা তাংজা লিলাথোগুম্না ইনথিরববু দানব লাল্মী অথৌবা খোয়মা মাইয়োক্ত-বশিংবু কাংথং কাংচাই তম্না থুগাইরে। ময়িম লঙ্কা লাল্মী থিডম-দবদি হুয়েন লান্দুরবদা ইন্দ্রজিৎ সেনা লানজিংবনা পাউমেল্লকয়ে। হে অঙ্গদ লানজিংবা-ও! শ্রীরাম মতেনচাদা নোংমনবা মপারী নংগুম্বনা নপা হাংপা মংশক কাউনা করিগী রাম মীচং ওইরবনো? অঙ্গদ নংগুম্বনা হুয়েন লানশোক্লবদি অশি কোরৌ নুমিৎমদা প্রাণ থরাই মাংহনগে, খোয়মা নমাই লৈগুনো হায়না রায়না রাহম্ববু অঙ্গদ লৌশিংবনা পাউমেল্লকয়ে। হে ইন্দ্রজিৎ হিংচাবা-ও! ইবুংঙো শ্রীরাম নামুংবগী রাইরা মতেনচাদা ইপন মথরাই মাডবদি নপা রাবণ হিংচাবা পাপী কত্তবনা য়োইবু সীতা লাইরৈমবু হুখিরবাগীনা সীতা খোঙ্গুল লীরকপদা রাবণ মগুং-লাংগীবু ইপন রাজা নিংথৌরেনবু নোংমম্নবনে। অদুম্বুং মদোমদে।

পোনবা চেকনিংথৌ জটায়ু পক্ষী অথৌবম্বুং, গবন্ধ তরা অনিমম্বুং রাবণ মগুংলাংগী নোংমললে। নপা পাপী কত্তবা শংলৌ মথোরাংগী পাপ মহৈ য়ানবা রাগী সমক্ত কৈনা থিংনা

অসি লানশোকনবদি নওবুক্তুম খোয়মা নমাই লৈগুনো, লানফম নিপা খোক্লসে হায়না পাউখুম্লবগা তনবা সেনা লানজিংবা অনিমনা খোয়মা মাইয়োক য়ানা হুয়েন লানশোক্লবদি অঙ্গদ সেনাপতি অথোবনা মদোম খোয়মা মাইরৈদনা শোক্লরিবৈদা রাহমখিয়ে—হে ইন্দ্রজিৎ হিংচাব-ও। নংনা লহান নোংশিং নিংথৌ মপাবী হনুমন্ত অথোববু লিলা থৌরি য়েংনা হুয়েন লানশোক্লবগী অতু মতম মানবৈনে। অহঙ্কার নাপন রাংবা নংবু হৌজিক চেংলো মিকুপমরমদা প্রাণ থত্রাই লোগে। পাজন ইতিক উংনা, কোরে ওমথং চোংনা ইন্দ্রজিৎ দোলাই মথুংনেংঙুং সারথি শাথৌবঙুং য়াউনা মালেম লৈদা তানা কাউথোক্লবগী ইন্দ্রজিৎ অথোবদি শূণ্য অতিংওাদা শস্ত্রপ্লবদা অঙ্গদ অকনবঙুং অরা পোংথোকলিবৈ ইন্দ্রজিৎ মথংগী দানব প্রচঙ্গ অথোবনা লানফম মাইয়োক লেপ্লা চোংথোক্লক্লবদা অঙ্গদ মথংগী সম্পাতি অথোবনা প্রচঙ্গ মাইয়োই লেপ্লা হুয়েন লানশোক্লববু দানব হিংচাবনা রাইরা মতেনচা তেনবি থাননং শাববু লৌচীং নাকোং ফংনা সম্প্যাতিগী লুরেন তম্না কাপ্লকপবু রাইরা তেনবান শোয়রে। সম্প্যাতি পামেন উচূং চাউথোইববু পামেন কৈনা লংখিবদা প্রচঙ্গ থবাক লিকশিরমদা পাল্লবগী দমক মালেম লৈদা তুনা নোংমল্লে।

বানর সম্প্যাতি মথম্লনা লঙ্কা লাম্মী তরানিপান শূণ্য অতিংওাদা হাৎলবগা দানব হিংচাবনা লাংগোই শামু তোংনা রাইরা পান্দম য়েংনা ইম্বোক্লক্লবদা লক্ষ্মণ অথোবা নোংশা মচুম তাওম্বনা লানশোক মাইয়োক লেপ্লা শামু শায়াংথকী দানব হিংচাবা তাংজা

লুরেনতোনবু খুত্থম চৈথা য়ৈনা, চক্রি লুশম থেক্লা নোংমলহল্লে। লঙ্কা লাম্মী অয়াম্বদি য়োংমু মাইয়োক য়াওমদনা হুয়েন লানথোং কায়রে। থব্রাই মমি পাইনা হুয়েন লানজেন্নখিরে।

হাউরৈ নোংচুপ্পা পাংবরমদা হনুমন্ত নোংশা মচুম তাওব্বা মরানথোংদগী লঙ্কা লাম্মী অথৌবা চিত্রমারী সেনা লানজিংবগা হনুমন্ত অথৌবগা খোয়মা মাইয়োক্লনা শয়েং পানবু তিং, মালেম খোংবু থিন্, লাললাউ নোংদা কানা হুয়েন লানশোক্লরবদা চিত্রমারী হিংচাবনা রাইরা তেনবুম মঙা কাপ্লকপবু তেনকাপ থৌরংতনা লানশোক মরাও হৌনা শম মথুংপাক থাংশি য়াশাবগুম্বনা চিত্রমারী অথৌবগী তাংজা মরুতোনবু ককথংলবগী খু। অথৌবশিংগী লাল্লাউ খোনজেল চাউনা দানব নেৎচৎয়ানববু অরা হুইরাং শোন্দনা লঙ্কা তেঙ্গোন চায়থাইরৌরে।

উত্তর অরাং পাংবরমগী রাজা সুগ্রীব মরানথোংদগী দানব মিত্রাক্ষ লানজিংবনা লানহৌ নোংশা খোন্দননা সুগ্রীব নিংথৌ-রেনবু লানকম মাইয়োক য়ানা রাইরা মতেনচাবু লাংবন খোইয়েন পাইগুম ইনথোক্লরববু সুগ্রীব নিংথৌরেম্না লাল্লাউ থৌওইদনা পাঙ্গল কৈনা হাই, দানব লেংকাই হাৎনা মিত্রাক্ষ সেনাপতি অথৌবশিং অস্ত্র থনোই কায়না নোংমলহল্লে।

রাক্ষস হিংচাবশিং হুয়েন লানথোং কানা লঙ্কা অরাংথোংদা দানব কাময়াম্নরবগী ব্রজমুদ অথৌবনা তেনবী নোংজুননা, থাম্বী মৈশা লাংনা ইনথোক্লকপবু খু। অথৌবশিংগী লানশোক মাইয়োক য়াওমদরবগী য়োংমু লানকম তাম্না মুর্শা অথৌববু শমু খুৎতুম

চৈথা অমম্বা নোমমলহল্লে। দানব লাম্মী অয়াম্বদি লঙ্কা কোম্নুং চঙ্না হুয়েন লানঙ্গেনথোকখিরে হায়দবরা ?

## ইন্দ্রজিৎকী
## অহানবা লাঙ্ঙং

হাউবি খানা পাংবরমগী নীল সেনাপতি মরানথোংদম্নুং দানব স্বর্ণ অথৌবা পাঙ্গল মপাতাম্বনা লাম্বান চৈরৎতনা, য়োংলেন থায়াৎতনা তেনবি মাংঙই কাপ্পা য়োংলেন লানয়াম শিহললে। নীল সেনাপতি অথৌবনা লানপুক মরাঙ হৌনা লানশি কাম্না চোংনা নোংশিং পোংলুম পি, কারৌ ভমথং চোংনা স্বর্ণ মায়োক য়ানা তুলাই চাকলেন লাক্লা শূন্য অতিংঙাদা হুনথোক্লবগা স্বর্ণ অথৌবদি উফুল নোংলৈ ওইনা নোংমলহল্লবদা জম্বুমালি হিংচাবনা খ্বা খমথেংননা য়োংমু তেঙ্গোন চাইখায়রবগী য়োংমু স্তদোম অথৌবনা জম্বুমালি হিংচাববু খোয়মা মাইয়োক লেপ্পা, চুবা নাহুম তম্না খুজিন কারন হোং, খুতুম কিনজাউ থিম্না নোংমনহল্লবগী খ্বা অথৌবশিংম্নুং লাল্লাউ নোংদা কানা, লানশোক নমশিন তাম্না দানব নেৎচৎ য়াল্লবগী খ্বা মাইয়োক য়াঙমদরবগী থরাই নোংদা কানা হুয়েন লানথোং কাম্না চেম্নখিরে। সনা লঙ্কা পনথোং মরিমক্তা দৈত্য মশীং থিঙমদনা য়োংমু-য়োংঙাং-য়োংঙৌ মশীং থিঙমদনা হুয়েন লানশোক্লবদি শুমিৎ ব্রাংনা কানা মিরেন চেপ্পা হাইখিরবদা কায়বি হনুমন্ত মরানথোংদা শ্রীরামচন্দ্র থোইখোইবা মশানৌ যৌবন

মথোকলকপা রাইরা তেনহৈবনা লৌরী তেনগা থোংনা কাপথোক-খিববু উদয়াস্ত হিংচাবনচিংবনা লাম্মী নিপানদংবু তাংজা লুরেন কক্পা হুয়েন লান্দুরবগী দমক দানব ঈডাং থোকপনা লাংবন লৌথোং চেনগুমলে। অতুস্থং মদোমদে।

দানব হিংচাবা বিরূপাক্ষ হিংচাবনচিংনা লাম্মী লিশিং তরা শুনা থুংশু অথোববু নাংওইননা শমু হকথোং কংনা ইনলক্লববু লক্ষ্মণ অথোবনা রাবণ নোংশা লাম্ভাম্ননা পুন্নুং চঙবী লক্‌য়ানগুম্না য়ানথ্রে হায়রে। য়োইময়াই তাউদনবনা থোংলেন খমগে তৌরবদা শ্রীরামচন্দ্র মদাইরেম খ্বা অথোইবশিংনা লঙ্কা লৈময়োনবু চক্র মকোয় ফানা ওক্লেন লাঙ্গোইচনগুম্না বানর তেঙ্গোন কোটি মশীং খিঙমদনা লঙ্কা পঙ্গোং মরিমক্তা দানব মাইয়োক লেপ্না হুয়েন লানহৌরুববু থোঞ্জেল নোংদা কায়ে। নোংশিং চৈরোই-ননা উংকুল নোংলৈ হৌনা কাংদেন কৈনা লং, মুঙলেন নোংজুননা লানশোক মথৈ লৈতনা তকশিনখিরবদা লঙ্কা লাম্মী অথোবস্থং লাম্নাউ থোঞ্জেল চাউনা খ্বা হাংলো, য়োংমু তাল-ও, ককয়োং কারো হায়না তাম্লকপবু য়োংলেন মরাঙ হৌনা ইনলকপবু রাক্ষস মাইয়োক লেপনা শমু হকথোং ফংনা থোংকেন লান-শোক্লববু দানব লানশি ঈস্থং খ্বা লানশি ঈগনা লানফম ঈঙাং চেনববু নদী তুরেল চেনগুমলে। শমু থুনানথোকপনা হকশাং ঈঙাং তৈরে। শগোল-শামু লৈদা ওন্, লানপোং চৈরৈ নমঙান ফিস্থং শমু লৈথোম তৈনা লানশি ঈঙাং থোকহৌবনা শগোল, শামু, হুলাই, থোংমী খ্বা লাম্মী থীঙমদনা ধ্বজ ফিরান,

অস্ত্র খুৎশু-খুৎলাই পুম্নমবু কাউবী শুমলোই তাউশুম্না তাউথোকলে হায়দবরা ?

শ্রীরাম নামুংবগী মশানৌ লক্ষ্মণ অথৌবনা হুয়েন লানছোরক তাকশিনখিরবদা দানব লাম্বোং মুৎনা নোংমলহল্লে। ময়িম লঙ্কা মনিলনাইবস্থং সেনা লাম্মী কোটি মশীং থীগুমদনা লান্দোন চৈরৎতনা ইনথোক্লক্লবগী দানব মাইয়োক য়াগুমদরবগী শ্রীরাম নামুংবনা লানফম মাইয়োক লেপ্লা ধনু লীরুং য়াইওইবনা লীচিং নাকোং কং, সন্ধান পান্দম য়েংনা নোংহাম্নবগী রাবণ মদাইরেম অকিকেতু চন্দ্র-কেতু অকনবা চরগুবন অথৌবা নিপাল-দংনা চৌংগু রাম শিদববু খোইয়ম মাইয়োক য়ানা লাংগোই শামু খোংওইননা তেনবী অথৌববু লাংবন খোইরেন পাইগুম শ্রীরাম নামুংববু তম্না কাপ্লক্লবদা শ্রীরামজী অহেনবনা দানব হিংচাবা মরিদংবু নোংমলহল্লে হায়দবরা ?

খোইয়ম রাইরা তেনবুম অমবু কাপথোকখিবনা তেনবী অথৌবা চামা থোক্লা পাইখিববু দানব হিংচাববু মশীং থিগুমদনা শগোল, শামু, তুলাই, খোংমী ধ্বজ ফিরান মাবু মশীং পাগুমদনা উৎফুল নোংলৈ ওই, নোংমলহল্লবদা খোইয়ম মখি নাই, কনজাউ মখে লৈতনা লানপুক মরাগু হোনা লঙ্কা পম্বোং মরিমক্লা পোনবী খরং চাকরাইনা চেক্লা য়োমপাইগুম দানব নেৎচৎয়াম্না থুগাইরবগী অসাইতৈগী রাবণ নিংথৌ মপারী ইন্দ্রজিৎ অথৌবনা চেংলৌ শকউহন্দনা মায়া শানগুন হৈবনা নোংশিৎ লৈচিনলুং অতাম্বদা শাম্বুপ্লনা দানব লাম্বোং কায়ববু চেংলৌ মিৎখিৎলবগী লীরুং খুত্তা শু, তেনকাপ চৈরৎতনা তেম্বা কুংনা থারক্লববু খ। মশীং

থিঙমদনা নোংমলহল্লবগী দমক বানর পাঙ্গনবশিংনা রাহমখিয়ে। তেনবী নোংজুনা লানবাবা অসিবু কোরৌ নোংলোন কদাইরম-গীনো হায়না কোয়ৌ ঙমথং চোংনা মিৎয়েং শানখৈববু চেংলৌ মিৎখিৎলবনিগীনা ইন্দ্রজিৎ অথৌবদি মদোম নোংথাক চৈরোইননা রাম লক্ষ্মণ অনিমকপু তম্না তেনরাই থারক্লববু চীংঙ্ শ্রীরাম নামুংববু শমু হকশাং থিংনা তেনবাল্লবনিগীনা তেনবান অনা তানা লক্ষ্মণ হকশাং নীক্, লীরুং খুংগু থানা লল্লাই কোইবেনথক্তী স্না লুহুপত্তোনস্তং মালেম লৈদা তানা থ্বা য়োংয়াম শিরবগী য়েংমু মবোঙ চৈক্তেনবনা থ্বা লাম্থোং থঙদা হুয়েন লানজিংবশিংনা বানর লানথোং মবিমক্তগী সেনাপতি লানজিংবদা রাহমখিয়ে।

হে সেনাপতি লানজিংবশিং-ও! খোইয়ম শ্রীরাম নামুংবনা মশানৌ লক্ষ্মণ অকনবগা অনিমকপু তেম্থা লুম্না থানা পাল্লরে, মদাইরেম থ্বা লাম্নী পুম্নমক্তং য়োংমু লাম্থোং কায়রকলে হায়না হুয়েন লাম্থোং মবিমক্তগী সেনাপতি লানজিংবা, রাজা সুগ্রীব নিংথৌরেনস্তং, অঙ্গদ অথৌবস্তং, নীল অথৌবা মথোয় অহুমমক্তা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা হনমন্ত অকনবগী মরানথোং তাম্না চীংঙ্ রাম লক্ষ্মণ অনিমক্তী খোইয়ম সনা মখোংথাদা রাইথুংলরবগা রাবণ নিংথৌ মপারী ইন্দ্রজিৎ অথৌবদি হুয়েন অমরক লান-নিংশিংনা তাংজা লিনগী তেনবী অথৌবমা রাম লক্ষ্মণ অনিমকপু শমু থ্বাংদা পুল্লম্বনিগীনা চীংঙ্ মমাই লৈদা ওন্, খোইয়ম তাংজা লুরেনস্তোন্দি অরাং লায়না পাং, লক্ষ্মণ অথৌবস্তং উৎফুল নোংলৈ হৌনা লুতুরে হায়দবরা?

ইন্দ্রজিৎ লানশোক হৈৰদি শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমনচিংনা খ্বা মশীং থিঙমদনা লানফম লানশোকয়ে হায়বগী অহঙ্কার নাপল রাংনা মপন রাবণ মকাদা শমু থাংচপ্লনা হুয়েন লানবাউ তমজখিয়ে। ইপন রাবণ নিথৌরেন-ও ! লঙ্কেশ্বর লৈমাবা-ও ! নপারী ঐনা শ্রীরামচন্দ্র নামুংববু হুয়েন লানশোক্লরুবদি লৈরোন নোংলোন অহুমমক্তস্থুং বানর লানশোক অস্থুবদি উথোক্কে। নদাইরেম দানব হিংচাবা লানফম মমাই লৈদব শিংবু মপুম মশীং থিঙমদে। বানর মরান ওম্না লঙ্কা পস্থোং মরিমক্তা কোটি মশীং থিঙমদনা নোংমল্লরে। নপারী ঐস্থুং বালি নিংথৌ মপারী অঙ্গদ সেনাপতি লানজিংবগা হুয়েন লানশোক্লববু সনা তুলাই ইখুংনেৎকা সারথী শাথৌবস্থুং য়াওনা নোংমল্লবগী দমক শূণ্য অতিংঙাদা লৈচিন নোংফাই-স্থুংদা লোৎনা লাইশেংজরৌয়ে। হুয়েন লাম্নিংশিংনা পাঙ্গন ইতিক উৎনা, কঞ্জাউ মৈরা থোক্না হুয়েন লাম্থোং মরিমক্তা তেন্থা ফ্ইনা কাপ্না খ্বা থস্থুং থিৎনা য়োংমু লানয়াম শিহল্লে। শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমক্তি নোংচুপ থোংজাউরমগী হনুমন্ত মরানথোং য়োংমু তেঙ্গোন্দা শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমকস্থুং লৈঙময়ে। নপারী ঐগী রাইরা ইতেনচা তেনবী অথৌবনা রাম লক্ষ্মণ অনিমক্তী শমু হকশাং থিৎনা পাল্লবগী তাংজা লিনগী থৌরীনা শ্রীরাম লক্ষ্মণ মাস্থুং শমু খ্বাংদা য়েৎনা পুল্লময়ে।

বানর লানথোং মৎলোয়ে হায়না হুয়েন লানবাউ তম্লবগা মপন রাবণ নিংথৌরেন মকোক তরা পানবদি মপারী হুয়েন পাউ-দম-রাবু নাতারবগা উনবী মথৈ লৈতনা হরাউখিবা রাগী দমক

ইন্দ্রজিৎ অথোবদা সনা কিরোই পিনা সামগ্রী মশীং শুনা ইন্দ্র জগোই শাবী তরামস্থ তালোই অপাম্বীবু ওইয়ো হায়না পিনম্বা সনা চাকলুক পিনা য়োইচানরে হায়দবরা ?

রাবণ নিংথৌরেম্না অহঙ্কার নাপন রাংনা মচিন মোমোন নোক্না রাহমখিয়ে—ইমোম ত্রিজটা অহেনবী-ও ! জনক নিংথৌ মমোমলোন সীতা লাইরৈমদা রাহমলু-ও। সীতা কোরৌ মনোংথৌ রামচন্দ্র নামুংববুসুং মশানৌ লক্ষ্মণ অহেনবগা লঙ্কা পম্বোংলেন্দা খ্বা য়োংয়াম শিনা পান্না ইন্দ্রজিৎ অহনবনা প্রাণ থরাই লৌনা নোংমলহল্লে। সীতা পায়মা উনকোইমুংদা থাজদরবদি সনা তুলাই তোংনা সনা পম্বোংলেন মরি যক্তা মিৎয়েং শানখৈহল্লু-ও হায়রবগা ত্রিজটা হিংচাবীনা হে সীতা লাইরৈমা-ও ! নিন্দুং থাগুম সুং-ওল্লবী পুষ্প শীংলেন লৈগী তুলাইথক্তা হাপ্না হুয়েন লানশোক-কম য়োরবগা শমু থুৎপু থিল্লা রাম লক্ষ্মণ অনিমক্তি শিরে হায়না পাউতাক্লবগা য়োইবু সীতা লাইরৈমনা স্বামী কোরৌ ইনোংথৌ শ্রীরামচন্দ্র নামুংববু সীতা থুপাক লাইথন শানা মিৎয়েং শান-খৈববু শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমকপু উফুল লৈদা ওম্না তুববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী সীতা লাইরৈমানা মালেম লৈদা ওন্, মালেম লৈবু থিংনা, মুংশি পুক্লিং কায়না মিকপখিয়ে হায়য়ে। হে প্রভু শ্রীরাম অহেনবা-ও ! সীতা থরাই ইমিরেন-ও। নংবু দেব নারায়ণ শংশংবনে। দশরথ নিংথৌ মপান্নীনে। নশানৌ সীতা লাইরৈমা য়োইবু লাইবকথিবী, মুংশিমখৈ লৈতবী সীতা

ইশুংলাংগী লঙ্কা লমওনথোক সমক্ল ঈরেনপুংনা পনওইনবা অসিদা লঙ্কা লানশোক্লবগী নপানৌ লক্ষণ ভাইরোইননা খ্বা য়োংয়াম-লক্তা করিগী লানকম মমাই লৈদনা সনা লীকং ঈথাওননা হকশাং থম্বাদ লৈগুম্বা স্বামী ঐবু লোইবা মুংশি মুংওনবা নংবু করিগী নোংমল্লবনো, কল্লকয়ে হায়না লঙ্কা পম্বোংলেন্দা সীতা মতৌ কম্থু লৈতনা পিরেম খাকমাদনা মীকপচববু ত্রিজটা রাক্ষস হিংচাবী রাবণ নিংথৌ মমোমলোন্দা রাহমখিয়ে।— স্বামী ইনোংথৌ তান্না তুলাই পুশিনবিয়ো, কোরৌ নোঙ্গামায়গে। লহান পঞ্চবটী অহেনবদগী লাংলেন কোংয়াং রাপুম খায়গুম্বা খায়নরকপবু অসি কোরৌ মুমিংমদা চেংলৌ শকউনরে।

অকেম চকমোম লাংওনববু ইবিংঙা মনমম্লকগে হায়না পাউমেঞ্জববু ত্রিজটা হিংচাবীনা পাউথুম্লকয়ে।— হে সীতা লাইরৈম-ও। নংনা প্রেম থকমাদনা মিকপ্পবু দেবরথ তুলাই মথুংনেত্তা মিকপ্পবু মিকপক্লদবা তুলাইনে। রামচন্দ্র নামুংববু ইন্দানসে হায়ববু ইচু রাবণ নিংথৌনা দণ্ডি রাররুগনি হায়না থৌথামখোনগী সীতা লাইরৈমদি সনা তুলাইথক্তা তুলাই খোংবু থিল্লা মিকপচখিরে হায়রে।

হে শ্রীরামচন্দ্র অহেনবা-ও। ইবুংঙো তাবিয়ো, সীতা নপানৌ ঐদি পোনবি উচেক ওম্বোকপবু ওইনা রাম সনা নখোংথাদা করন পাইশিনকদবনো। কল্লকয়ে হায়না মিকপ্পবু শমু নহাকশাং নিংথিবদা য়োইবু শমু ইথুংতোন চিনবান পাউ-নাইদবীনা চম্পা। লৈহাউ মানবীনা করম কোনকদবনো কল্লকয়ে

হায়না মিকপরবু ত্রিজটা হিংগাবীনা সীতা খুংচম থিনা অশোক ইংখোনলেন তানা য়িমচংখিরে হায়দবরা ?

লানফম লৈদা ওনবা রাম লক্ষ্মণ শৈনাইববু মদাইরেম খ্‌বা লাম্নী অখোৱশিংনা রাহমখিরে। ইবুংঙো শ্রীরাম অহেনব-ও! নশানৌ লক্ষ্মণ মুংজানবগা তাংজা লিনগী থোরিনা চৌংঙ্‌ খ্‌বাংদা য়েংনা মালেম লৈদা ওন্না লঙ্কা লানশোক ভমদনা রাম লানথোং কায়না খ্‌বা য়োংয়াম শিনা করিগী লান্নংশিবনো কল্লকয়ে হায়না নদাইরেম ঐখোয়দি সেনা লাইবক থিরে। চৌংঙ্‌ করি রানো হায়না শম্ মথুংতোন্না শ্রীরাম সনা খুয়ারেনবু বানর কোক্তা হাপ্না মিকপ্নখিরে হায়দবরা ?

রাজা সুগ্রীব নিংথোরেননসুং হে ইবুংঙো শ্রীরামচন্দ্র থোইখোইবা-ও ! খোইয়ম সনা নয়াথংবু তম্না লূদা থোংনা নদাই-রেম্না দিক মাইকৈ পুম্নমক্কগী খ্‌বা য়োংয়াম থোম্না লঙ্কা লান-শিংনবা অসিদা লানফম শৈনাইনং লিলা থোরি কাপভমদবা অসিবু করি রানো ? বানর য়োং নিংথো ঐসুং খোইমা লাইবক থীরে। কিষ্কিন্ধ্যা ইরৈবাকপু নিংথো চাকচা পুম্নমকপু নমদা ছুম্না খুল্লক তরা চাক নিজরগে হায়না প্রেম থকমাদনা মালেম লৈদা ওন্‌, মথুং লুরাই নম্না মিকপ্রে। খ্‌বা মিকপথোনবু য়োংমু তেঙ্গোল নীলবগী বিভীষণ লৌশিংবসুং শ্রীরাম সনা খুয়া পাইনা মিকপ-লিঙৈদা রাম নামুংবনা চৌংঙ্‌ নিংশা শৎহোংননা থরাই খোঙ্গেল পিরক্না রাহমলকয়ে।

হে বিভীষণ লোয়না অপাম্ব-ও! নংনা সনা নরৈবাক্তা আনন্দ মুংঙাইববু নমদা হুন্না সনা ইখোংখাবু ইন্দ্রানলকপগী দমক লঙ্কা লৈবাক-চানা রাজা নিংথৌ ওইহনগে হায়না সংকল্প ব্রাশক্ল-বদি সত্য ব্রাশক শোয়রে। তাংজা ইকাই নংলে। সুগ্রীব ইপা-তাউ-ও! নংম্ভ খোইয়ম ঐগী দমক দুঃখ অরা চঙলে। নশাবি বালি নিংথৌ মপারী অঙ্গদ সেনাপতি লানচিংবা অসিম্ভং চীংঙ, ঐবু নীঙ্ঙবগী অরা মখে লৈতনা লাম্লংলে। রাজ্য নৈরৈবাক্তা য়োইচানবিরু-ও! নোংশিং নিংথৌ মপারী হনুমন্ত অথোবা নংদি সনা অযোধ্যা ইরৈবাক্তা ইশানৌ ভরত চীংখোং য়াইমবদা পাউ-তাকপিও। নশাবী রাম লক্ষ্মণ অনিমক্তি লঙ্কা মপুংয়াইদা মালেম লৈদা ওম্না লানশোক শৈনাইলৌরে হায়না খোংলোই পাউহনবিরু-ও খ্বা অপৌবা লানফম মমাই ওন্দব শিংগা কোরৌ নোঙ্গামন্নখিরগে। রাজা সুগ্রীব নিংথৌ নংনচিংনা থাবনা নংখোয়গী ফম্বিরেন্দা হলরাইখি-ও।

চীংঙ ইশুংলাংগীবু দুঃখ অরা নংনরে হায়না হেমোইবি-শুনো অস্তম রাহমখোনগী নাত্তারবগী দমক খ্বা য়োংয়াম তিন্না মিকপ্পরবদা কোরৌ নোংমদোনগী ইন্দ্র সরারেম্না দেব লাইরুপ লেংনা তিনবদা ব্রাহ্মকয়ে। দেব লাইয়িংথৌনা ব্রাহ্মকয়ে— হে খোইয়ম ইঙাইরোইশিং-ও। রাবণ নিংথৌরেনবু প্রাণ থরাই মাঙদ্রবদি চীংঙ ঐখোয়বু দুঃখ অরা নংঙেনে। ত্রিভুবন মরোন অহুমমক্তী মবুংঙো শ্রীরাম নামুংবদি নোংমনফরোই। লীলা থৌরি তৎনবা নোংশিং চামানিকুমাপনমকপু শ্রীরাম

লক্ষ্মণ অনিমস্তং মদাইরেম খ্বা সেনাপতি অয়াম্বা পুম্নমক্তা পোনবী গরুড় মমিং শোম্না-ও। লীলা থৌরি কোকউনে হায়না কর্ণ নাকোং থোংজাউরেন্দা মালং নোংশিংথোংদা তাকপিরু-ও হায়না নোংশিং মালং অয়াঙবনা বানর লাম্মী অয়াম্বু পুম্নমাস্তং পোনবী গরুড় মমিং শোল্লো হায়না কোলোয় পাউজেল্লম্লবগী খ্বা মরৈত্তোন্দা পোনবী গরুড় মমিং শোল্লবদা চেংলৌ মিংকুপ মরুমদগী গরুড় চেকনিংথৌবু পাইশিল্লরুবগী দমক্তা চেক্লা শউম তারবদা তংজা লিলগী তেনবী অথৌবা পুম্নমক্তি মালেম লৈথুম্নংদা হুয়েন লাঞ্জেনথোকখিরবগী চীংঙ শ্রীরাম নামুংবদি ইন্দ্রজিৎ রাইরা তেনবান কোক্লবগীনা চীংঙ চৈতয়োন চেতনা উনবী পুকনিং শিংলক্লবগী লীলা থৌরি কোকলে হায়দবরা?

হে নম্ব পোংবাচাশিং-ও নখোয় পুম্নমক্তি নচিন রাম শোম্না নাতাজৌও। শ্রীরাম নামুংবনা থৌজাল্লরবগা পোনবী চেকনিংথৌ নিংথৌ নংস্তং খিংলৌ নীঙনা তেনা হলরাইখিয়ো। শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমনাচিংনা মদাইরেম খ্বা লাম্মী পুম্নমস্তং লানক্ষম শৈনাইবা মালেম লৈদা ওনবা খৈবিকস্তং খ্বা পুম্নমানা শমু মখুৎ লৈদা শোনা হৌগৎলবগা য়োংমু তেঙ্গোন মনিল নাই, লাল্লাউ নোংদা কাংা পাঙ্গল নিপা থোক্, কোরৌ ঙমথং চোং, খ্বা চুকোই শা, য়োংমু খুৎপাক তাবুল খূনা অস্তুম নোয়না ঙমদমলে হায়দবরা?

চীংঙ রামচন্দ্র নামুংবনা লঙ্কা অহানবা দানব কময়াম্নবা অসিবু নর পোংবা-চা অয়াম্বনা রাম রারী শিদবা খোইমোম লাইরৈমা লক্ষ্মী-সরস্বতী অনিমক্তা থৌজাল মাইয়োক্লনা লনকুবিরময়ে হায়দবরা?

# ইন্দ্রজিৎকী লাঙ্‌ং
## অনিশুবা

অসাইতৈওগী খ্বা লালহৌখোনবু লঙ্কা লৈবাক মনিল নাইরবগী রাবণ নিংথৌরেন্না ধুর্ম্রাক্ষ অথৌবদা রাহমখিয়ে। তয়ম-ও! নংদি-- দানব লান্মী থিওমদনা শগোল শামু মপু পাওমদনা বানর মাই-য়োক য়াক্ল-ও, রাম লানশোকনৌ-ও। খোয়মা নমাই লৈওনো হায়না থৌশীখোনগী ধুর্ম্রাক্ষ অথৌবনা রাবণ নিংথৌ মমাং শংশংবদগী যাত্রা খোংশাল্লকপদগী অজয় ফক্লববু খোয়মা মাই-ওক্লনা লুরাই মাগী কোইরেম্বক্তস্নুং পোনবী লংজা পাইয়ে। ধ্বজ ফিরানথোক্তস্নুং চেল্লা মকু তোংলে। যোগিনী নমু মিশা-চাবীনস্নুং রক্ত ঈওাং য়াগে হায়না সনা সেনপাক শুনা জগোই মরাও হৌওব্ববু শোংকিদনা দানব খোঙ্গেল চাউনা সনা লঙ্কা লৈবাক নিন্না শ্রীরাম লক্ষ্মণ কারো, খ্বা পুম্বা হাৎলো, ককয়োং হুপ্পা তাললো, য়োংমু পুল-ও হায়না লঙ্কা পনথোং মরিমক্তা নোংচুপ থোংলেন থৈদা হনুমন্ত মরানথোংদা লাংবন ঈকা তাওম্না কারকপবু খ্বা অনৌবশিংস্নুং লানফম মাইয়োক লেপ্পা লঙ্কা লান্মী হকথেং ফংনা কাংদেন রায় কাবনা চুবা নাহুম তম্না নুংলেন তেংপাক হুনগুম্না হুয়েন লানশোক্লববু খ্বা লানয়াম শিনা হুয়েন লানশিংলবগী দমক নোংশিৎ নিংথৌ মপারী হনুমন্ত অমর শিদ-বনা শ্রীরাম ভক্ত অহেনবা খ্বা য়োং পাখং লানশোক থৌওইদবনা বানর লানশি য়াম্নববু কান্না চোংবা দানব লামল্লিংবা ধুর্ম্রাক্ষ

অথৌববু শমু হকথেং কংনা তাংজা মরুতোনবু শমু খুংতাক চঙ্‌বা য়েনজা নমজা নমলুচাউবি চাগুম্না শংলৌ, খুংতাক থং-কুম্না মালেম লৈদা তানা য়ৈথংলবগী দানব লাশ্বোং কায়না হুয়েন লানচেনখোকখিরে।

দানব মরোং চৈক্লেনবশিংনা রাবণ মনিংথৌদা রাহমখিরে—সনা লঙ্কা লৈমাবা ইবুংঙো। তাবিয়ো। নদাইরেম ধুর্ম্রাক্ষ অথৌবনচিংনা হনুমন্ত মখুংপাক্লা দানব লানথোং মুংনা নোংমল্লৌরে। খ্বা লানশোক ওয়রোই হায়না অমুম পাউদম্লবদা রাবণ নিংথৌরেম্বি কঞ্চাউ লাকওমদনা রাহমখিয়ে—ইদাইরেম দানব লাম্নৌ অকনবা অওম অথৌব-ও! নবিওাদি হুয়েন লানগা চিংনা রাম লক্ষ্মণ অনিমকপু খম্নুং দ্বার মথোংজিন্দা থাদোক্লু-ও হায়রবগা তম্না রাবণ নিংথৌ মাংদগী যাত্রা থোং-শাম্লকবু লানচং খোংশান ফস্ত, শমু খুংফৈ অমম্নুং তাংজা লুরেনতোনম্নুং হকশাং খুদোন নীক্লা লাজোই মথুংনেংতগী মালেম লৈদা তাববু শোংকিদনা হনুমন্ত মরানথোংদা লানশোক চৈবংতনা তানশিল্লকবগা অকম্বর অনিমনা পাউমেল্লকয়ে—খোয়মা নারোল্লুংগী পামেন উহৈ চাবশিং-ও! নংগী সীতা লাইরৈমম্নুং রাবণ ইনিং-থৌগী শমু মখুংপাক্লা চল্লিয়ে। নবুংঙো তপস্যা লাইওইনবা লঙ্কা ইনিংথৌবু কদোওম্লরোই। নংগী খ্বা য়োংনিংথৌ সুগ্রীব নিংথৌরেন তাউজিং হৈপাম্বা পামেন উহৈ চাবা য়োংনে। হুয়েন লানশোক অমরক্লা দানব ইখুংপাক্লা নোংমল্লউনে।

খ্বা নাপন রাংগুনো হায়না অসুম মীচৈরক্লববু বানর য়োং পাখংশিংনা পাউথুম্লকয়ে—হে দানব হিংচাবা-ও। ঐগী ইবুংঙো শ্রীরাম খোইখোইবদি লহান পঞ্চবটী মুংঙাইবদা ইবুংঙো শ্রীরাম মতোম্মাসুং নংগী খরদূষ অথোবা অনিমক্লচিংনা দানব লিশিং তরামরি শুনা হাৎলোয়ে। হৌজিক্তি রাবণ নিংথৌগী প্রাণ থরাই মাঙগদববু সময় মতম ওইরবগী খ্বা লমলোই ওইনা য়োংমু তেঙ্গোন লিংনা লঙ্কা নপুংয়াইবু য়াউরৌ শায়াম চনগুম্না দানব পন্থোং কায়রে। বানর নেৎচৎ-য়ানবসুং নংগী রাবণ থুরানববু নিংথৌ লমচৎ খণ্ডবদি য়াব্রা তুগুপ চুংনা শোংকিঙৈনে। রাবণ থরাই হিংগে নিংলবদি নঙক কিবু কি, শমু নথুৎ লোম্না কাওরা নিশিদা লাইরৈমবু রাবণ কোক্কা হাপ্না ইবুংঙো শ্রীরাম সনা মথোংখাদা কৎলমলৌ-ও হায়না মীচৈ পাউথংনরবগা সেনা লাম্মী অনিমক্তি খোয়মা মাইওন্দনা লানফম মাইওক লেপ্লবদা বানর অথৌব-শিংনা থোঙ্গু মুংজাউ হুন্, কাংদেন ফৈনা লং, দানব হকথেং ফংনা হুয়েন লান শোক্লয়বদা দৈত্য হিংচাবা অসিদি মশীং খিঙমদনা খ্বা মশীং পাঙমদনা হুয়েন লানশোক্লরে হায়ববু লানশোক খোঞ্জেল তারবগী দমক খ্বা মীখন থায় লঙ্কা নোংপোক থোংজাউ ঙাকপা নীল সেনাপতি অথৌবনচিংমা সরভ অকনবা, সুরথ অথৌবা, শুমথ য়োং পাখং মথোয় মরিমক্লা অচেন লোক্লে হৌনা হনুমন্ত অকনবা মরানথোংদা হুয়েন লালুম্লরবগী দানব কাংথং কাংজাই তম্না চায়থাইরবগী শগোল, শামু, তুলাই, থোংমী কোটি

থিঙমদনা নোংমলহল্লে। রাক্ষস হিংচাবা অগম্বর অথৌবনা হুয়েন লাননিংশিনা য়োংমু থৌওইদনা চায়খাইরবগী বানর য়োংরাম শিরে। খ, মীথনখায় ওমট অকনবস্নুং অকম্বর মাইয়োক য়াঙমদনা য়োংমু তেঙ্গোনলেনবু তাম্রা হুয়েন লানচেনথোকখিরে। শতাবলী অথৌবস্নুং খ, লানচেন ওমদনা থরাই নোংদা কানা লানচেন নীংহম্নরকলে। হুয়েন লাল্লমলবা নীল সেনাপতি অথৌবনচিংনা য়োংমু লানথোং কায়না হুয়েম্নরে হায়দবরা ?

নোংশিং নিংথৌ মপারী অঞ্জনা সতী সনা লিনকোইগী মহাবলীরেন থোইথোইবনা হুয়েন লাম্থোং কায়রববু চেংলৌ মিংথিংলবগী পামেন চীংজক্ চাউথোইববু তলা মপান ফুক্রা উজাউ কৈনা লংখিববু অকম্বর হিংচাবনা রাইরা মতেনচানা শূন্য অতিংঙাদা কাপথেক ওম্নবগী দমক হনুমন্ত য়াইবী কলহৌ নীক্লবগী লানশোক অমরক মৈশা লাংনা পামেন কৈনা হাই, অচেন খংলৈ য়াঙনা দানব মায়া ঙম্বশিংবু লেমলৈ ঙায়িন তকুমনা লাম্নী মশীং থিঙমদনা হাৎলবগী অকম্বর সেনাপতি অথৌববু শমু খুৎনা ফংগে হায়না তানশিনখিবদা অকম্বর হিংচাবনা হনুমন্ত অকনবনা মাইয়োক য়ানা রাইরা মতেনচাবু লীচিং নাকোং কংনা কাপ্লক্লবগী দমক ইন্দ্রজিৎ শমু মহকশাংদা পাম্লরে। তেনথুন ঈঙাং পোকপনা শিংলেন লৈ মহী লৈরাং নাওইতোংনা মপান ঙাংনা শাবচ্চুওম্ রক্ত ঈঙাং থোকপবু তেন-পান থৌওইদনা পামেন অমা খুত্তা শূনা অকম্বর অথৌবগী

তাংজা লুরেনবু পনম খোমদৈয় খাইওম্না মৈথরবগী মালেম লৈদা তানা নোংমলহল্লে। হনুমন্ত অথোবদি দানব হিংচাবগী লুরাই হামুন লাক্লা লৈতাও কোল্লাচিবদা লেমলৈ ওায়িন তঙ্কুম লঙ্কা পম্বোং ফংনা তকশিনখিরে হায়দবরা ?

হনুমন্ত পাঙ্গনবা মপা তাম্বদি নোংশিং চৈরোইননা কোরৌ ওমথং চোংনা দানব থোওইদনা খা তেকোললেম্দা রাইথুংলরবগী শ্রীরাম নামুংবনা শমু হকশাং কোয়া য়োইচানওময়ে। লক্ষ্মণ অথোবনসুং হনুমন্ত মতিক থোগৎনা য়োইচাম্নখিয়ে। রাজা সুগ্রীব নিংথৌনা থৌজান মাইয়োক্লনা হরাউরময়ে। বিভীষণ লৌশিং-বনসুং মনিক য়াইরংচানবু থবা ওককোই শীম্না য়োইচাম্নরবগা নোংচুপ মরানথোংদা হুয়েন লানথোং ওাকচখিয়ে হায়দবরা ?

কৃত্তিবাস শেমহৈবনা লেংলমশৈনে। হনুমন্ত অমর শিদবা লানফম নিপা থোকপগী লঙ্কা লানশোক তেংথাশৈনে। নর পোংবচাশিং-ও। তাংজা নরৈতোন্দা রাম রাম শোল্লা মাতাবিয়ো।

## ইন্দ্রজিৎকী লাঞ্জং

### অহুমশুবা

অসাইডৈগী রাবণ নিংথৌরেনদি মদাইরেম অকম্বর অথো-বনচিংনা দানব মশীং থিওমদনা নোংমল্লবগী দমক তালোট মরুম্বী, মপারী সুংচানবা, মমোম সুংওনবীশিংনা মিকপখিববু লঙ্কা লৈবাক মনিল নাইরে হায়দবরা ?

রাবণ নিংথৌরেনদি মদাইরেম লঙ্কা লাম্মী মশীং থিঙমদনা নোংমল্লবগী দমক কল্লাউ মৈরা থোক্লা রাইম্নকয়ে—ইদাইরেম প্রচণ্ড কোরৌ নোংশিংলংগুম্বা নংবু লাউ-ও। বানর মাইয়োক য়ানা শ্রীরাম-লক্ষ্মণ-সুগ্রীব অহুমকপু প্রাণ থরাই মাঙহল্লু-ও হায়না। থৌশীরগা তম্না রাবণ নিংথৌরেন্দি প্রচণ্ড অথৌবনা শমু থাংচপ্লনা রাকৎচখিয়ে।—হেৌইদ' স্না লঙ্কা লৈমাবা ইবুংঙো নংদি লক্ষ্মী সীতা লাইরৈমগা সনা সিংহাসন্দা পানমল্লঙম-ও। নদাইরেম ঐনা রাম লক্ষ্মণ অনিমা থোইয়ম লাইমিং শিন্নববু রাজা সুগ্রীব য়াউনা প্রাণ থরাই লৌরুগে হায়না পাউযাববগা নিংথৌ-রেম্না সনা ফিরোই য়াউনা রাজা প্রসাদ পিজরবগা প্রচণ্ড অথৌবদি লাঙ্গোই শগোল তুম্ফুতরামগা শুনা চুলাই মশীং থিঙমদনা হুয়েন লানজিংবা লিশিং অমা শুনা ধ্বজ ফিরাল মশীঙ লিশিং অমা, রাংলেন পুংজাউ য়ৈবা, পেরে থোপথি থোংবা, মোইবু শিঙ্গা খোংবা মপু থিঙমদনা হুয়েন লাল্লাউখোনবু লঙ্কা লৈবাক মনিল নাইনা খোঙ্গেল নোংদা কা নোংশা লাল্লাউননা রাবণ সনা মখোংখাগী যাত্রা খোংশাল্লক্লবদা অজয় য়াইফথিবা ধ্বজ ফিরানখোক্তা পোনবী থরং তোংলে। খোঙ্গেল য়াইথিখোনবু কর্ণ নাকোংনা মাতারববু শোংকিদনা লঙ্কা পনখোংলেন সুগ্রীব মরাম্তোংদা উত্তর অরাং পাংবরমদা লাংবন ঈকা ঙাঙম হাদোক্লক্লবদা লানশোক চৈরৎতনা রাজা সুগ্রীব অথৌবগী বানর লাম্মী অথৌবশিংসুং লঙ্কা লাম্মী অথৌবা মাইয়োক্লনা থৌচু মুংহুম হুন্, পামেন কৈনা লং,

লানশোক মথৈ লৈতনা হুয়েন লানশোম্নরবগী দানব হিংচাবনা রায়রা মতেনচাবু লোইদাম ইঙা য়িথাদা নোংলেন মথোং ফু ইনা চুবগুম খ্বা মীপুম হাওদনা তেনবাম্লব রাগী য়োংমু তেলোন চায়রবগী রাজা সুগ্রীব নিংথৌনা লানফম মাইয়োক য়ানা দানব হিংচাববু কৈথেন চুরাই লাংগুম্না হুয়েন লান চায়থাইরবদা ময়িম লঙ্কা মনিন নাইবগী সেনাপতি লানজিংবা প্রচণ্ড অথৌবনা রাহয়কয়ে—হে সুগ্রীব য়োং-নিংথৌ-ও! সেনাপতি লাজিংবনা সেনা মাংদা চৎনা হুয়েন লানশোক্লা থোক্তে। চীংয়াইথু য়োংনাউ পামেন ফৈনা লাম্বা তাউজিং হৈজা কনবা চীংজুম ককয়ি থকপানিগীনা হুয়েন লানশোক হৈতবা নংবু থম্মুং যম নিংথৌদা প্রাণ থরাই পাদোক্কে হায়না অসুম রাহয়ববু রাজা সুগ্রীব নিংথৌনা রাহমলকয়ে। রাক্ষস হিংচাবা-ও! রাবণ থুরাবগী মদাইরেম-ও! নিংথৌ মতিক খঙদবা নংবু অসি কোরৌ মুমিৎমদা লানশোক নমাই লৈগনো। ঐগী শমু ইথুংপাক্তা য়োন্দনা নোংমনহনগে হায়না পাউথুমলবগা প্রচণ্ড অথৌবনা লীরী তেনগা থোং, সন্ধান পানগা তম্, নোংশা লান্দাননা খ্বা য়োং নিংথৌবু তমনা কাপ্লক্লববু রাজা সুগ্রীব বলী অথৌবনা হেরা থৌওইদনা পামেন ফৈনা হাই, পাঙ্গন মতিক উৎনা দানব রথ মথুৎনেং তুলাই চাকলেন লাক্লা চোংথৎলবগা সুগ্রীব শমু মথুৎপাক্লা কোরৌ নোংশিংজংগুমনা দলান থকহাই তম্না ওকলি লুশমলেনবু তুবি তারাপাক খিংলৌ অমরক নীওনা তেনা নুংলেন চাউথোইববু শমু থুৎনা শূনা পামেন অঙনববু শারেন

য়েংলম পাইনা তাংজা লুরেন তম্না হনখিববু প্রচণ্ড রাইরা মতেনচা অঙ্গদংনা কাপথেকওম্লবগী রাজা সুগ্রীব নিংথৌরেন্দি লানবুক মথি নাইনা লানমিং কোরি হৌ, লানকম মৈশা লাংনা চীংলেন চাউথোইববু মপান ফক্লা কোরো ওমথং চোংনা চোংখিরববু প্রচণ্ড অথৌবদি তাংজা লুরেন কায়, হুলাই চাক-লেন তেক্লা পাল্লব-রাগীনা মচিন ঈতোং ওনা নোংমল্লে হায়দবরা ?

দানব লাম্মী মশীং থিওমদবস্তুং সুগ্রীব চৈথ: অমরক্লা দানব মশীং থিওমদনা নোংমলহল্লে হায়দবরা ? খ্বা য়োং নিংথৌ সুগ্রীব অথৌবদি লানকম নিপা থোকপগী চীংগু শ্রীরাম সনা মখোংখাদা শমু থাংচপ্লনা রাকৎচখিয়ে। নদাইরেম ঐগী ইরানথোংদা হুয়েন লানশোক্লবদি নদাইরেম দানব লাম্মী হিংচাবা প্রচণ্ড অথৌবনচিংনা হুয়েন লানয়াম ফারোরে হায়না পাউদম্লবগা খোইয়ম শ্রীরাম নামুংবনা সুগ্রীব নিংথৌ লোয়ন-অপাম্বু ওকলি লুমলাং কোম্লা য়োইচাম্লরবগা শ্রীরাম লক্ষ্মণ বিভীষণ য়াওনা ফমফম্মল্লরে। দানব হিংচাবা প্রচণ্ড থরাই হিংখিবশিংস্তুং রাবণ মনিংথৌদা শমু থাংচপ্লনা পাউদমজরে—সনা লঙ্কা লৈমাবা ইবুংঙো ! তাউ-ও। নদাইরেম প্রচণ্ড অথৌবনচিংনা সেনা লাম্মী অথৌবা অয়াম্বশিংস্তুং শংগোল, শামু, হুলাই, খোংমী পুম্নমস্তুং মশীংমবু পাওমদনা সুগ্রীব মরানথোংদা নোংমল্লে হায়না হুয়েন লানপাউ তম্লবদা লঙ্কা মীকপ-থোম্না সমক্র ঈরাউখোনগুম নাতা-রবগী রাবণ নিংথৌরেম্না মদাইরেম পাত্র অওম্বদা রাহমখিয়ে—তয়ম লঙ্কা লৈবাক কোয়বশিং-ও। ঐগী সেনাপতি লানমিংবা

কোরৌ নোংশীংজংঙম্বশিংবু সনা ইরৈবাক্তা হুনরাইরক্তয়ে। সনা লঙ্কা লৈময়োন অমিদগী বীর থয়াং কোন্দাইরোনবশিংদা ইদাইরেম প্রহস্ত অথৌবা, নিকুম্ভ অকনবা, ইশানৌ কুম্ভকর্ণ অকনবা লানকম লৈবুখোনবগা ইপারী ইন্দ্রজিৎ মায়া শানগুনহৈবগা মখোই মঙা মানঙাইরে। তয়মশিং-ও। হায়না চিন্তা পুক্লিং ঈরৈচম্লা অম্সুম রাহম্লগা তয়ম প্রহস্ত অথৌবা নংদি লানশোক চৈরৎ-কুনো। চীংঙু রাম লক্ষ্মণ অনিমক্কী সেনা লাম্মী অয়াম্বা থ্বা য়োংয়াম লেংনা তিনবশিংদা হুয়েন লানশোক হৈতবা য়োংমু পুক্লিং য়াংবা মশেননে। তয়ম প্রহস্ত অথৌবা ও' নংগী লানশোক নমাং খাঙ্ঙমলোইয়ে। কোরৌ নোংখাকখোনগুম্না পাম্বংলবদি থ্বা মমি পাই মিরেন থাবু খঙ্না হুয়েন লালচেনথোকখিঙৈনে। বানর তেঙ্গোন চাইবদি রাম লক্ষ্মণ অনিমক্তা রাবণ নিংথৌ ঐবু কদৌঙম্লরোই। তয়মশিং ও! হুয়েন লানহৌ থৌনগুনো হায়রবদা মদাইরেম প্রহস্ত অথৌবনা পাউথুমখিয়ে। হোইদা রাবণ নিংথৌরেম-ও! নদাইরেম ঐদি নিংথৌ নংগী য়েক্লবা শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমকপু থম্লুং যম নিংথৌদা থুৎশিন্নরমগে। নদাইরেম বানর তেঙ্গোন পুম্নমকস্লুং হুয়েন লানথোং মুৎহল্লুগে হায়না পাউয়ারবগা লানশোক মরাক্লা নিংথৌ সনা মহকশাংদা থোংদরিবা অলঙ্কার চৈরৈ ফিময়োন সনা কঙ্কন মথুৎশি, কুণ্ডর নাশি নিংথিবা, সনা লুহুপ লমঙানবা মুক্তা খিনববু লেংহল্লবদা রাজা প্রসাদ অথোইববু শমু থুৎশিন্নবা জয় য়াইফববু প্রণাম মালেম লৈদা পক্লা কাবগা গৃহ য়ুম্বুম খুদিংদা যজ্ঞ মণ্ডম লোইরবদা

প্রহস্ত অথোবনা রাবণ নিংথৌ মাওদগী হুনাই লেংবু খোংওইননা ময়িম লঙ্কা লাম্মী খিওমদনা শগোল শামু মশীং থিওমদনা রাংলেন মরাং হৌনা যাত্রা খোংশান্নকলবদা লানফম য়াইখিবা মতৌ ওন্নোকপা পোনবী লংজা পাই চেক্লা মকু অনিমনা, লাম্মী কোক্তা পাইববু চেংলৌ মিৎখিংলবগী সেনাপতি মথন্নগী হকশাং মমি উদা, লাঙ্গোই মথুৎনেৎনা প্রেম থকমাদববু শগোল হকচাং চোং, লাঙ্গোই শাথোবস্নুং শাজ্জি খোমরৈ ওমদবনা মতৌ পুক্লিং ওকপনা অসুম থোক্লরববু শোংকিদনা লঙ্কা নোংপোকথোং নীল সেনাপতি লানফম অরুম্বদা লানশোক থমথেংননা ব্রাহ্মণ ইনথোক্লকলবদা খ্বা অথৌ লিচাহেপ্পাশিংনা রাহমখিয়ে। হে দানব হিংচাবশিং-ও নঙ্গী রাবণ হিংচাবা খোইয়ম মরন থোইখোইবা লৈরোন নোংলোন অহুমমক্তী মবুংঙো চীংও রাইরা মতেনচাদা নোংমনঙৈনে। দানব থুনা হুয়েন লায়শোক্লসে হায়না রাহন্নবগা ময়িম লঙ্কা লাম্মী অথোবস্নুং রাইরা মতেনচা তেনবী শমকোক থাংশাবা টিমেন থংনং টা তেৎনৌ য়োংকী শুক্তী থুংও অথোবশিংনা নোংলেন মথোং ফূইনা চুবহুগুম রাইরা তেন কাপলকপবু খ্বা য়োংয়াম পান্না য়োংমু হকশাং থিনা নোংমনলবগী দমক বানর লাম্মী অথোব-শিংস্নু লানশোক মরাঙ হৌনা য়োংমু লান্নাউথোন মান্ননা খ্বা মমাই লৈদনা উতুপ কাওদেন রাইচাউবনা দানব চুবা নাহুম তন্না মৈথুরবগী মালেম ফুবাক তুনা, লানফম চৈরংতনা, চীংলেন থুদোং হুন্, থুজিল য়ানা কংনা নোংমলহন্নবগী দমক দানব

হিংচাবদি মশা মৈখোম তৈনা পোনবী উচেক অয়াম্বনা শাম্নেন শাজামরে।

প্রহস্ত অথৌবনা হুয়েন অমরক লাম্নিংশিংনা রাইরা মতেন-চা ক্ষুর শমকোক থাংশাবনা খ্বা মথুৎমক্রা য়োংমু মঙকশমু মপৈ মপৈ খিঙমদনা নোংমলহল্লবদা নীল সেনাপতি অথৌবনা প্রহস্ত অথৌবগী থবাক লিকশিন্নমদা থমোই অথিবদা পামেন উচাউ মৈনা হুয়েন লানশোক্লববু সেনাপতি মমাম্নবনিগীনা প্রহস্ত অথৌবসুং রাইরা অমরক তেনয়াম কাপ্লবু খ্বা লানজিংবা নীল অথৌবনা হেন্না থৌওইদনা পামেন মৈনা হাইনা য়েববু প্রহস্ত অথৌবসুং রাইরা অমরক তেনয়াম কাপ্লবু য়োংশুক রাইফাবনা নীল শমু মহকশাংদা য়েঙম্লবগী নীল অথৌবনা কঞ্জাউ মখৈ মৈতনা পামেন উচুং চাউথোইবনা প্রহস্ত অথৌবগী তাংজা লুরেন তম্না য়েরুববু ভুবিদরবগী অচেন লোকমৈ হৌ, তেৎনৌ য়োংশুক অকুইবনা চুবা নাহুম তম্না য়েথুগে হায়না তানশিল্লক-পবু নীল অথৌবনা চীংলেন চাউথোইববু মপান ফক্রা হুনখিবদা তাংজা লুরেনতোন্দা পাল্লবনিগীনা তাংজা মকোক ঙাউ, মালেম মৈদা তুনা নীল শমু মথুৎপাক্লা খুৎতুম চৈথা কন্না প্রহস্ত অথৌববু নোংমলহল্লবদা দানব লাম্নী অয়াম্বদি খ্বা মমাং থাং-ভমদনা হুয়েন লানথোং মুৎলবনিগীনা নীল সেনাপতি অথৌবদি অরাং খোংজাউ ঙাকপা রাজা সুগ্রীব অথৌবদা হুয়েন লানপাউ তম্লবগা শ্রীরাম নামুংবদা হনুমস্ত মরানথোংবু তান্না খোইয়ম সনা খুয়াখাদা শমু থাংচপ্লনা রাকৎচখিয়ে। নদাইরেম ঐগী,

হুয়েন ইয়ানখোংদা চীংঙ্ নংগী নথৌজানগী লঙ্কা লানজিংবা প্রহস্ত অথৌবনচিংনা দানব লানয়াম ফারোরে হায়না হুয়েন লানপাউ তয়রবগা শ্রীরাম নামুংবনা নীল অথৌববু শমু হকশাং কোয়া প্রসাদ পিজরবগা লক্ষ্মণ অশিংবনা থৌজান মাংওইননা বিভীষণ উনবী পুকনিং তপ্লবনস্তুং হেরা মনিক পিনখিয়ে। নীল অথৌবস্তুং নোংপোক মরানথোংদা ঙাকচখিরে হায়দবরা ?

দানব হিংচাবস্তুং লঙ্কা মনিংথোদা ৱাকৎচখিয়ে। হে ইবুংঙো রাবণ নিংথৌরেন-ও। নদাইরেম প্রহস্ত অথৌবনচিংনা নীল মরানথোংদা সেনা লাম্মী মশীং থিঙমদনা নোংমললোৌরে হায়না হুয়েন লানপাউ তয়রবগা রাবণ নিংথৌরেন্না সনা সিংহাসন্দগী মালেম লৈদা কুম্না ৱাহমখিয়ে। তয়ম পাত্র অঙম্বশিং-ও! ঐগী সেনাপতি লানজিংববু য়ায়া লৈতরে। লঙ্কা নিংথৌ ইদোম্ম-নাঙাইরে। তৌইগুম রাম লক্ষ্মণ অনি মকপু খোয়মা ইমাই লৈদনা হুয়েন লান শোক্লগে তয়মশিং-ও! হৌজিক চীংঙ্ শ্রীরাম লান শোক্লবদা লঙ্কা লাম্নী পুম্নমস্তুং খোয়মা নমাই লৈফরোই। রাবণ নংথৌ ঐস্তুং বিক্রম থয়াং ইথৌমন্না লৈরোন নোংলোন অহুমমক্তুং থুৎঙম্লকপা নিংথৌরেম্নে। শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমকপু শমু ইখুৎপাক্তা নোংমনহনগে হায়না ৱাহম্লবগা রাবণ শমু মহকশাংস্তুং অলঙ্কার সনা ফিরোই নিংথিববু শাংদিং লাশৈ-থেম তাংজা মরুতোনবু মুম্বিৎ তরা থোকুম্বদা চোয়নৌ সনা লুহুপ মঙান্নাইবা হেরা মনিক মুক্তা থিনববু সনা লুহুপ থোন, মকর চিংলাইশাববু চুপলেন নাপ্লা ঙান্, শয়াং তাঙ্গাউ শি, কঙ্কন

খুৎশি থোন্, সনা তম্ফা খুৎক্কাংলোই নমশা তোমখিন মঙাল্লা শিঙলেন লৈগী লিকপু হকশাং খাওল্লনা নোংপোক চাকমিংশেল্লা সনা হকশাং পুম্না উবদা ছায়া মমি য়েংনা হুয়েন লালৈ থেল্লবগা মদাইরেম ছুলাই লেংজাউ পুবনা রথ মখুৎনেৎ লৈগী ছুলাই য়াইওই-বনচিংনা ছুলাই মশিং তরাতরুক শুনা নিংথৌ মাংদা ঙাই, বিপ্র বামোন পুন্নমনা জয় য়াইফনববু লোইমোম ফৌ ময়োন নিংথৌ খুৎতা শুনা বেদ মন্ত্র শোল্লবগা পাত্র অঙম্বদা রাহমখিয়ে।

তয়মশিং-ও! লঙ্কেশ্বর লৈমাবা ঐদি লঙ্কা নোচূপথোং শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমনা লৈবা লমদা হুয়েন লান শোক্লরুগে হায়রম্লবগা লঙ্কা লান্মী পুম্না হুপ্, শগোল, শামু, ছুলাই, খোংমী, রথ মশীং থিঙমদনা চোঙ্ শেকপিন খান্, ফিরান মশীং থিঙমদনা, পুং পেরে শিঙ্গা থিঙমদনা হুয়েন লালহোৌখোনবু নোংশা খোম্থান্নলা লঙ্কা খুনয়াই নিল্ মপারী ইন্দ্রজিৎ অহনববু হুয়েন লালোইননা সনা লঙ্কা মপুংয়াইগী উৎফল নোংলৈ হৌনা হুয়েন লান্দারকপদা শ্রীরাম অহেনবনা বিভীষণ লৌশিংবদা পাউথুম থিয়ে। লঙ্কা নোংচুপথোংদা মুমিৎ তরা থোককুম তেজ মঙাল চাউনা হুয়েন লান্দারকপা অসিদি কনানো হায়রবদা হোইদা হে প্রভু ইবুংঙো, নদাইরেম ইশাবী রাবণ নিংথৌরেনবু মাল্লে হায়না পাউথুম্লবদা চীংঙ্ রামচন্দ্র নামুংবনা তৌইগীদি সেনাপতি মথংগী পুন্সং অচাউ মৈগুম্বা অসিদি কোলোয় মমিংথোংবু করি কৌবনো? মদাইরেম মুমিৎ মচু মানবা মমিৎ কোরি হৌবা লাঙ্গোই শামু তোংবা অসিদি রাবণ মশাবী মপারী যৌবন মথোক্লকপা

কাঞ্চন সনা অহিংবগী সনা তুলাই তোংলকপদি ইন্দ্রজিৎ অথোবনে, সনা তুলাই খোংওইনবা অমদি অতিকায় অকনবনে। শমু য়েংলম চৎপা অসিদি ত্রিশিরা অথোবনে। থোঙ্গু মুংশুক শুবা অসিদি দেবানন্দ কৌয়ে। তুলাই রথ অচৌববু শমু থাংচপ্লবদি ইশাবী কুম্ভকর্ণ মপারী কুম্ভ নিকুম্ভ লাংজেং মথোক্লকপনে। খমঙ্ং যম নিংথৌগুম্বা অসিদি ব্রজকান্ত কোরৌ নোংশিংজংগুম্বনে। হস্তি লুরাংববু শমু খোংওইনা লাকপা অসিদি খর অথোবা মপারী মকরাক্ষ অকনবনে। পুষ্প লৈগী তুলাই নিংথিবদা চেংলৌ মিৎপু লংবা মুমিৎ তরা থোক্লুম্বনা কমফম্বা অসিদি ইশাবী রাবণ নিংথৌরেননে। রাজা দশানন মকোক তরা পানবা মহাক্লে হায়না চীংঙু শ্রীরাম সনা মখোংখাদা অমুম পাউতাক্লবদা শ্রীরামচন্দ্র অহেনবনা হে বিভীষণ লোয়না অপাম্ব-ও। নশাবী রাবণ নিংথৌরেন অসিবু দেব নোংদম্বা মথৌথাগী চেংলৌ শকপাম্বোংবু পূর্ণিমা মপুং ফাইয়ে। সনা লঙ্কা লৈবাক চাবদি রাবণ মতিক ওইয়ে। অমুম রাহম্নরিঙৈদা ময়িম লঙ্কা লান্মী অথৌবশিংদি লাম্নান চৈরৎতনা ইম্বোক্লক্লবদা খ্বা য়োং পাখং অকনবশিংবু খোয়মা মাইয়োন্দনা পামেন ফৈনা লৈ, থোঙ্গু মুংহুম হুম্না দানব লান শোক্লরবদা লঙ্কা লান্মী অথৌবশিংমুং টিমেন টাহুন চৈরৎতনা রাইরা মতেনচাবু লাংবন খোইরেন পাইগুম্না তেনবী নমকাপ্লনা থাংলেন থুৎনা ফংনা য়াম্নরবদা হুয়েন লাল্লাউখোনবু নোংখাক চৈরোইননা রাজা সুগ্রীব নিংথৌরেনমুং অঙ্গদ সেনাপতিগা নীল অথৌবমুং লানলম চৈরৎতনা শ্রীরাম সনা মখোংখাদা রাইথুংলবগা

লঙ্কা লাম্নী মাইয়োক য়ানা মহাবলী অথৌবগা নীল অকনবগা কুম্ভ, সরভঙ্গ গবাক্ষ অনিমকস্নুং অঙ্গদ, শুক সারণ, জম্বুবান অহুমমকস্নুং সেনাপতি লানজিংবস্নুং রাজা সুগ্রীবনচিংবা দানব মাইয়োক য়ানা থৌদ্রু সুংদ্রুম ছন্, পামেন উজাউ লং, চীংলেন নোংজুননা হুনখিববু রাবণ রাইরা মতেনচা খমসুং যম নিংথৌ-শুম্বা তেনবী হু পুবনা শূন্য অতিংঙাদা কাপথেকলে।

রাইবা অমরক নমকাপ্নখিববু খ্বা য়োংয়াম পাল্লবদা সুগ্রীব অথৌবনা চীংলেন চাউখোইববু মপান ফ্রক্না রাবণ থমোই তম্না হুনববু রাবণ মতেনচা কালদন্ত অথৌবনা চীংলেন শুমু ওইনা কাপখায়রবদা রাজা দশাননা পাউমেল্লকয়ে—হে সুগ্রীব নিংথৌরেন-ও! খোয়মা নমাই লৈশুনো। শমু ইথুংপাক্কা নোংমলহনগে হায়না রাইরা মতেনচা মৈরী থোকপবু কাপ্লক্লবদা সুগ্রীব থমোই থিংনা পাল্লবগী মালেম লৈদা ওল্লা তুরবগী অঙ্গদ, নীল, হনুমন্ত মরি মকস্নুং লাল্লাউ খোনমান্নরা সুগুলেন খুত্তা শু, পামেন ফৈনা লং, রাবণ হকশাং তম্না হুনখিববু রাইরা মতেনচানা পামেন খাংতপ শম, চীংলেন শুমু ওইনা কাপখায়ঙময়ে। সেনাপতি লানচিংবা মঙামকপু উনবী থমুং থিংনা পাল্লবগী মালেম লৈদা ওল্লবগী দমক লক্ষ্মণ অথৌবা কোরৌ নোংশিংজংশুম্বনা রাহমখিয়ে।

হে ইবুংঙো শ্রীরাম নামুংব-ও! নদাইরেম ঐদি রাবণ মাইয়োক য়ানা হুয়েন লানশোক্লরুগে হায়না রাহম্লবদা লক্ষ্মণ অকনব-ও। রাবণ নিংথৌ হিংচাবদি পাঙ্গন মপা তাময়ে। নংদি

অঙাং মারা অথূবনে। যৌবন মথোক্লপনে। রাবণ মাইয়োক য়াঙমহৈরোইরে। রাবণ মতৌ য়েংখিসে হায়না থৌখামলিঙৈদা খ্বা সেনাপতি অথৌবা তেনবান কোকয়ি কাবনা মালেম লৈদা তুববু হনুমন্ত অথৌবদি উনবী পুক্লিং শিংলবগী শ্রীরাম সনা মখোংথাদা রাকৎচখিরে। হে প্রভু ইবুংঙো, তাবিয়ো। নদাইরেম ঐদি রাবণ অমরক মাইয়োক য়ানা হুয়েন অমরক লান শোক্লহৌগে। চীংঙ্ নংদি নশানৌ লক্ষ্মণ অথৌবগা লানশোক পুক্লিং তপ্পা আনন্দ নুংঙাই-থোইনা ফম্বী-ও হায়না রাকৎচরবগা হনুমন্ত মথি নাই, কোরৌ ঙমথং চোংনা পাঙ্গল মতিক উৎনা রাবণ সনা তুলাইথক্কা চোংখৎলবগা সারথি শাথৌবগী শাক্তে খুংগু মুন্না রাহমজখিরে।

হে রাবণ হিংচাবা-ও! খোইয়ম ব্রহ্মা মরনকুগী রাবণ নাপন রাংব-ও! নংবু হনুমন্ত ইথূৎপাক থাংলেন য়াশাবগুম্বনা রাবণ নকোক তরামকপু য়েন্দেম থরাম্বী শোইগুম শোইদোক্তে হায়রবগা রাবণ নিংথৌরেম্না পাউথুমলকয়ে-- হে হনুমন্ত তাউজিং হৈপাম্বা পামেন উকৈ লাম্বানিগীবু নংগী খুবাক চৈথা থাঙ্‌লবগা অসি কোরৌ মুমিৎমদা প্রাণ থরাই মাঙনা থমমুং যম নিংথৌদা শমু খুৎশিন্নগে। য়োংলেন নংতুম লানশোক চেনখাংনগনো। অতুম রাহম্নরিঙৈ খ্বা য়োং পাখং হনুমন্ত অথৌবনা হেরা থৌওইদনা শমু মথূৎপাক কোরৌ নোং-শিংজংগুম্বনা য়ৈরুববু থাঙ্‌ঙম্নবগী রাবণ নিংথৌরেম্না রাহমলকয়ে। হে নোংশিং নিংথৌ মপারী হনুমন্ত! খোয়মা নমান্ন লৈগনো। খুৎপাক নংগী চৈথাখোনবু শমু হকশাং নীক্লা

রাইথুংলৈয়ে। পাঙ্গল নিপা থোকয়ে হায়রবগা হনুমন্ত অকনবনা রাহমখিয়ে।

হে রাবণ নিংথৌ হিংচাবা-ও! নংগী পাঙ্গল নতিক উৎনা শমু ইহকশাংদা চৈথারা-ও হায়না পাউমেনলবগা রাবণ নিংথৌরেনদি কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা মমিৎ কোরি হৌ, শায়েং পানবু হাই, পাঙ্গল মতিক উৎনা হনুমন্ত লাইবক খেনলাইথোংদা নমশা তোমথিনলমদা খুৎতুম কিঞ্জাউ থিল্লবগা হনুমন্ত তাংজা কোকয়ি কা, চেংলৌ মমিৎ ফিংলিডৈদা নীল অথৌববু তম্না রাইরা তেনরাইখিবদা হনুমন্ত অথৌবদি উনবা পুক্লিং শিংলবদা রাহম্নকয়ে।

হে রাবণ হিংচাবা-ও। লানশোক ইবিংডা কুম্নদরিডৈদা নীল অথৌববু তম্না হুয়েন লান শোক্লখিবদি ক্ষেত্রি লমচৎ নত্তে হায়না রাহম্বু নাতারবগী অনৌ অনৌবতুম নমকাপ্পনা হুয়েন লান শোক্লববু বিশ্বকর্ম্মা মপারী নীল অথৌবস্নং পামেন ফৈনা লং থৌহ নুংতুমতুম হুন্না হুয়েন লান শোক্লববু রাবণ মতেনচা তেনবী অথৌবমা পামেল ফৈকত্পা কক্না নীল শমু হকশাং থিৎনা তেনপাল্লবগী তেনবাল ঈঙাং থোক্, নীল মৈশা লাংগুম লানশোক মথি নাই, রাবণ মাইয়োক্লনা হুয়েন লান শোক্লরিডৈদা নীল অথৌবদি তাউজিং হৈগা চা রস, অথুম্ববু চুপথোকহৈবা থৈরোই উকাববু লৈনা শানওনলবগা রাবণ মকোক তরামক্তা তোংনা হুয়েন লান শোক্লখিয়ে। রাবণ নিংথৌরেনস্নং রাইরা শেংগম থোং,

লকা তেনমৈ লাক্, খোয়মা ছায়া মমিরেনবু য়েংনা রাইরা তেন-রাইগে হায়না সন্ধান পান্দম য়েংলিঙৈদা ধনু লৌরুং খোংজি-তোন্দা চোংখৎলবগা রাবণ মথন্নগী তাংজা লুরেনতোনবু কাপ-থৎলগবরা হায়না তেন্থা চৈরৎহৌরে হায়দবরা ?

নীল মায়া শানওন হৈবদি লৌরুং খোংজিথক্তগী ধ্বজ ফিরালখোক্তা পোনবী কাকপু ওইনা পাইখিরবদা রাবণসু খুৎনা লাক্কে তৌরিঙৈদা তাংজা লুরেনতোন সনা লুহুপথক্তা চোং-খৎলবগা রাবণ লুরাই হামুন লাক্লা পোনবী চিন্না তুনা রাহমখিরে।

হে রাবণ হিংচাবা-ও ঐস্নুং শ্রীরামচন্দ্র মদাইরেম নীল সেনাপতি অথৌবনে। লানশোক ঐবু ঙমফরোই হায়না লিক্লুং খোংজিতোন ধ্বজ ফিরানখোক সনা লুহুপতোন তরামক্তা নৃত্যা চুকোই শানা হুয়েন লান শোক্লরিঙৈ রাবণ নিংথৌরেম্না নীল সেনাপতি ছায়া মমিরেনবু হাইরপ্পা উরবগী ছায়া মমিরেন্দা তেনরাইথরক্লবদা নীল সেনাপতি হকশাং থিনা পাল্লবগী দমক সনা লুহুপথক্তগী মালেম লৈদা তারকলে। রাবণ হিংচাবনা রাহু শারাইথৌনা থাজ পূম্না য়োংকে হায়না তানশিল্লকপহুঙন্না শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমকপু তম্না ইনথোক্লরবদা লক্ষ্মণ অথৌবনা মশাবী শ্রীরামচন্দ্র নামুংবগী শমু মাংদা লেপ্পা রাবণ মাইয়োক য়ানা রাহমখিয়ে।

হে রাবণ নিংথৌ হিংচাবা-ও! লৈরোন নোংলোন অহুম মকপু খুৎঙম-ও হায়বগী রাবণ নথন্নবা নাপন রাংজবা নংবু অসি

কোরৌ সুমিৎমদা হুয়েন লান শোক্লভমগে হায়রবগা রাবণ খোঙ্জেল রাংনা পাউমেল্লকয়ে।

হে লক্ষ্মণ! লানশোক নত্তিক খণ্ডদবা নংবু খোয়মা নমায় লৈঙনো, ঐস্তুং লক্ষ্মণ থরাই লৌগে নোংহামলিয়ে হায়না অস্তুম রাহমলিঙৈদা সুমিত্রা সনা লিনকোইগী যৌবন নর মথোকলকপনা রাইরা মতেনচা তেনবী মৈরী থোকপা অহুমদংনা কাপথোকখিবু রাবণ মতেনচা সিংহদন্ত অথৌবনা শূন্য অতিংঙাদা কাপথেক্লবগী লক্ষ্মণ অথৌবদি লানপুক মরাঙ হৌ, নোংশা লাল্লাউ তমহুনা রাইরা মতেনচা বীরবক্র অথৌবা, বিশ্রম লমকেৎপা, শ্রীমাথাখাই য়াশাবা, সুর্ত্তিমুখ অথৌবা, কর্ণকর তেনবুম মঙামকপু লিরি তেনগা থোংনা রাবং মকোক তরামকপু তম্না কাপখিবশুং লঙ্কা নিংথৌ হিংচাবা রাবং অথৌবগী রায়রা মতেনচানা শূন্য অতিং-ঙাদা খণ্ড মতুপ মতুপ থোক্লা কাপথেপঙমলে। তেম্বা চৈরংতনা রাইরা নমকাপ্পরকপনা তেনবী ঙাপ্প চিনশাবা অথৌবনা লক্ষ্মণ অথৌবগী লাইবক খেনলাইথোং নমশা তোমখিনলমদা পাল্লববু তেনবান থৌওইদনা লিচিং নাকোং ফংনা রাইরা তেন কাপ্পখিবদা রাবণ মথুৎশুবু কাপথেক্লবগা লীকং থুংশু ঙক্লিঙৈদা শ্রীরাম নামুংববু কাপ্পগে নোংহাম্না তেনবী লমথম তেনবু লীরী তেনগা খোংনা কাপখিববু পাল্লবগী তাংজা কোকয়ি কানা, চেংলৌ মমিৎ ফিংনা মালেম লৈদা তুরবগী দমক রাবণ অচেন লোক্লে হৌনা লক্ষ্মণ হকশাংলেনবু চিংলুববু নোংপোক সনা চীংবু হেল্লা লুমঙল্লবগী দমক কাউথেম্বি লীহৌ নোপকুম্না চীংলিঙৈদা নোংশিং নিংথৌ

মপারী হনুমন্ত অথৌবনা অচেন লোক্লে হৌনা তানশিনখিরবদা রাবণ পুকনোপ অহোম্বদা খুবাক নোংশিংজংগুম্বনা য়েক্লবগা লক্ষ্মণ প্রাণ থব়াই তংকে তৌগুম্লববু হনুমন্ত শমু নমকনথক্তা পোনা চোংথোক্লকলে হায়দবরা ? লক্ষ্মণ শৈনাইবস্তুং ধর্ম্ম শংশংবনিগীনা বিষ্ণু মমিং শোম্না উনবী পুক্লিং শিংলকলে হায়দবরা ?

চৌংঙু শ্রীরাম নামুংবা সীতাপতি অহেনবনা য়াইবী কলহৌ নীক্লা ধনু লীরুং খুত্তা শু, কোয়ৌ চুমিথাং খানগুম্ববু লীচিং নাংকোংকং, সন্ধান পান্দম য়েংনা চঙথিববু হনুমন্ত লৌশিংবনা ব্রাহ্মমক্লকয়ে। হে ইবুংঙো শ্রীরাম নামুংবা-ও ! নদাইরেম রাবণ হিংচাবদি সনা হুলাই লেংজাউ পুনা হুয়েন লানশোকয়ে। ইবুংঙো শ্রীরাম নামুংবা নংদি শমু খোঙনা চঙনা রাবণ লানশোক্লবা অসিবু সনা নখোং থম্বো লেরায়োনগুম্ববু মালেম লৈদা তাবিগনো। নদাইরেম ঐগী শমু নমকনথক্তা তোংনা রাবণ লান শোক্লবিয়ো হায়বগী চৌংঙু শ্রীরাম নামুংবদি ভক্ত হনুমন্ত অথৌবগী শমু নমকনথক্তা তোংনা হুয়েন লানজংখিববু রাবণ নিংথৌরেম্না পায়মা মপুক্লুংদা নীঙথনখিয়ে। রাম নামুংবদি কোম্না হুয়েন লান শোক্লগে, হুলাই রথ ওইনরকপা নোংশিং নিংথৌ মপারী হনুমন্ত অকনবা ইপারী অক্ষ্য কুমার হাৎপা লঙ্কা মৈশু থৌবা অসিবু হান্না প্রাণ থব়াই মাংহনগে হায়না ব্রাইরা শেঙ্গম খোংনা কাপ্লকপবু হনুমন্ত শমু নমকন থিংনা পাল্লবগী রাবণ ব্রাইরা মতেনচা তরেৎতংবু তেনবী নমকাপ্লরকপবু চৌংঙু শ্রীরামচন্দ্র নামুংবনা শূন্য অতিংঙাদা কাপথেকলে হায়দবরা ?

মোইনা লুংশোন লৈগুম্না তেনবাম্নবগী চৌংভ্ শ্রীরাম অহেনবনা রাহম্নকয়ে— হে রাবণ নিংথৌরেন-ও ! অসি কোরৌ মুমিংমদি তাংজা নংগী লুরেনতোনবু ককহিরোইরে। সনা নংগী লুহুপতোন তরামকপু মালেম লৈদা তানা কাপথৎখিগে। লুহুপ থাদা কোম্না মন্দোদরী অহেনবীদা লমওক্রুক-ও হায়না রাহম্নবগা চৌংভ্ শ্রীরাম নামুংবনা লৌরী থমোই তিং, লঙ্কা ম্তেনমৈ লাক্না কাপখিববু তেনবী অথৌবা থাজ কোঙ্গাই মানবনা রাবণ লুহুপতোন তরামকপু মালেম লৈদা তানা কাপথরবগী দমক রাবণ নিংথৌরেনদি থরাই মমি পাইনা মদাইরেম লঙ্কা লাম্নী পুম্নমকপু নমদা হুম্না লঙ্কা মপুংয়াইবু তাম্না হুয়েন লাম-চেনথোকখিরে হায়দবরা ?

খোইয়ম শ্রীরাম নামুংবদি জয় য়াইক থোইনা লানফম নিপা থোক্লবগী দানব অথৌ লিচা হেপ্পা লানফম মাই লৈদনা নোংমনবশিংমুং বেদ মন্ত্র শোম্না প্রাণ থরাই হিংহল্লে। খ্বা মরোং চৈজেনবা য়োংমু শৈনাইবস্তুং তেনবান অনা কোক্লবগী বানর মরাও হো, য়োংমু মরাই লাংনা তাংজা মরৈতোন্দা জয় রাম শোম্না পুরুমজরে হায়দবরা ?

চৌংভ্ শ্রীরাম নামুংবনা রাবণ লানশোক অহানববু কৃত্তিবাস শেমহৈবনা রাম তেংথাশৈ অসিবু নর পোংবচা খোইরম লাইবু নীওবশিং-ও নংখোয় পুম্নমক্তি রাম রাম শোম্না নাতাবিয়ো।

# কুম্ভকর্ণগী লাঙ্গং

অসাইঙৈগী সনা লঙ্কা লৈবাক্কী রাবণ নিংথৌরেল্লা সনা সিংহাসন্দা মশানৌ মন্দোদরী অহেনবীগা কল্লা মদাইরেম পাত্র অঙম্বশিংদা রাইমখিয়ে— তয়মশিং-ও। লহান ঐনা খোইয়ম মহাদেব নামুংবা সনা মখোংখাবু ইন্দানখিঙৈদা মদাইরেম দ্বারী খোংশঙবনা খ্বা যোংশক মাল্লা চেংলৌ শক্তোই খিরে হায়না পাউনোক্লা শিল্লববু দ্বার থোংশংবনা হয়েং ঐগী চেংলৌ ইশক মানবা বানর মখুৎপাক্তা যোন্দনা নোংমনঙৈনে হায়না মীচৈঙম্ববু হৌজিক সময় মতম থোক্লরে। য়োংমু লমলোই ওইবা শ্রীরামচন্দ্র খোইখোইবনা সনা ঐগী লুহুপতোন তরামকপু রাইরা মতেনচানা মালেম লৈদা তানা কাপথৎলকলে। তয়মশিং-ও! খোইয়ম বিষ্ণু শিদবদা অমর শিদনা লৈজগে হায়না বর লন নিজববু অমর শিদনদি লৈফরোইয়ে। হয়েং খ্বা লমলোই ওইবা নর মীগী মখুৎপাক্তা নোংমনঙৈনে হায়ঙম্ববু হৌজিক মতম থোক্লরে। লঙ্কেশ্বর লৈমাবা ঐবু প্রাণ থরাই মাঙনা সনা লঙ্কা লৈবাক তাকবরা খঙদে তয়মশিং-ও!

ইশানৌ কুম্ভকর্ণ চীংখোং য়াইমবা লোইদাম থাবুম তরুকপু মহিপ্পা, খোমলেন মিকপ থোক্কববু লোইদাম থা অমা রাংলবস্তুং মাহৌথোকলু-ও, লঙ্কা লৈবাক তাকপনা হাল্লগনে হায়না রাইল্লবগা ঈদাইরেম পাত্র অঙম্বনা কুম্ভকর্ণ মচিঞ্জাক শুরা অয়াকপা, রক্ত

ঈঙাং অথুম্বা, শারেন শামায়োন শারেন মশীঙ থিঙমদনা, লেমলৈ মপুম পাঙমদনা, চুহি লৈয়ু ইঙাং ফুরেন মশীং লাকঙমদনা কোটি মপৈ য়াম্না পৈরবগা লঙ্কা লাম্মী পুম্নমানা পোৎলেন শাজম পুনা কুম্ভকর্ণ মালং নোংশিংথোংদা চীংলেন পলংলাগুম্না য়াম্না পৈরবদা খোমলেন মিকপ থোক্লবা রাংলেন পুংজাউ য়ৈরে। মোইবুং, শিঙ্গা, পেরে থোপথিন কান্না কর্ণ মনাকোংদা শব্দ খোঙ্গেল চাউনা য়াহৌ থোকপস্তুং খোমলেন মিকপ থোকপিদরবগী দানব লাম্মী লিশিং থিঙমদনা কুম্ভকর্ণ হকচাউবা য়াংলেন চীংশাং মানবদা অচেন লোক্লে হোনা লাঙ্গোই শামু কাতি পাম্না য়াঙলেন চীংশাং মপাদা অচেন লোকলৈ হোনা য়াল্লুবস্তুং লেঙবীদে। কোরি শাজৈ চিনবুল অকুইদনা নাকথং খোমঙন য়ৈনা য়াহৌবস্তুং লেঙবিদরবগী মেনাং তনবা তুরেংকাই লিশিং অমনা থৌহ্র সুংহাপ্পা পামেন উপি উরেন টাশোন থংনং খুৎস্রু অথৌবশিংনা কুম্ভকর্ণ মহকশাংদা টিমেন টাখোং থম্না থিন্না য়াহৌবস্তুং লেঙবিদরবগী টাথুন ঈংঙাং থোকপনা ঈঙাং লৌখোং চেনগুম্না চেল্লবগী দমকপু তালোই মরুম্বী মপারী মমোমলোনস্তুং, মচা মনাই পুম্নমস্তুং গৃহ ময়িম নীম্না মিকপ্পরে হায়দবরা?

অস্তুম মিকপখোনবু নাতারবা রাগী লাংগোই শগোল শামু মশীঙ থিঙনদনা কুম্ভকর্ণ অচৌবা অচাউ পাইবুলোনগী শমু নমকনথক্কা চীংশাং শারম চেনগুম্না য়াহৌথোকপস্তুং খোমলেন মিকপ থোকপিদরবগী শমু মনাতোন মালং নোংশিংথোংদা আহার চিপ্পাক অহাউবগী মনম সুংশিববু পায়মা মনিংশানা পুশিনখিরবগী

ভাংজা লিলাথো আনন্ত বাম্ন কেন্না তোকলেন কনগুম্না মথন্না চেংলো মমিৎ পাঙনা চৌংলেন পললংলাগুম্না হৌগৎলক্লবদা পায়মা মাগী উনকোইনুংদা নীঙথনখিয়ে। য়াহিপ ঐবু লোই-দাম থাবুম শুদনা য়াহৌথোকপা অসিবু সনা লঙ্কা লৈবাক অসিদা মতৌ করিগুম্ববু লৈরবগী দমকপু য়াহৌ থোক্লিগবনো অস্তুম রাখনলিঙৈদা খোঙলোয় পাউহনবনা মশাবী রাবণ নিংথৌরেন্দা থোমলেন মিকপ থোকলক্লে হায়না রাকৎলুরবগা তৌইগীদি নবুংঙো কুম্ভকর্ণ অথৌববু থুনা পাউকৌখৎলু-ও হায়রবদা খোঙলোই অয়াঙবনা অচেন লোকলৈ হৌনা ইবুংঙো কুম্ভকর্ণ অথৌবা-ও! নশাবী রাবণ নিংথৌরেন্না কারক-ও হায়রকয়ে হায়না পাউমেনলুরবগী কুম্ভকর্ণ অথৌবদি আহার মচিঙ্গাক চৌংলেন পললংলাগুম্ববু অয়ুক চাকচা ওইনা চাহৎলবম্নুং পায়মা মবুক থন্দরবগী চেংলো মিৎলম খনলিবা শারেন শাবুম তরানিপাল শুনা নমু পোংবুম মরিফুদংগা চথোম অমরক ওইনা চাহৎলবগা লঙ্কা লাম্মী অয়াম্বদা পাউহংখিয়ে। শাবী রাবণ নিংথৌরেনগী সনা মরৈবাক অসিবু ইন্দ্র সরারেন্না হুয়েন লানশোক্লবগীবু খোমলেন তুমগন কাদনা য়াহৌথোক্লবরা হায়না পাউহংববু মদাইরেম বিরূপাক্ষ অশিংবনা পাউখুমখিয়ে। হে ইবুংঙো কুম্ভকর্ণ অথৌবা-ও! ইন্দ্র সরারেনবু করি রাওইঙৈবু লৈতে। নশাবী ইবুংঙো রাবণ নিংথৌরেন্না চৌংঙু শ্রীরাম নামুংবগী শমু ওইরম থারিবী সীতা লাইরৈমবু লোন্না হুরুরবা রাগী দমক নোংশিং নিংথৌ মপারী হনুমন্ত অকনবা লঙ্কা কোজুং

চঙনা থাম্বী মৈস্নু থোক্লরে। হৌজিক লোইদাম থামাগি অসিদা শ্রীরামচন্দ্র থোইখোইবনা বানর য়োংয়াম খোম্না খ্বা মশীঙ থিঙমদনা সনা লঙ্কা পম্বোং কায়রে। নদাইরেম সেনাপতি অথোবশিংস্নুং য়াম্না নোংমল্লে। নশাবী রাবণ নিংথৌরেল্লা হুয়েন অমরক লাম্লিংশিংনা লান শোক্লরুববু মালেম লৈদা তানা হুয়েন লাঙ্জেল্লকলে। অতুগী দমকপু লোইদাম থাবুম শুদনা য়াহৌ থোক্লবনে হায়না পাউথুল্লবগা হুয়েন লানপাউ তল্লবগা তৌইগীদি শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমকপু প্রাণ থরাই লৌর-বগা শাবী রাবণ নিংথৌরেন্দা হুয়েন লানপাউ তল্লগে যাত্রা থোংশাল্লকলববু দানব মহন্ত লৌশিংবনা পাউমেল্লকয়ে। হে ভাই কুম্ভকর্ণ অথৌবা-ও! নিংথৌ সনা য়াথং লৈতনা হুয়েন লান শোক্লফরোইয়ে। নিংথৌ সনা মখোংখাদতুম ইন্দানসে হায়না পাউতাকখিববু চীংলেন পলংলাগুম চাউথোইবনিগীনা মরেপ অকুইবনা লঙ্কা পনলু হেন্না সনা লুভপ মঙাম্নাইনা লঙ্কা খুনয়াই নীম্না চৎলকপবু খ্বা য়োংমু তেঙ্গোন মনিম্নাইবনা ঋিংয়েং শানখৈরা চেংলৌ মমিং থিৎলবগী য়ারা তুগুপ চুং, চেংলৌ মমিং ভরা খ্বা কোঙ্গাই মরুপমনা হুয়েন লানজেম্নখিরে হায়দবরা ?

চীংঙু শ্রীরাম নামুংবনা বিভীষণ লৌশিংবদা রাহমখিয়ে— লঙ্কা কোম্নুংলেন্দা মরেপ নোংথৌ ফংনা চৎখিবা অসিবু কনানো হায়না পাউহংলবদা হোইদা হে প্রভু ইবুংঙো, তাবিয়ো। নদাইরেম অসিদি শাবী রাবণ নিংথৌরেন মশানৌ চীংথোং য়াইমবা কুম্ভকর্ণ

অথোৌবা নাৱা মখুৈৱগী হৌনা পাঙ্গল মপা ভাময়ে। লানফম মমাই লৈদে। নদাইরেম অসিবু পংলেম রাক্ষসী হিংচাবীনা নাউ-নৌবা মুমিৎতা পঞ্চ থরাই পানবা লিশিং অমসু মুনি ঋষি লিশিং অমসু, ইন্দ্র চুগোই শাবী লিশিং অমসু, চাহাংলব-রাগী দমক চৌংঙ, ইন্দ্র সরারেন্না বজ্র থুংশু অথোৌবনা পুকনোপ অহোম্বদা তেনপাল্লববু হেরা থোৌগইদনা লাঙ্গোট য়িরা পোৎশায়াবী থকুগী ইন্দ্র সরারেনবু মালেম লৈদা ভানা য়ৈথরবগী দেব লাইয়িংথোৌনা খোইয়ম লাইফংথোৌশিংগা চৌংঙ বিষ্ণু সনা মথোৌংখাদা রাকৎচখিয়ে। নদাইরেম কুম্ভকর্ণ হিংচাবস্ত চৌংঙ নংনা সৃষ্টি মালেম লৈকোয় শেম্বিবদি আহার মচিঙ্গাকপু ওইসে অস্তুম রাহন্নবগা চৌংঙ রজগুণ নামুংবনা রাহমখিয়ে। খোইয়ম লেংনা তিনবশিং-ও! মালেম লৈকোয় শেম্বদি মাঙকরোইয়ে। কুম্ভকর্ণ অচৌবদি খোমলেন মিকপ থোক্কনা য়াহিপগুনো হায়না অস্তুম রাহন্নবদা নদাইরেম অসিবু খোমলেন মিকপ থোক্লবদি প্রাণ থরাই মাঙগদববু মাল্লে। খোইয়ম নথোৌজানবু করম থোৌজাল হৌবিগবনো হায়না বর লন নিরবদা তৌইগীদি লোইদাম থাবুম তরুক গুনা য়াহিপগুনো। কোরৌ মুমিৎ নোংমদা খোমলেন মিকপ থোকহনগে হায়না অস্তুম লনকুবিরম্ব নদাইরেমনে। মাবু হুয়েন লান শোক্লবদি নদাইরেম থা অথোৌব-শিংসুং উনবী পুকিং য়াংহনগুনো। নংগী রাইরা নতেনচাদা নোংমনবৈনে। অস্তুম পাউথুম্নবগা অসাইবৈগী কুম্ভকর্ণ শকউনরবগী য়োংমু লাইথংনরবশিংবু অঙ্গদ সেনাপতি অথোৌবনা বানর লাম্মী

অথৌবশিং-ও! অসাইডৈগী লঙ্কা থুনয়াই ভানবদি য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবা মশাবী লোইদাম থাজ পাখংবনা থবী নেম্না থোক্লকপগী লঙ্কা থুনয়ৈবনে করিগী উনবী পুক্লিং কৌবনো হায়না অসুম থোখামলে হায়দবরা?

কুম্ভকর্ণ হিংচাবসুং মশাবী রাবণ নিংথৌরেনগী সনা মখোং-খাদা ব্রাইথুংলুরবগা রাবণ নিংথৌরেন্না থোজান্নরবগা সনা ফান্দেং থানা কমকমহল্লবদা কুম্ভকর্ণ অকনবনা শমু থাংচপ্পনা পাউ-হংজখিয়ে— সনা লঙ্কেশ্বর লৈপাক অসিদা কুম্ভকর্ণ ঐবু লৈরিভৈদি চিন্তা অৱাববু নিংথৌ নংগী হকশাংন্নুংদা চঙকরোই। শাবী রাবণ নিংথৌরেন-ও! নংবু সমদ্রু ঈরেনপুংনা বৈরী য়েক্লবসুং লাইজা থম্মোংননা য়োংশিনগে। সমদ্রু লৈক্রক থোক্লা কংহনগে, চকমোম খাম্বী মৈত্রেংনা শাবী নংবু কীদরবসুং মৈত্রেং অপানবু মুংহনগে, চীংলেন পলংলানা থোওইদরবসু মালেম লৈতুম মরুম হোংখাইগে, ভূমি লৈময়োন্না য়েক্লরবসুং য়ারেন খোংজিংতোন্না চিকথাইগে, অৱাং বৈকুণ্ঠ নোংমদোন, নুমিৎ, থা, তান্না থৱানপিচাক পুম্নামক্সুং পুম্নং চংবী লারাক শেৎকুম শেৎকাইগে। লৈরোন নোংলোন অহমমক্তসুং চেংলৌ মিকুপমরম মাওহনগে। সনা লঙ্কা লৈমাবা-ও! নংবু বৈরী য়েক্লবা মহাকপু কৌভনো। থুনা পাউত্তাকপিম্মো হায়না শয়েং পানবু হাই, মমিৎ কোরি হৌনা অসুম পাউহংলবগা -রাবণ নিংথৌরেন্না হোইদা শানৌ কুম্ভকর্ণ অথৌবাও! দশরথ নিংথৌ মপারী শ্রীরাম থোইখোইবনা লহান পঞ্চবটী অহেনবদা লৈরিভৈ ইচন সুপর্ণখা অহেনবীবু শমু

নাতোন লেম্না শানৌ ঘর, ধতূ, সিরা অহুম-মরুচিংনা সেনা লান্মী লিশিং তরামরি শুনা হাৎলবগী দমক মশানৌ সীতা লাইরৈমবু শমূ থূংঙম থীনা অশোক বন ইংখোনলেন্দ শানথুপ্লিয়ে। মতৌ অসিগী দমকপু রাম লক্ষ্মণ অনিমক্না খ্বা লমলোই ওইনা সমদ্রু ফৈনা থিংনা লঙ্কা পম্বোং কোয়না য়োংমু তেঙ্গোন লিংলে। পম্বৌ মপাচা বিভীষণ লৌশিংবম্মুং রাম অচেক হকমা ওইনা চেনখিরবগী দমক শানৌ নংবু খোমলেন তুমকনফদনা লোইদাম থাশিং শুদনা য়াহৌথোক্লবনে। অসুম রাহম্নবগা চেংলৌ মিৎশাইয়ে হায়না রাওইবিগুনো। লানফম মাইয়োক য়ানা হুয়েন লান শোক্লরু-ও অসুম রাহম্নবগী কুম্ভকর্ণ লাংগোই মচুম তাগুম্বনা পাউথুমলকয়ে—হে ইশাবী ইবুংঙো লঙ্কা লৈমাবা-ও। চিনকোই নয়াথং অসিবু পায়মা উনকোইমুংদা নিংখনবদি নতৌ নথম্নগী দোষ অয়োনববু ওইনা নাতাইয়ে। লহাল খোয়মা নাপিরক্তা দানব লান্মী লিশিং তরামরি শুনা নোংমলয়ে হায়বদি রাম লক্ষণ মতিক খঙ্দনা সীতা লাইরৈমবু ক-রিগী হুরুবনো? সীতা অসুম লৌগে নিংলবদি শ্রীরাম লক্ষণ অনিমকপু হান্না প্রাণ থরাই মাঙহনঙৈনে। শংলৌ নখৌরাং য়েনলাং নঙমদম অসিবু করি রানো, পানবা কৈরেন অথোবা কাম্বা কৈনিংথোবু সনা লঙ্কা নরৈবাক্তা কৈরেন চঙনা কোকপবু মাল্লে। হে রাবণ নিংথৌরেন-ও। আদৌ নথম্নগী অয়োনবনা প্রাণ থরাই মাঙববু মাল্লে। অসুম রাহম্নবগা রাবণ নিংথৌরেম্না কুম্ভকর্ণ চেংলৌ

মশক য়েং, কপ্পাউ মখৈ লৈতনা য়াথং পাউথি থোক্লা হে কুম্ভকর্ণ অথোবা-ও! শারেন কাহাপ্পনা রাংলৈ তোনজম্বব-ও। লোইদাম থাবুম শুদনা য়াহৌথোক্লবগী নশাবী রাবণ নিংথৌ ঐগী ইভৌ অয়োনববু ইদাইরেম থুখিন মাংশেংনা রাহম্লা-ও হায়না য়াহৌথোকপা তেবিন লেম্বি মচা কৌবদি সময় মতম ফত্তরবদি প্রাণ থরাই পিনা সহায় পাঙ্গল ওইনবনে। চিনকোয় নয়াথং অসিদু ঐনা নাত্তারবদি লানফম মাইওক য়ানা হুয়েন লানশোকনিংদবা খোয়মা নমাই লৈনিঙববু ওইনা নাত্তাইয়ে হাইরবগা কুম্ভকর্ণ লৌশিংবনা শমু থাংচপ্পনা পাউথুমজরকয়ে। নদাইরেম ঐনা সনা নখোংখাদা লাংফেং পাউরানজববু লৌবিগুনো। নিংথৌ সনা নয়াথংবু হেপথোকফদনা লানফম মাইয়োক্লা শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমক্কী তাংজা লুরেনতোনবু শাবী নংঙোন্দা থরাই চাবান থাগম্মা কৎলরগে।

লগান লঙ্কা মৈগুথোবা হনুমন্ত অকনবস্তুং নোংমহনগে হায়না শয়েং পানবু হাইনা অস্তুম রাহম্লবগা রাবণ নিংথৌরেন অথৌবনা সনা ফিরোই পিনা রাজা প্রসাদ পিজরবগা কুম্ভকর্ণ অথোবদি রাবণ নিংথৌ মাংদগী যাত্রা থোংশাল্লরবদা অজয় য়াইফথিববু সুমিৎ মমি উদা, মালং নোংশিৎ লেপ্পিদা, চীংয়া নোংহৌবিদনা নোংলেন মরাও হৌদনা চুবা সয়ি কাও য়াম্না লরাই কোইরেম্নক্লা শঙাইশেন মৈবী পাই, পানবোম য়েংলমগী শিংলি হকশাং চিংয়ে। য়াংলৌ লম্মথাংদা পোনবি লাংজ্যা পাই, মত্তৌ অস্তুম ফত্তবু থৌওইদনা হুয়েন লাল্লাউখোনবু নোংশা লাল্লাউ তম্না লঙ্কা নোংচুপ থোংদা

থোরকপবু বানর লাম্মী অথৌবশিংনা কুম্ভকর্ণ মশক উরবগী খ্বা মতু চুং, য়োংমু মিরেন পাইমা হুয়েন লানচেন্নরে। কুম্ভকর্ণ হিংচাবনা বানর অচংবদা পাউমেল্লকয়ে। বানর ককয়োং অপিশা-ও! লাংবন কাউজং চোংবিচাগুম্বা নারী মুপী মানবা নংখোয়না লঙ্কা লৈবাক ভাকহনগে হায়না লৈরকপা অসিবু হুয়েন লানশোক্লরসে হায়না হুয়েন লানগা থেম্না ভাইনোক্লরে হায়দবরা ?

কুম্ভকর্ণ মাইয়োক য়াঙমক্করবগী খ্বা অথৌবশিংদা গুমট অকনবনচিংনা লাম্মী মপৈ কোটি ভরাগুনা য়োংমু তেঙ্গোন কায়রে। প্রহস্ত অকনবস্নং বানর য়োং পাখং লাম্মী লিশিং মরিফু গুনা হুয়েন লান চেনথোক্লকলে। য়োংমু লক্ষ অথৌবস্নং লাম্মী লিশিং মরিফু গুনা হুয়েন লানজেল্লখিরে। ভাংজা লাইখংননা চেনখিরে। গবাক্ষ অথৌবস্নং তেঙ্গোন কোটি কুম্থ্বা গুনা চেনখিরে। খ্বা লাম্মী থিঙমদা য়োংমু মপুম পাঙমদনা কুম্ভকর্ণ অচৌববু য়েংন কৌরবা ৱাগী লানফম তেঙ্গোন কায়রে। লুপচেন হাচেন্নরা য়াংলৌ ঈরম ফাহুনা বানর তেঙ্গোন চেংলৌ শকখঙ্দনা নাত্তোন কুরোন হনা চেন্নরক্লবগী দমক লঙ্কা সেনাপতি অথৌবশিংনা ৱাহমখিয়ে। হে খ্বা অকনবা! য়োংমু অথৌবশিং-ও। কুম্ভকর্ণ অসিগুম্ববু হুয়েন লাশোক ওয়বদি সংসার পুম্নমক্তা কীর্ত্তি ঐখোয়গী মিংচৎতৌ না হায়না থৌখাম্লবগা খ্বা সেনাপতিনা হুয়েন লানজেনখিবা অয়াম্ববু অঙ্গদ অথৌবনচিংনা গুমট, সরভ, গবাক্ষ অহুমমক্তা চন্দ্র, মহীন্দ্র বিবিন্ধ য়াউনা কুম্ভকর্ণ মাইয়োক য়ানা থৌহু মুংদুম হুন পামেল

ফৈনা লংখিববু কুম্ভকর্ণ শমু মহকশাংদা পাল্লুরবগী পামেন মথল্লা খাংতেক্লনা থৌহু উৎফুল ওইরে। মহাবলী লাই পাখংনা নোংশিং পোৎলুম পি. কোরৌ ওমথং চোংনা পামেন থুৎশু অথৌবনা কুম্ভকর্ণ অথৌবগী শমু মহকশাংদা পাল্লুরবনু শমু হকশাং নীকপিদে। কুম্ভকর্ণ অথৌবসুং শুকমু রায়কাবনা হনুমন্ত য়াংলেন লমশাং ইল্লা য়ৈথওল্লবগী তাংজা কোকয়ি কানা মালেম লৈদা তুরে। অঙ্গদ সেনাপতি অথৌবসুং দানব মাইয়োক য়াক্লববু কুম্ভকর্ণ কিনচাউ চৈথাখোনগী মালেম লৈদা ওনলে। শুমট অকনবসুং শমু মথুৎকা অচৌবনা য়ৈহৎলে। চেংলৌ মমিৎ কিং, তাংজা কোকয়ি কানা মালেম লৈদা ওল্লে। সেনাপতি তরেৎমসুং কুম্ভকর্ণ শমু মথুৎপাক্তা শৈনাইরবগী দমক থ্বা লাম্মী অয়াম্বদি নোংলৈ মরাঙ হৌবগী সুমাই লাকং পাইশুম হুয়েন লাঞ্জেল্লরবগী দমক সেনাপতি অথৌবশিংনা সরভ চন্দ্রনা গবাক্ষ অথৌবা মভা মরুচিংনা কুম্ভকর্ণ খমথেংননা থৌহু সুংহুম হুন্, পামেন ফৈনা হাইনা য়ৈরুববু শমু নমকন খিৎনা পাল্লবগী খানর সরভ অথৌববু শমু খুদোন লাক্লা হাইহৎলবগী দমক নীল অথৌবা নোংশা লাম্দাল্লববুসুং কুম্ভকর্ণ মাইওক য়ানা হুয়েন লান শোক্লক্লনবু শমু খুকউ অচৌবনা মালেম লৈদা তানা শুহৎলে।

অঙ্গদ অথৌবসুং খুৎপাক চৈথা অমরক্লা মালেম লৈদা ওল্লে। সরভ অকনবসুং খুংতুম কিনজাউ থিল্লা ময়া ঈতোং ওরবগী মালেম লৈদা তুরে। থ্বা লাম্মী মঙাদংবু য়ারেন খোং-জিল্লুংদা য়োৎশিনখিরববু শমু মনাতোল অরাউবরমদা অচেন

খংলে য়াওনা, থবাই মিরেন পাইনা চেনথোক্লকলে। অদুম্নুং মদোমদে।

য়োংমু লাম্মী লিশিং তরামম্নুং শমু খুৎনা লাক্লা য়োং-খিববু কর্ণ নাকোং অহোবদা খ্বা মমৈ পাইনা চোংথোক্লকলে। য়োংমু তেঙ্গোন খিওমদবদি কুম্ভকর্ণ চেংলো শকয়েং ওমদবগী মিরেন নোংদা কা, য়াব্রা তুগুপ চুংনা রাজা সুগ্রীব নাকতানা হুয়েন লানজেল্লক্লবগী খ্বা য়োং নিংথৌ রাজা সুগ্রীব নিংথৌনা কুম্ভকর্ণ মাইয়োক য়ানা রাহল্লকয়ে। হে কুম্ভকর্ণ হিংচাবা-ও! অচাউ পাঙ্গল লৈরবদি রাজা সুগ্রীব ঐগী শমু ইখুৎত পামেন চীংজক্ চাউথোইবা অসিনা চৈথারগে। পাঙ্গল নিপা থোক্লা খাওজ-ওমও হায়রবগা লাল্লাউ নোংশা থোন্দাম্লনা অস্থন পাউমেল্লবদা কুম্ভকর্ণ অচৌবনা হোইদা সুগ্রীব নুমিৎ মপারীও! বালি নিংথৌ মশানৌ নংম্নুং হুয়েন লানশোক্লগে হায়না নোংহামলিয়ে। নংগী পামেন চৈথা খাওতুরবগা নংবুদি ঐ কোন্না প্রাণ থবাই লৌগে হায়না পাউখুম্লবদা রাজা সুগ্রীব নিংথৌ পাঙ্গনবদি লানশোক মরাও হৌনা পামেন খাওতপ্ লাক্লা কুম্ভকর্ণ থমোই তম্না হুনখি-রবগী দমক কুম্ভকর্ণ চীংলেন পলংলাগুম চাউথোইবনিগীনা শমু হকশাং নীকপিদরবগী তিলাং হাইশিৎননা রাহল্লকয়ে। হে সুগ্রীব পাঙ্গল নতিক লৈতবা নংনা কিষ্কিন্ধ্যা লৈবাক চাবদি শিঙলেন অরেম্বনে। কুম্ভকর্ণ টিমেন ইখুৎত পামেন চাউ-থোইবা য়াম্নেনা তলা কায়দোই চম্না টিমেন খাওতপ রায়নবা দানব লাম্মী লঙ্ক অমনা পুংনা শাচম পুববু খংনং টা অথোংগী

টিমেন মাইয়োক য়াঙম-ও। খোয়মা নমায় লৈঙনো হায়না ব্রাহ্মবগা তন্বা খুবাক তিলাইমেন মানখোঙ পুকথিন্না হুল্লকপবু সাগর ঈরম তরেৎমনা লাইজ ঈথেক হো, মালেম লৈবু নীক্ দেব ঋষি অয়াম্বদি অসি কোরৌ হুমিৎমদি সুগ্রীব থরাই মঙামকপু মাঙগবরা হায়না অসুম ব্রাহ্মরিঙৈদা রাজা সুগ্রীব অথোবনা পাঙ্গল মতিক উৎনা, কোরৌ ঙমথৎ চোংনা শূন্য অতিংঙাদা টিমেন মাইয়োক য়ানা শমু মখুৎ ওইনা ওক্লা মালেম লৈদা তানা থিম্বোক্লবগা টিমেন খাঙতেক খোনবু কোরৌ নোংখাকখোনগুম্না নাত্তারবনিগীনা সংসার পুম্নমক্তি মালেম লৈদাওল্লে। উনবী পুক্লিং ঙক্লা নাতারোয়ে হায়দবরা ?

কুম্ভকর্ণ টিমেন মখুৎশুবু সুগ্রীব অথোবনা মালেম লৈদা তানা থিম্বোক্লবগী কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা চীংসেন পলংলা নাপোম তরা-মরিশুবা চীংবু শমু খুত্তা শুনা সুগ্রীব তাংজা লুরেন তম্না হুনলকপবু তিনপাল্লবগী রাজা সুগ্রীব নিংথোরেনদি মালেম লৈদা ওন্না হুয়েন লান্দুরবদা সুগ্রীব শয়েং পানবু লাক্লা চীংখিরবদা মদাই-রেম খ্বা লান্মী অথোবদি য়োংমু তেঙ্গোন মনিন্নাইনা মিকপ নোংদা কা, শমু মখুৎ লোন্, তাংজা লরাই নম্না মিকপরে। নোংশিৎ নিংথৌ মপারী শ্রীভক্ত অহেনবা হনুমন্ত অথোবদি চীংলেন নাপোম তোংনা মিৎয়েং শানখৈরিঙৈদা মদোম নীঙ্ খঞ্জ-খিয়ে। রাজা সুগ্রীব নিংথোরেনদি কুম্ভকর্ণ শমু মখুৎপাক্তগী মুন্নগে হায়ববু সুগ্রীব নিংথৌ পাঙ্গনবদি শমু হকথোং ফংনা শোক্লরিঙৈদদি ঐগী পাঙ্গল ইতিক করি রাৎয়ে হায়বগী হুয়েন

লাল্লুম্লবনো হায়না রাতাথিগবরা হায়না তৌইগুম্না কুম্ভকর্ণ হিংচাববু সুগ্রীব ইনিংথৌনা পাঙ্গল খুৎতম থীনা হুয়েন লানশোক তম্নকৈতেনে হায়না খ্বা তেঙ্গোন মনিম্নাইনা শোংকিনববু উনবী পূক্লিং তপহল্লরগা সুগ্রীব নিংথৌ পাঙ্গনবদি লঙ্কা পম্বোং অহুম চত্না পুশিনখিরববু উনবী মথম্না লৈনিংশিংনা কুম্ভকর্ণ নাতোন অরাংববু য়ারেন খোংথৈ চীক্লা শমু মখুৎ অনিমক্লা নাপ নাহুম লাক্লা, থমোই খোংপাক কাউ, নাতোন নাকোং শেৎনা খাম্বী মৈরীক চোংগুম্না চোথোক্লকবগা শ্রীরাম সনা মখোংথাদা হুয়েন লানপাউ তয়বগা শ্রীরাম নামুংবনা কুলিকুলা থোজাম্নবা বিভীষণ জম্বুবান অনিমকস্তং য়াথং চীংলেন পলংলাগুম্না সুগ্রীব মতিক থাগৎপিখিয়ে। সেনা লান্মী অয়াম্বনা খুয়া উৎফুলনা য়োইচাম্নরে হায়দবরা ?

কুম্ভকর্ণ হিংচাবদি চেংলো শককোই থিরবগী থিংলো অমরক নীঙনা তেনা হুয়েন লানহৌরকপদা অসাইতৈগী নাতোন ঈশাং থোকপবু ঈমু থকয়োংননা ময়িম লঙ্কা লান্মী চংনা য়োৎলে। খ্বা তেঙ্গোন চাইনা য়োংমু পানতান্নবা চাহংলবগী দমক বানর লান্মী অয়াম্বদি খ্বা মিরেন পায়না শ্রীরাম সনা মখোংথাদা হুয়েন লানজেনথোক্লকপনা কুম্ভকর্ণ অথৌবদি সনা লুহুপ নোংথৌ ফংনা লাল্লাউ নোংথাক চৈরোইননা ইনশিলক্লববু লক্ষ্মণ যৌবন মথোক্লকপা রাইরা তেলহৈবনা কুম্ভকর্ণ মাইয়োক য়াওনবু য়াথং লুরাক্লনা পাউহংতময়ে—খোয়মা ঐগী মাইয়োক য়াওম্না নংবু কনানো ? গুণ নতিক খঙ্লবগা খম্নুং যম নিংথৌদা প্রাণ

থাদোক্লে হায়রক্লববু চীংঙ্ ঞ্রীরাম মনাউ লক্ষ্মণ অথোবনা পাউথুমখিয়ে। দশরথ নিংথৌ মপারীনে। দানব মাইয়োক য়াববু খোয়মা ইমাই ওল্লোইদবা লক্ষ্মণ যৌবন ইথোক্লকপদি ঐনে হায়রবগা তৌইগীদি হে লক্ষ্মণ অঙাং অপিশা-ও, নংবুদি কোম্না প্রাণ থরাই লৌগে। নশাবী রামচন্দ্র নামুংববু হান্না হুয়েন লান শোক্লগে হায়রক্লবদা শ্রীরাম অহেনবনা নাতারবগী দমক খোইয়ম সনা মথোং লেঙ্না ধনু লৌরুং থুক্তা শুনা বালি নিংথৌ হাৎনবা তেনবী অথোববু শমু থুংশু ওইনা তানশিনখিরে হায়দবরা?

লৌরী তেনগা থোংনা কাপথিববু কুম্ভকর্ণ হকশাং থিৎনা পানলুরববু হেরা থৌওইদনা মুংশুক অকুইববু শমু থুংশু ওইনা ইনশিল্লক্লদা খোইয়ম শ্রীরাম নামুংবা ত্রিভুবন মরোন অহুমক্তী মথুংঙোনা চীংঙ্ রাইরা মতেনচা অমঘর অথোবা তেনবী চৈরৎ-তববু রাইরা থিনকাপ্পনা কাপথোকখিববু কুম্ভকর্ণ হকশাং ফাউনা মালেম লৈদা তুনা পাল্লবদা অমঘর তেনবী য়াইওইবদি সমক্র লাইজ ঈদা চাম্ররবগা খোইয়ম সনা তেন্দোংমুংদা চংলকলে। কুম্ভকর্ণ হিংচাবদি চীংঙ্ তেনবানথোনবু থৌওইদনা লানশোক চৈরৎতনা ইনশিল্লক্লববু খোইয়ম নামুংবনা তেনবি নমকাপ্পনা তেনবী নোংজুনরবগী শমু হকশাং থিৎনা তেনবান ইকুপ্পশুম পাল্লবস্নং খোয়মা মাই লৈবিদরবগী সুমিত্রা সনা লিনকোইগী লক্ষ্মণ অথোবনা খ্বা লাম্মী অথোবদা রাহমখিয়ে।

য়োংমু লান্মী অথোবশিং-ও। কুম্ভকর্ণ হিংচাবা অসিবু চীংঙু তেনবান য়াম্না পাল্লে, খ্বা মপৈ থিঙমদনা শমু মাগী হকশাংলেন্দা তোংলুরবগা মালেম ফূবাক লৈদা তুঙৈনে হায়না রাহল্লবগা গবাক্ষ অকনবা কন্ধমাদ অথোবনা নীল শুমট অকনবস্নুং, জম্বুবান অঙ্গদ অনিমকস্নুং য়াউনা বানর মশীং থিঙমদনা কুম্ভকর্ণ শমু লেংবাম্বক্লা তোংলববু ককচেং লুচাউবিচানা মালেম লৈপুং কাগুম নাত্তারবগী কুম্ভকর্ণ হকচাউবদি পাল্লল মপাত্তাম শয়েং পানবু হাই, নোংশা লালহৌ তম্না লাউথোক্লকবগী শমু নমকন থোক্কী কাখৎখিরবশিংস্নুং পানবোম লেংবানথক্লা তোংলুবস্নুং তাংজা লাইখংননা মালেম লৈদা তানা হুয়েন লান চেনথোক্লকলে হায়দবরা ?

কুম্ভকর্ণ অথোবদি তেৎনৌ য়োৎকী শুকপু শমু খুত্তা শুনা চাংঙু হকথোং ফংগে হায়না ইনশিল্লকপবু খোইয়ম রাইরা মতেনচা থাজ কোঙ্গাই শাবনা শয়েং পানবোম চীংশাং মানববু শমু য়েৎলমগীস্নুং য়োৎশুক মথুৎশুগা কাপথেক্লবগা চীংলেন লৈকিম্বগুম্না পানবোম লৈদা তাখিবনা খ্বা মশীং থিঙমদনা নমথুরে হায়দবরা ?

কুম্ভকর্ণ হিংচাবদি রক্ত ঈঙাং থোক্লবগী য়াইবী কললহৌ নীক্লা পামেন চীংজকু মপান ফক্লা শমু খুত্তা শুনা খোইয়ম হকথেং ফংগে হায়না তানশিনলক্লবগী দমক চীংঙু রাম নামুংবনা ইন্দ্রবান তেনবী অথোবনা বাহু মত্তানবোম শমু ওইরমগীস্নুং কাপথেক্লবদা ঘর তেনবি শমকোক থাংশাববু রাইরা অমা শেজম থোংনা কাপখিববু খুকউ হংজাউ অনিমকপু তূপ্না পাল্লবগী মালেম লৈদা ওম্না তাংজা লিলা লমচৎননা মালেম লৈদা পক্লা চিনশিল্লক্লবগী

চীংঙ্ মতেনচা কোরৌ নোংমদোনগী ইন্দ্র সরায়েননা পিনরকপা তেনবী অথৌবনা পুকনোপ অহোম্বদা মালেম লৈহোম পাংকুম্না ফাউনা পাল্লবগী মালেম লৈদা ভুবশুং শিবিদরবা রাগী রঘু নারায়ণ নামুংবদি চীংঙ্ অনৌবা লানশোক মৈশা লাংনা কঙ্গাউ মখে লৈতনা লীচীং নাকোং ফংনা, সন্ধান পানগা তম্না ব্রহ্মাস্ত্র তেনবি য়াইওইবনা তাংজা লুরেন তোনবু ককথৎলবগী মকোক লৈদা তাখিবনা য়োংমু লাম্মী কুন শুনা ননথুরে, কুম্ভকর্ণ লানশোক মাইরৈদনা চীংলেন লৈকন থাগুম্না শ্রীরামচন্দ্র রাইরা মতেনচাদা নোংমল্লে হায়দবরা ? খোইয়ম থয়াং মথৌমন কুম্ভকর্ণ নোংমন রাসিবু কৃত্তিবাস লৌশিংবনা লেংলমশৈনে হায়দবরা ?

## ত্রিশিরা অতিকায়গী
### লাঞ্জং

ময়িম লঙ্কা লাম্মী শৈনাইবা লানশোক লাইখংনবশিংনা লঙ্কা নিংথৌরেল্দা শমু থাংচপ্পনা লঙ্কেশ্বর লৈমাবা ইবুংঙো তাবিয়ো, নশানৌ কুম্ভকর্ণ চীংখোং য়াইমবদি সেনা লাম্মী অয়াম্বগা হুয়েন লানপাউ তম্লবগা রাবণ নিংথৌরেনদি প্রেম মাইথাননা মিকপলে। তাংজা কোকয়ি কা, সনা সিংহাসনগী মালেম লৈদা ওন, চীংলেন নোংলাউথিগুম পিরেম মাইথাননা মিকপলে। শানৌ পলেম পিমাচা-ও! কুম্ভকর্ণ চীংখোং মাই-মবা-ও! নংবু খোইয়ম ব্রাহ্মণ ময়নকুগী মাহিপ্পবু লোইদাম থাবুম

শুদনা লোইদাম থা-মা ব্রাংলবগীবু শানৌ নংবু নশাবী ঐগী বাহু ইত্তানবোম শমু য়েংলমগী ওইনবনে হায়না রাজসভা তিন্না হমু-হনবা নহা-মুখি পুন্নামনা লঙ্কা লৈবাক নীন্না মিকপ্প-ব্রক্লবদা ত্রিশিরা অকনবনা রাবণ মাইয়োক লেপ্পা পানবা কৈরেন থৌগুম শয়েং পানবু তিংনা ব্রাহমখিয়ে। দানব কোকথক্কী লঙ্কা ইনিংথৌ-ও! ঙনবী পুক্লিং ফুন্না খোয়মা লাংতক্লবিগুনো নংগী বৈরী য়েক্লবা রাম লক্ষ্মণ অনিমকপু লানশোক চৈরৎতনা প্রাণ থব্রাই লৌক্লগে হায়না শয়েং পানবু তীং, য়ারেন খোংখৈ চিক্লা অশ্নম ব্রাশক্লবগা রাবণ নিংথৌরেন্না লাইজা ঈমুংবুংগুম্ববু পুক্লিং ময়োন চোংনা হরাউখিয়ে হায়দবরা ?

ত্রিশিরা অথৌবগা হুয়েন লাম্লোইনবদি দেবান্তক, নারান্তক, অতিকায় অহুম্মকস্থুং রাবণ নিংথৌরেনগী মমাতোন্না পোকপা মহোদর, মহাপাশ অনিমকস্থুং কোন্নৌ নোংশিংজংগুম্বা তক্লকমক্তি সনা লুহুপ মণ্ডান নাই, থামু খাংনম তৈনা তরান নামৈ য়েপ্লবগা রাবণ মনিংথৌবু শারেন য়েংঙ্গম কোই, মালেম লৈদা পক্লা পুক্লম্নবগা ওইপোৎ অঙৌবগী মচেংপাচামদা নাউয়ানবা লাঙ্গোই মচু তাবদি ফিকে লমশং মানবা শামু শায়াংথক্তা মহোদর অথৌবনা লাঙ্গোই শাকোক তোংনা সনা রথ নিংথিবদা মহা পাশ অথৌবনা তেজ মণ্ডাল নাই, শিংলেন-পুষ্প লৈগুম্না ফমফম-খিয়ে। তুলাই রথথক্তা তারা থব্রানপিচাককুম তগুপ তরেং হৌববু সেনাপতি লানজিংলবা ত্রিশিরা অকনবনা শমু খোংওইননা শগোল মখুৎনেৎকা অতিকায় লৌশিংবস্থুং কাঞ্চন সনা অহিংবনা

অষ্ট থাংবুবা তুলাই লেংদমতোং ইন্দ্র সয়ায়েনগী শগোল মখুৎ-নেৎকা মান্নবা শগোল মহৌ কবা দেবান্তক অহেনবা হকথয় লৈগুম্বনা শমু খোংওইননা নরান্তক নোংশা খ্বাংদানবনা তুলাই সনা অহিংবগী রথ লমগানববু শমু খোংওইনরবগা লানচৎ চৈরংতনা যাত্রা খোংশান্নবদা পালেম মমা অনি পোকমাবীশিংনা শমু খূৎচেং হংচি লাক্, ওকথি লুম্নাং কোন্, খজাই লেংলোই চূপ্পা শম্লাং তোনকান্নানা মিকপ হনকং ওমদনা য়াহমখিয়ে।

পারী নাম্রা অপিশা নংবু হুয়েন লানংশোক মাইয়োক য়াওমলোইয়ে, য়োইবু সীতা লাইরৈমা পদ্ম পুস্বালনৈবু তাংজা নংগী কোক্ত খোংনা শ্রীরাম সনা মখোংখাদতুম কৎলমলুরো হায়না য়াহন্নবদা পাউয়াদনা য়াহন্নকয়ে—হে পালেন ইমা পোক-মাবীশিং-ও! নপারী ঐখোয়বু বিক্রম থয়াং কোন্দাইরোনবগী মচেং পাতমদা পোক্লবা মশেন্নে। নমু পোং ওইবা কনাগুম্ববু শমু খুৎপু পায়না খানজক্রোইয়ে হায়না পালেম মমা অনিগী খোখামখোনবু পাউয়াদনা য়াংলেন মরাও হৌ, তরেৎ শেনফাং য়েনা পেরে শিঙ্গা খোঞ্জেল চাউ, লঙ্কা পম্বোংলেন য়ুথক মরিক্ক গুববু সনা থোজাউ হাং, লাংবন ইকাণ্ডাগুম্না হুয়েন লান হৌরকলে। খ্বা লাম্মী অথৌবশিংস্থং দানব হিংচাবশিংবু খোয়মা মাইয়োক য়ানা নোংহান্নবদা ময়ুম লঙ্কা লাম্মী অথৌবশিংনা য়াহন্নকয়ে—হে বানর লাম্মী অয়াম্বশিং-ও! রাবণ নিংথৌরেনগী মপারী মরিমা মশানৌ অনিমক্তা ঐখোয় তরুকমকপু থমগুং যম নিংথৌগুম্বা মশেয়ে। য়ায়া তুগুপ চুংনা শোংকিদবরা? প্রাণ

থরাই হিংনবা সমক্র রাংমা লাল্লা হুয়েন লানজেনথোকখি-ও হায়না পাউতাক্লবদা খ্বা লাম্মী অথৌবা শমু খোংকাপ অথাং খুদিংদা লৈবাক য়ুহারাবশিংনা পাউখুম্লকয়ে—হে দানব হিংচাবা-ও! শভ্লেন নখোয়গী নমাই থীনবা করিগী পাউমেল্লকপনো? লহান অরাং অসাই মাঙগী দানব কোরৌ নোংশিংজংগুম্বশিংসুং খ্বা ঐখোয়গী লানশোক ইমাঙ থাংদনা কোটি মশীঙ থিঙম-হায়গুমদনা নোংমল্লে। হৌজিক নখোয়সুং খোয়মা ঐখোয়গী ইমাংদা চংলকলে। প্রাণ থরাই হিংখিকরোইয়ে হায়না অসুম পাউ-খুমলবগা বানর লাম্মী অথৌবশিংনা য়োংলেন লাল্লাউ খোনমাল্লনা চীংশাং খোইরেন পাইগুম লোইবী চীংজাউ ফূক রাক্ষস তাংজা লুরেন তম্লা পামেন ফৈনা লং, শমু হকথোং ফংনা খুত্তম নোংশিংজং মানবনা দানব তাংজা লুরেন কক্, শয়েং পানবু হাই, শমু মখুৎ-তোল্লা কাউনা কাউনা শোক্লবদা খ্বা মাইয়োক য়াঙমদনা হুয়েন লানজেনথোকখিরবদা নরান্তক অকনবনা শূন্য অতিংঙাদা মালং চৈরোইননা টিমেন মখুৎশুবু হুল্লকপবু খ্বা য়োংয়াম পাল্লবগী টাখুন ঈঙাং থোকপনা রক্ত ঈঙাং লৌথোং চেনগুমলে।

য়োংমু অথৌবশিংদি নরান্তক মাইয়োক য়াঙমদনা লানশোক নীংহল্লরবগী পায়মা নিংদোল থুক্, নিংশা শংহোলননা রাজা সুগ্রীব নিংথোরেনদা হুয়েন লানপাউ তম্লরবগা সুগ্রীব নিংথৌরেল্লা পারী অঙ্গদ সেনাপতি লানজিংবা, নংবু লাউ-ও। দানব হিংচাবা নরান্তক মাইয়োক য়ানা হুয়েন লান শোক্লক-ও হায়না রাহম-খোনগী অঙ্গদ অথৌবসুং লানফম মাইয়োক লেপ্পবদা নরান্তক

অকনবনা টিমেন মখুৎশু টাশোন কোইরেং টা সনা খেরে খোং-ফবা, চোয়নৌ য়েনলৈ থিনবা, ত্রিভুবণ মরোল অহুমমক্না খাংশুমদববু থুৎপাক টিলাইমেন অচেন খঙলৈ য়াঙ্, অঙ্গদ মাইয়োক য়ানা তানশিল্লক্লবদা অঙ্গদ পাঙ্গল মপাতম্বনা হে নরান্তক হিংচাবা, নংগী টিমেন মাইয়োক য়াববু খোয়মা ইমাই লৈরোইয়ে। টাথিন অনা খাঙলবগা প্রাণ থরাই মাঙহনগে। লানকম মাই লৈদনা থবাক লোংনা য়ানা অস্তুম নোংহাম্লবদা নরান্তক অথৌ-বনা হৃদি থমোই তম্না টাহুন চৈরৎতনা হুনলকপবু অঙ্গদ থবাক লিকশিরমদা পাল্লবদা টিমেন মথম্না খাঙতেক্লরবগী মালেম লৈথা-রোন্দা হুস্থখিরে।

অঙ্গদ যুবরাজ অথৌবদি ওক্লেন তুশুম্ববু কাচক হৌ, কোরৌ ঙমথং চোং, নোংশিং পোৎলুম পিনা শূন্য অতিংঙাদা রাবণ নিংথৌ মপারী নরান্তক অথৌববু রথ মখুৎনেং লাঙ্গোই মরি মকস্থং সারথি শাথৌবস্থং য়াওনা অঙ্গদ শমু মখোংপাক্লা কাউথেক্লে, থুংতুম নোংশিংজংশুম্বনা নরান্তক তাংজা লুরেনতোনবু মালেম লৈদা তানা য়ৈথৎলবগা মশাবী দেবান্তক অকনবনা ভেৎনৌ য়োংকী শুক অকুইব। অমবু শমু খুংতা শুনা তানশিল্লক্ল-ববু হেরা থৌওইদনা অঙ্গদ পাঙ্গল মতিক উৎ, শূন্য অতিংঙাদা শুকলেন কৈনা ওক্, নেম্বী শীংনাং থেককুমনা থেকথোক্লে। দেবান্তক খজাই তোংথিনলমদা থুহুম কিনজাউ থিনমরক্লা নোংমনহল্লে। মহুদর, ত্রিশিরা অনিমকস্থং কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা অঙ্গদ থমোই অথিববু তম্না রায়রা তেনরাই লাক্লবগী দমক অঙ্গদ

অহনবনা হুয়েন লানশোক চৈরৎতনা মহুদর লাঙ্গোই মথুংনেংকী শমু শয়াং শেংনা মহুদর থবাক লিকশিরমদা চৈ থারবগী মালেম লৈদা ওন্না নোংমলহল্লবদা মশানৌ মহাপাশ অকনবনা রাইরা মতেনচা তেনবী অথৌববু চীংশাং থোইরেন পাইগুন্না নোংপোক থোংজাউ ডাকপা নীল সেনাপতি অথৌববু তন্না কাপ্পল্লবগী দমক নীল অথৌবনা চীংলেন মপান ফুক, লানশোক মাইয়োক য়ানা চীংলেন চাউথোইবনা মহাপাশ অথৌববু মালেম ফুপাক্লনা ননথুরে হায়রে।

ত্রিশিরা অথৌবদি রাক্ষস য়াম্না হুয়েন লানশিরবগী দমক লানশোক মথৈ লৈতনা রাইরা মতেনচাবু লাংবন থোইরেন পাইগুন্না নোংশিং নিংথৌ মপারী হনুমন্ত বীর পাঙ্গল মপা তাম্ববু তন্না কাপ্পল্লবগী দমক মহাবল অকনবা হয়িং চেংবদি দানব তেনবান থৌওইদনা পামেন কৈনা লং, থৌতু লুংহুম হুনখিববু ত্রিশিরা রাইরা মতেনচানা শূন্য অতিংঙাদা মুংলেন থুমু ওইনা মাঙহল্লবগী হনুমন্ত পাঙ্গল মতিক উৎ, নোংশিং পোৎলুম পি, কোরৌ ঙমথং চোংনা ত্রিশিরা রথ মথুংনেং মরি-মকপু লাঙ্গোই শায়াং শেংনা নোংমলহল্লে। ত্রিশিরা অথৌবদি মালেম লৈদা কুন্না মন্ত্র অথৌবনা শূন্য অতিংঙাদা টিমেন ওইনা ওক, থোকলাং খাংতপ লাক্লা হুনথেল্লবদা ত্রিশিরা অকনবনা খাংলেন থুম্বা শুনা তাংজা লুরেন য়ানগে হায়না তানশিল্লক্লববু নোংশিং নিংথৌ মপারীনা থাংশাং খুৎশু মুন্না খজাই কিনজাউ থিনথোক্লববু ত্রিশিরা অকনবদি কুমার ফংশা চক্র লয়রম

খাঙ্‌লম্লু্রবগা হুয়েন অমরক লাম্নিংশিংনা হনুমন্ত শমু হকথেং ফংনগে হায়না তানশিল্লক্লবগী হনুমন্ত অমর শিদবনা লুরাই হামুন লাক্‌, শমলাং খুত্তা য়েৎনা অসাইথৈগী থাংলেন মথুংগুনা ভাংজা লুরেন ককথংলে।

অতিকায় অথৌবনা কপ্পাউ ঈথক হৌ, তাংজা লিলাথৌগুম ইনশিল্লক্লবগী খ্বা লাম্মী অয়াম্বদি দানব মাইয়োক য়াঙমদনা চীংঙ্‌ শ্রীরামচন্দ্র নামুংবগী সনা মখোংথাবু তাম্না হুয়েন লান-জেনথোক্লক্লবগী শ্রীরামচন্দ্র নামুংবনা পাউহংখিয়ে। হে বিভীষণ লৌশিংবা-ও! শকলেন শংনা পানবা লান্দান হকথেং ফংবা অসিদি কনানো হায়না পাউহংলবগা খ্বা মীথন খায়, নীল গুমট মহীন্দ্র বিবিন্ধ মঙামনা লাল্লাউ থোনমাম্না চীংলেন মপান ফুক্‌, পামেন ফৈনা লং, অতিকায় মাইয়োক য়ানা শোক্লকববু দানব রাইরা মতেনচাদা তেনবি অথৌবনা পামেন ফৈতুপ কক্লা য়োংমু লানয়াম শিরবগী বানর অথৌলিচা হেপ্পদি থোয়মা মাইরৈনা চীংঙ্‌ সনা মখোংথাবু তানা হন্থোক্লকলে হায়য়ে। অতিকায় অথৌবদি লানশোক মরাঙ কায়না হে রাম লক্ষ্মণ অনিমক-ও! ঐগী লানশোক মাইয়োক য়ানা দানব চৈথা থাং-ও। তনবা নিপা থোক্লসে হায়না য়াম্না খোঞ্জেল লাউনা ইনশিল্লক্লবগা সুমিত্রা সনা লিনকোইগী লক্ষ্মণ অহেনবনা লৌরুং খুত্তা শুনা দানব লান মাইয়োক য়াঙম্বশিংবু অতিকায় অথৌবনা য়াথং লুরাক্লনা পাউমেল্লকয়ে—হে লক্ষ্মণ অঙাং অপিশা-ও। নংগুম্বনা লানশোক

মাইরৈ খঙ্‌দনা লানকম মাইয়োক য়াঙমলোইয়ে। সিংহ নোংশা মাঙদা লাঙ্গোই মোইশা য়ানা লেপঙমদবতুগুম্বনে। ঐগী রাইরা তেনবুমমনা থমমুং যম নিংথৌগী দ্বার মথোংজিন্দা প্রাণ থরাই থাবিগে। প্রাণ থরাই নংগী হিংগে নিংলবদি টিমেন খুংশু থা, তেন্দোং নমবো হুন্না হুয়েন লাপ্পেনথোকখিয়ো। অসুম রাহম্নবদা লক্ষ্মণ তনৌ তরেং যৌবন মথোকলকপনা হে রাক্ষস হিংচাবা-ও! ইবিংঙা লানশোক মতিক খঙনদরিবৈদদি চিনকোই নয়াথংবু চাউগুনো হায়না পাউথুম্নবগা অতিকায় হিংচাবদি লৌরি থমোই তিংনা রাইরা তেনয়াম কাপ্পরকপবু লক্ষ্মণ তেনহৈবনা শমু হকশাং য়োইহন্দনা শূন্য অতিংঙাদা কাপথোক্লে। রাইরা নমকাপ্পনা তেনবী অথৌবা মঙাদংবু অতিকায় শমু হকশাং নীক্লা পাল্লবগী অতিকায় অকনবদি ওক্লেন চৈথারবগা থিংগৌ মথি নাইবতুগুম্নবগী কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা রাইরা তেনবুম তরেৎতংবু লকা তেনচপ লৌচিং নাকোং কং, লক্ষ্মণ থম্মোই তম্না কাপ্লক্লববু হকশাং তুখোং য়োইহন্দনা শূন্য অতিংঙাদা কাপথেক্লে। অতিকার রাইরা মতেনচানমুং লক্ষ্মণ মতেনচাবু শীঙনাং নেম্বী থেক্নুম্না কাপ-থেকলে। লক্ষ্মণ অতিকায় অনিমক্তি পোনবী খোংনা কাউ-নবা মচেঙ কোইতু চামদবতুগুম্নবগী কোরৌ নোংলোনথক্তা দেব লেংনা তিনবনা পবন নোংশিং নিংথৌদা রাহমখিয়ে— হে নোংশিং নিংথৌ লৌশিংবা-ও! লক্ষ্মণ কর্ণ নাকোং-থোং জাউরেন্দা পাউতাকপিরু-ও। অতিকায় হিংচাবা অসিবু প্রাণ থরাই পংনা মাঙবিরোইয়ে। নংগী রাইরা নতেনচা য়াইওইবা

ব্রহ্মাস্ত্র তেনবী খুংগু অথৌবহুম অতিকায় থরাই মাঙহৌনে। অসুম হায়না পাউতাকহন্নবদা লক্ষ্মণ অথৌবদি চিন্তা ঊনবী পুক্নিং শিংলক্লবদা খোইয়ম পাউতাকখোনগী চাংঙু মন্ত্র শোম্না অস্ত্র তেনবী অথৌবনা অতিকায় হিংচাবগী তাংজা লুরেন কক্পা নোংমলহল্লে হায়দবরা ? লক্ষ্মণ তনৌ নোংদরেং অহেনবদি মশাবী শ্রীরামচন্দ্র নামু বা সনা খুয়ারেন্দা অতিকায় লানশোক-ব্রাবু হুয়েন লানপাউ তম্লরে হায়দবরা।

ময়িম লঙ্কা লাম্মী শৈনাইবা থরাই নোংদা কানা লানজেন লাইথংনখিবশিংনা রাবণ মনিংথোদা ব্রাকৎচখিয়ে—নদাইরেম দানব লাম্মী পুম্নমক্তা নপারী নশানৌ তরুকমকস্তং বানর য়োংমু অথৌবা শমু মখুংপাক্তা লেমলৈ অহুপ্পা রানচেং অহাবগুম কারৌরে। হুয়েন লাম্বোং মুংলে। নদাইরেম ঐখোয়দি লানক্কম মাইয়োক য়াঙমদবনিগীনা ইদোম ইদোম লাইশেংজরকলবা মশেম্নে হায়না হুয়েন লানপাউ তম্লবদা রাবণ নিংথৌরেন্দি মপারী মশানৌ তেংথাননা মুংশি হনথৎ ঙমদনা লুরাই খুংনা নম্না মিকপলিঙৈ মপারী ইন্দ্রজিৎ অকনবা চকমোম থাম্বী মৈথাংথৌগুম্বনা মপন রাবণ মাঙদা প্রতিজ্ঞা ব্রাশকখিয়ে— নদাইরেম ঐনা রাম লক্ষ্মণ অনিমক্তা বানর লাম্মী অয়াম্বগা চেংলৌ মিংকুপ মরমদা মাঙহল্লুগে। ইপন লঙ্কা নিংথৌরেন নংদি চোয়নৌ সনা সিংহাসন্দা পলেম ইমা মন্দোদরী লঙ্কা লৈমাবীগা নদাইরেম ইয়ু পাত্র অঙম্বশিংগা মন্ত্রণা ব্রাতাম্না

লঙ্কা লৈবাক ঙাকঙম-ও হায়না অসুম রাহম্নবগা মপন রাবণ নিংথৌরেনদি মপারী ইন্দ্রজিৎ অথৌবগি চিনগোই য়াথং তানা ইন্দ্রজিৎ অথৌববু ঙকথি লুমলাং কোন্, থজাই লেংলোই চুপ্পা য়োইচানরবগা সনা ফিরোই অয়াম্বা নিংথৌ লানপোৎ পুম্নমবু সামগ্রী মশীং শুনা পিনরবদা মপন রাবণ নিংথৌরেনদি শারেন য়েং-ওই কোয়না পুরুম্লবগা চকমোম খাম্বী মৈথাংমগী স্থান মফমলেন নিকুম্ভি মরানয়াই মকম মুংঙাইবদা বিপ্র বামোন পুম্নমনা বেদ মন্ত্র শোম্না জয় য়াইফনবা পূজা ঈরাৎপিরবদা চকমোম মথি নাই, খাম্বী মরাঙ হৌ, মূর্ত্তি শংশং থোক্লা তুলাই রথ মক্তবা অস্ত্র খুৎশু মক্তববু বর লনকু পিরবগা ইন্দ্রজিৎ হরাউ মখৈ লৈতনা পলেম মমা মন্দোদরী লঙ্কা লৈমাবীবু চেংলো শকউনরগে হায়রম্লবগা মপন শমু মখোংখাবু পুরুম্লবদা মন্দোদরী অহেনবীনা হে পারী ইন্দ্রজিৎ অথৌব-ও! রাম লক্ষ্মণ অনি-মকপু হুয়েন লান শোক্লঙমলোইয়ে হায়না থৌখাম্ববু পাউ-য়াদনা হে ইপন পলেম ইমা পোকমাবী-ও! নপারী ঐবুহ্নম বিজয় য়াইফনবা বচন য়াথং অফবহ্নম থাদোকপিয়ো। রাম লক্ষ্মণ অনিমকপু নপারী ঐনা হুয়েন লান শোক্লরুগে হায়না অগ্নি মৈরৈমনা লন কুবিবা দিব্য রথ মক্তববু শমু খোংওইননা লঙ্কা নোংপোক থোংজাউ হাংনা ধ্বজ ফিরাল খান্, অস্ত্র খুৎশু মাংওইননা হুয়েন লান্দারকলে।

চৌংঙ্ শ্রীরাম নামুংবগী মদাইরেম খ্া য়োং পাথং নীল অকনবনা ইন্দ্রজিৎ মাইয়োক য়ানা রাহমথিয়ে—হে ইন্দ্রজিৎ

অভাং নাৱা অপিশা-ও! ইবুংঙো শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমক্কী গুণ মতিক খঙদনা করিগী হুয়েন লাল্লারকপনো? নপন রাবণ নিংথৌ মদাইরেম শয়ি মৈতান অরাবগুম্বশিংবু কোটি মশীং খিঙমদনা লঙ্কা কোন্নুং লেন্দবনে। নংস্তুং ভয় অকীববু চঙৈঙনে। অম্বুম পাউমেনববু ইন্দ্রজিৎ অথোবনা নীল অকনববু হেৱা থোওইদনা শূন্য অতিংঙাদা মায়া ফুলাই তোংনা চেংলৌ শক উহন্দনা টিমেন মখুৎশু অথোবা খংনং চিরোঙ্বনা খ্বা অথোববু য়োংমু খাম্বৌ শিংনা চৈপিরবগী বানর য়োং পাখংশিংদি ইন্দ্রজিৎ চেংলৌ শকউদনা আকাশ অতিংঙাদগী শব্দ খোঙ্গেন তারবগা কোরৌ .থায়না য়েংনা, পামেন ফৈনা লংনা থৌত্থ নুংহুম হুনখিববু শূন্য অতিংঙাদগী মালেম লৈদা তারকলে হায়দবরা।

অহিং ইন্নুং শোইয়াইমদস্তুং য়োংমু মরূপ তিন্, খ্বা মরূপ ফম্না মিকপ্নরে হায়দবরা? হে বানর য়োং পাখং য়োংমু ইপাচা শিং-ও! খ্বা ঐখোয়বু লহান বালি নিংথৌরেম্না কিষ্কিন্ধ্যা লৈবাক্তা সনা ফম্বাল ফম্লিঙৈদা দুঃখ অৱাবস্তুং লৈরক্তে। পামেন উহৈ চাবস্তুং খ্বা ইপুকতম সুগ্রীব ইনিংথৌগী মহাকথক অসিদা বানর করম্বনা মিত্র লমলোই ওইরবগী দমক লঙ্কা মপুংয়াইদা সমদ্রু ৱাংমা লাম্না দানব চেংলৌ শকউননা য়োংমু লাইখংনা থৱাই ইমি পায়না করিগী লাম্লংলবনো? তালোই ইতু-ইচা উদা, পারী নুংচানবা ইমোম নুংওনবীশিংবু চেংলৌ শকউদনা লঙ্কা মপুংয়াইদা প্রাণ থৱাই করম মাঙশিবনো হায়না মখুৎ লুৱাই নম্না মিকপখিয়ে। অত্থম মিকপখোনবু নাতারবদা

নীল অথৌবনা আকাশ অতিংঙাদা ইন্দ্রজিৎ মশক উদনা চিংলেন খুত্তা শু, দানব খোন্দাননা ঙাখিববু দানব হিংচাবা মায়া শান-ওন হৈবগী ব্রাইরা তেনবুম অমনা হুয়েন লানবুম-মগা পানা কাপথুরবগী শুমট অকনবগী তেঙ্গোন লানবুম অমম্বুং ইন্দ্রজিৎ তেনবান অনা খাঙ্ঙমদরবগী প্রাণ থব্রাই চুপ্পা তেনখুন ঈঙাং থোক্লা হুয়েন লানয়াম শিরে হায়দবরা?

ইন্দ্রজিৎ অথৌবদি নোংপোক থোংজাউ লমগী নীল, শুমট মরানথোং অনিমকপু খ্বা তেঙ্গোল মুৎহল্লবগা রাত্রি ইন্নুংমদা দক্ষিণ খানা পাংবরমদা অঙ্গদ মরানথোংদা চেংলৌ শক উহন্দনা শব্দ খোপ্পেল ব্রাংনা রাহন্নকয়ে—হে বানর লাম্মী অয়াম্বশিং-ও! রাবণ নিংথৌ মপারী লানকম নিপা থোকপা ইন্দ্রজিৎ অথৌবদি ঐনে। অসি ইন্নুংদা খোমলেন তুমকনতা মিংয়েং নাউশুমদবা কনা লৈবনো? য়োংমু নমিং থানা চোংথোক্লক-ও হায়রবগা খ্বা লানবন ঙাকপা বানর য়োং মীরোই অতোনবা খোমলেন তুমগন্দবনা পাউখুম্নকয়ে—দানব হিংচাব-ও! খ্বা ঐখোয়গী সেনাপতি লানজিংবা, অঙ্গদ, শুকসেন অকনবা, ধুম্রাক্ষ অথৌবা, কন্ধমাদ লৌশিংবা, মহীন্দ্র, বিবিন্ধ অকনবা, য়োংমু, য়োংশেন ককয়োং হরাউ খিঙমদনা নপা রাবণ হিংচাবগী প্রাণ থব্রাই লৌদব্রিবা মথৈদি তরা চাবুম্মবু হুপহিরোই হায়না নোংহামলিয়ে। অসুম পাউতাক্লবগা ইন্দ্রজিৎ অথৌবদি কপ্পাউ মথৈ লৈতনা শূন্য অতিংঙাদা লৈচিন নোংফাইন্নুংদা চেংলৌ শক উহন্দনা ব্রহ্মাস্ত্র খুৎশু অথৌববু শয়েং পানবু তিং, লিচিং নোংখাক

চৈরোইননা কাপথেক্লক্লবদা অঙ্গদ সেনাপতি মরানথোংবু মৎ-হল্লবগা ইন্দ্রজিৎ অথোবদি লানশোক চৈরৎতনা উত্তর অরাং পাংবরম রাজা সুগ্রীব মরানথোংদা নোংশা লাল্লাউননা রাহমখি-য়ে। হে য়োংম্ব তেঙ্গোল মনিল নাইবশিং-ও! খ্য়া নমিং নাইবা কনাবু লৈবনো অসুম পাউহংলুববু সেনা লাম্মী অতোনবা অহিং খোমলেন তুমকন্দবা হুয়েন লানদন ঙাকপনা পাউথুমখিয়ে। হে দানব হিংচাবা-ও! রাবণ নিংথৌ মপারী-ও! কিষ্কিন্ধ্যা লৈমাবা সুগ্রীব ইনিংথৌনচিংবনা নপন রাবণ হিংচাবগী প্রাণ থরাই লৌদরিবদি তরা চাকপুমবু চাদা, রাংলৈ চিনথুন য়োংতা, অহিং খোমলেন তুমকনলোইয়ে হায়না শব্দ খোঞ্জেল রাংনা পাউথুমলকয়ে।

ইন্দ্রজিৎ মায়া শানওন হৈবদি রাইরা মতেনচা অথৌবনা লিরী তেনগা থোং, লাল্লাউ নোংখাককুম্না রাইরা তেম্বা অম-রক্তা রাজা সুগ্রীব নিংথৌনচিংনা সেনা লাম্মী খিঙমদবা শীঙবী থরো পৈগুম্না হুয়েন লানশিরবগা ইন্দ্রজিৎ মেঘনাদ অকনবদি অহিং লানশোক খমথেংননা নোংচুপ খোংজাউ ঙাকপা হনুমন্ত মরানথোং শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমনা লৈবা লমদা চেংলৌ শক উহন্দনা রাহমলকয়ে। হে বানর অকনবা মিৎয়েং নাউশুমদবা কনাবু লৈবনো, ঐগী লিনফম মাইয়োক য়ারারাউ-ও হায়না লাউরক্লববু নোংশিং নিংথৌ মপারী হনুমন্ত যৌবন মথোক্লকপনা পাউথুম্লকয়ে। হে রাক্ষস হিংচাবা গুণ নতিক খঙদনা অহঙ্কার নাপল রাংবা নংনা রাহম্লকপবু লহান লোইদাম থামাপিদগী

লঙ্কা কোম্নুং চঙ্না নপন রাবণ হিংচাবগী খদাং কোইথা য়াওবা লঙ্কা য়ুম্থুম হাওদনা থুম্বি মৈমাং চনবা শ্রীরাম মদাইরেম খ্বা লানবন ঙাকপা খোমলেন তুমকস্তনা নোংহান্বা হনুমন্ত অকনবদি ঐনে। অহিং ইন্নুং শোইয়াইমদা মিংয়েং নাউশুমদা খোম্লেন তুমকন্দবদি ঐনে। ইবুংঙো রাম মশানৌ লক্ষ্মণ বিভীষণ জম্বুবান খ্বা কোটি মশীং খিঙমদনা নপা রাবণ হিংচাববু প্রাণ থব্রাক্ত লৌগে। ঠাকুরাণী সীতা লাইরৈমবু লক্ষ্মী স্বয়ং সীতা পিনে। সীতা মশক উদরিবমখৈদি তরা চাকপুম্মবু হুকহিরোই, লাইজা চিনখুনমবু য়োৎহিরোই হায়না রাত্রি অহিং অসিদা দিবা নোংখিল হাওদনা নোংহামলিয়ে হায়না মহাবলী অকনবদি চীংলেন মপান ক্রক, পামেন উজাউ হাই, ইন্দ্রজিৎ পাঙ্গল মপাতাম্ববু লাংবন কৌজেং হাইগুম হাইহৎকে হায়না কোরৌ ঙমথং চোংনা তানশিনখিববু ইন্দ্রজিৎ অকনবদি খোইয়ম ব্রহ্মা মরনকুগী চেংলৌ শক উহন্দনা রাইরা মতেনচা তেনবী অথোবনা নোংশিৎ নিংথৌ মপারা হনুমন্ত অকনববু মালেম লৈদা তানা কাপথরবগা ইন্দ্রজিৎ অথোবদি লানশোক চৈরৎতনা শমু হকথেং ফংগে হায়না তানবনিগীনা চীংঙু রাম লক্ষ্মণ অনিমকস্তুং ইন্দ্রজিৎ মায়োক য়ানা খোয়ম রাইরা মতেনচা ইন্দ্রবান থাজ কোঙ্গাই শাববু লীচিং নাকোং ফংনা কাপখিববু চীংঙু তেনবান থোওইদনা মেঘনাদ রাইরা মতেনচা ক্ষুর শমকোক থাংশাবা অনি কাপ-থোকখিবনা তেনবান তুখোং লোয়রবগী খোইয়ম লীরুং খুৎস্ত থানা তেন্দোং ঙাইথাংনরক্রবগী মশানৌ চেংলৌ শকখঙদরবগীনা

মদাইরেম বিভীষণ অকনবা জম্বুবান লৌশিংবনচিংনা থ্ৱা তেঙ্গোল মনিল নাইবস্নুং ইন্দ্রজিৎ রাইরা তেনবান লুম্নরবগী তাংজা মরৈতোন্দা জয় রাম রাম শোম্না নোংমন্নে হায়দবরা? ইন্দ্রজিৎ অথৌবদি শূন্য অতিংঙাদগী মালেম লৈদা কুম্না নোংশা লাম্লাউননা লঙ্কা পস্থোং থিংলম্লবগা মপন রাবণ নিংথৌরেন্দা শম্ম থাংচপ্পনা হুয়েন লানপাউ তম্লবদা সনা সিংহাসন্দগী মপারীবু থৌজান মাইয়োক্লনা য়োইচান্নরে হায়দবরা?

অসাইহৈগী শ্রীরামচন্দ্র মদাইরেম য়োংমু লান্মী পূম্না মরক্তগী থোইয়ম ব্রহ্মা মরনকুগী অমর শিদনা বর লনকু নোংদম্বা বিভীষণ হনুমন্ত অনিমক্তি তেনবান অনা কোক্লবনিগী না অহিং ইনুং শোইয়াইমদা শিংচেপ মৈরা থান্না লানকম তেঙ্গোনলেন লঙ্কা পস্থোং মরিমক্তা সেনা লান্মী অথৌবা কনাগুম্ববু হুয়েন তুরবনো হায়না শক খনলুববু কাইবী শঙম নিংথৌ জম্বুবান মন্ত্রি লৌশিংবনা হনু মালৈ চল্লবদি পায়মা নিংশা শৎহোম্লনা প্রাণ থরাই তংক তৌঙম্লববু লৌশিং পুক্লিং কাউঙমদরবগী রায়া খোঞ্জেল পিক্লা হে বিভীষণ পাঙ্গনব-ও। নোংশিৎ নিংথৌ মপারী হনুমন্ত অথৌববু জীব থরাই হিংনবা পাউহংঙম্ববু রারা খোঞ্জেল পিক্লা বিভীষণ লৌশিংবনা পাউথুমখিয়ে—কাইবী শঙম নিংথৌ-ও! তেনবান তুথোং লোইনা পাল্লবগী লৌশিং পুক্লিং ওক্লা ত্রিভুবন মরোন অহুমমক্তা মবুংঙো শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমকপুদি পাউহংদনা মদাইরেম ভক্ত নাই হুংজংববু করিগী পাউহংঙম্বনো? মহাবলী অকনবদি শীঙচেপ মৈরা শুবা

অসিনে পাউথুম্নবদা রাজা জম্বুবান নিংথৌদি হনুমন্ত চেংলৌ শকউরবদা হে নোংশিং নিংথৌ মপারী-ও! নংবু জীব থরাই হিংলবদি চীংগু রাম লক্ষ্মণ অনিমকস্মুং মদাইরেম সেনা লান্মী পুম্নমক্সুং প্রাণ থরাই হিংঙৈনে হায়না শারেন য়েৎনা কোম্না য়োইচাম্নরবদা হনুমন্ত অকনবা-ও! লহান হয়িচকঙৈদা রাক্ষস হিংচাবগা দেব খোইমম লাইরুপ অয়াম্বগা হুয়েন লান শোরুঙৈদা অমৃত শিদয়েনবু য়েনজানঙৈদা তারৌবা পর্ব্বত হিমালয় ঋষমুখ চীংলেন পলংলা অনিমক্তা ঔষধি হিদাক শিদববু উপাল মনা মরি পাল্লিবনে। সমক্ত রাংমা লাম্না চী'লেন পলংলা অনিমক্তা ভক্তি সেবা তৌনা ঔষধি হিদাক শিদববু থিরু-ও হায়রবগা হনুমন্ত অকনবদি নোংশিং পোৎলুম পি, কোরৌ ঙমখং চোংনা সমক্ত রাংমা লাম্না চীংলেন পলংলা অনিমক্তা খোয়মা নায়ায় খায়না ঔষধি হিদাক থিরুবদি লৈঙমদবনিগীনা মহাবলী অকনবনা রাহমখিয়ে।

মন্ত্রি জম্বুবান চিনকোই ময়াথং অসিবু দানব তেনবান কোক্সরবগী চিনকোই শরীববু নারিঙৈনে। তৌইগুম য়াথং শরীবয় নারীরোই হায়না চীংলেন মপান ফুক্, মমৈ কৈবু শানা চীংলেন লুদা থোংমা সমক্ত রাংমা লাম্না চোংলক্লবগা চীংলেন পলংলা অনিমক্তী অমৃত মশক উদনা লোৎলমলুরববু ঔষধি হিদাক মথমবু শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমক্তচিংবনা হুয়েন লাম্বোং মুৎনা নোংময়বশিংস্লুং উরবদগী ঔষধি হিদাক শিদবনা মতিক শংলং থোক্লা শকলেন মপান ফাউনা চোংথোক্লরবগা অমৃত

হিদাক মরিমকপু পবন নোংশিং নিংথৌরেন্না শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমনচিংনা মদাইরেম য়োংমু লাম্মী পুম্নমক্তা মালং হুইওই শিংনা ঔষধি হিদাক মনম তাহল্লবগা। শ্রীরাম লক্ষ্মণ মদাইরেম য়োংমু লাম্মী পুম্নমা, য়োংমু য়োংশেন, ককয়োং হারাউ পুম্নমা বানর অথৌবশিংদো। শয়েং পানবু তিংনা খমমুং মথোংজিল্দগী হলব্রাইরকলে হায়রদবরা ?

রাবণ নিংথৌরেনগী মপারী ইন্দ্রজিৎ অথৌবা ব্রাইরা তেন-বানথোনগী লঙ্কা পনথোং মরিমক্তা হুয়েন লানচুরবগী রাজা জম্বুবান লৌশিংবা গুণ ময়াথংদগী হনুমন্ত পাঙনবনা সমক্রু ব্রাংমা লান্না ঔষধি হিদাক থিল্লুরবগী শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমা মদাইরেম বানর লাম্মী অয়াম্বা লানশোক মাইয়োক য়ানা নোংমল্লববু প্রাণ থব্রাই হিংহল্লবগী কৃত্তিবাস লৌশিংবনা য়াথং ময়েকচা লাইরিক ময়েক ইন্ শেম্নমশৈনে। হে নমু পোংবচাশিং-ও! উনবী পুক্লিং পিনা ব্রাচারবগা দুঃখ অব্রাববু কোক্লেয়ে। ধর্ম্ম অকবদি উনবী মথোই তোংনা পূণ্য মহৈ পাননৈয়ে। চুপলেন নাপ্ন য়ুংনা, চিন রাম রাম শোন্না নাতাবিয়ো। চীংগু নামুংবদি মদাইরেম খুা লাম্মী অয়াম্বদি সেনাপতি মনিন নাইবশিংগা লাল্লাউ নোংখাক চৈরোইননা লাল হৌরক্লবগা সনা লঙ্কা লৈমাবা রাবণ নিংথৌরেনদি ইশা তুকুপ চুং, লমশা হুমকং শোংকাংননা শোংকিরবগী মদাইরেম লঙ্কা লৈবাক অয়াম্বদা ব্রাহমথিয়ে—ইদাইরেম পাত্র লৈবাক কোয়বশিং-ও! খুা তেঙ্গোন মুংনা প্রাণ থব্রাই মাংলববু য়োংমু শিদয়েনবু লৈরবগুম্না জীব থব্রাই হিংলকলে। তয়মশিং-ও! সনা লঙ্কা ননিংথৌ ঐবু প্রাণ থব্রাই হিংননবা হুয়েন লান

শোক্লরগুম্লসে। সনা লঙ্কা পনথোং মরিমকপু হংজাও কৈনা থিংলমলু-ও হায়না লঙ্কা পনথোং মরিমকপু থিংলে হায়দবরা ?

থোংলেম্না পৌরোনববু খ্বা মনিন'নাইবশিংনা চেংলৌ মিৎ-থিৎলবগী বানর অকন হয়িং চেংশিংনা লানশোক চৈরৎতনা লাম্লাউ খোনমাম্লনা লঙ্কা পনথোংলেন য়ুথক মরিফু ব্রাংবদবু ইংখোল কৈরোই চোংগুম্না চোংশিনখিরবগা লঙ্কা য়ুমপুম হাওদনা খাম্বী মৈশু থোক্লবগী ময়ুম লঙ্কা লাম্মী অয়াম্বা হন্দুহনবা, নহা-মুবী পুম্নমক্সুং খাম্বী মৈচেন ওমদনা চাকহৎলে হায়দবরা ?

থোইয়ম শ্রীরাম অহেনবগী মদাইরেম খ্বা লাম্মী অয়াম্বদি খাম্বী মৈরক চোংগুম্না দানব চৎয়াম্না পামেল কৈনা লং, থৌত্থ মুংজাউ হুম্না হুনখিরবদা কুম্ভকর্ণ মপারি নিকুম্ভ অকনবা, সম্ভবন অয়াম্বা, প্রচঙ্গ অশিংবা, ব্রজগন্ধ অকনবা, গুন-ভাংক্ষ অথৌবা দানব মথোকলকপা মওামনঃ রাবণ মনিংথৌদা শমু থাংচপ্লনা শয়েং পালবু তিংনা ব্রাহমখিয়ে। সনা লঙ্কা ইনিংথৌ ও! চৌংয়াইথু য়োংনাউ, য়োংনাউ শাথিবা পামেল উহৈ চানা ওাউনৈবশিংবু খোয়মা মাইয়োক য়ানা হুয়েন লানশোক-খিবশিংনা নদাইরেম ঐখোয়গুং খোয়মা ইমাই লৈরোইয়ে হায়না ইনথোক্লক্লবদা রাক্ষস হিংচাবা ব্রজগন্ধ অকনবনা তেৎনৌ য়োংকী গুকপু শমু খুত্তা গুনা অঙ্গদ অথৌবগী থবাক লিকশিরমদা পাম্লবগী তাংজা কোকয়ি কানা লেমলৈ য়ুয়ৈ ওাগুম্না মালেম লৈদা তুরববু মালেম লৈবু শোনা হোগংলক্লবগা থৌত্থ মুংহুম অচৌবনা ব্রজঙ্গ অকনববু চুবা নাহুম তম্না হুনখিববু তুনা পাম্লবগী

মশানৌ শত্রুবন অকনবনা রাইরা খিনকাপ্পনা কাপ্লক্লবগী অঙ্গদ মহকশাংদা পাল্লবগী কোরৌ গুমথং চোংনা, অঙ্গদ মরাঙ হৌনা শত্রুবন অথোববু তুলাই রথ মখুৎনেৎ সারথি শাথোবসুং য়াওনা অঙ্গদ শমু মখুৎপাক্তা উফুল নোংলৈ ওইনা কাউথেক্লবগা চুবা নাহুম তম্না খুংতুম কিনজাউ লিম্না থাংশাং খুৎশু মুন্. দানব থাংচেং তম্না য়ানথরে।

সেনাপতি মপুংগী সম্পক্ষ হিংচাবনা লৌরুং খুত্তা শুনা লানশোক মাইয়োক য়ানা চংলকলিঙৈদা খ্বা য়োং পাথং বিবিদ্ধ অকনবনা পামেন চাউথোইববু শীংনাং নেম্বি থেককুম্না শমু খুত্তা শু, অচেন লোক্কৈ হৌনা দানব লাংগোই মখুৎনেৎ মরি-মকসুং তুলাই রথ য়াওনা য়েথোক্লবগা সম্পক্ষ হিংচাববু শমু হকথং ফং, তাংক্তা লুরেনতোনবু শোইনা অতিংঙাদা কুমার রুশা-বগী চক্র লৈগুম্না তাইহৎলবগা মালেম লৈদা ওম্না নোংমল্লবদা কুম্ভকর্ণ মপারী নিকুম্ভ অকনবনা লৌচিং নাকোং ফংনা তেনব্রাই-রকপবু য়োংমু হনুমন্ত অকনবগী পুকনোপ অহোম্বদা রাইরা তেনবাল্লবগী মালেম লৈদা তুরম্ববু চেত্তনা পুক্লিংশিংনা তলা উজাউ থোইববু শমু খুত্তা শুনা নিকুম্ভ হিংচাববু শমু হকথেং ফংগে হায়না তানশিল্লববু রাইরা মতেনচানা মালেম ফবাক তূনা কাপথুঙম্নবগী নাতোন ঈঙাং থোক্লা হুয়েন লাম্মুরে। খ্বা মীথন থায় বিবিদ্ধ অকনবসুং দানব মতেনচানা কাপথু-রবগা অঙ্গদ অথোবসুং লানশোক চৈরৎতনা রাইরা মতেনচা তেনবী থংনং শাবনা অঙ্গদ থমোই থিম্না পাল্লবগী জম্বুবান

লৌশিংবা বসেন বেচক অনিমকস্তুং নোংপোক থোংজাউরমগী নীল সেনাপতি অকনবনচিংনা পামেল খুত্তা গু থৌহু মুংহুম হুম্না নিকুম্ভ হিংচাবগী খোয়মা মাইয়োক য়ানা হুয়েন লান শোক্লকবু তেনবী নোংজুননা পাল্লবগী খ্বা য়োংনিংথৌ রাজা সুগ্রীব অথৌবনা চীংলেন খুদোং পুনা পামেন কৈনা লৈখিববু দানব রাইরা মতেনচানা য়াংলৌ লম্মথাংমদা কাপথেল্লবগী সুগ্রীব পাঙ্গনবদি মমিং কোরি হৌ নোংশিং পোংলুম পি, কোরৌ ওমথং চোংনা রাক্ষস লীক্লং খুংগু অচৌববু পাঙ্গল খুংওম থীনা মল্লবগী চুবা চাইক্লং তম্না খুৎতুম কিপ্পাউ থিন্না নোংমলহল্লে। মশানৌ নিকুম্ভ অকনবনা লান্দান চৈরৎতনা পাঙ্গল মতিক উৎনা হুয়েন লানশোক্লবদি মহাবলী অকনবা লানশোক মথি নাইনা দানব ওকশম লাক্ য়েম্লাউ কোকপাকপিচাগুম্না ওকলি লুশম হাইহংলে হায়দহরা ?

রাবণ নিংথৌরেনদি মুংশি কপ্পাউ থোইনা রাহমথিয়ে। ইদাইরেম বীর মকরাক্ষ অকনবা নপন ঐগী বৈরী য়েক্লবা রাম লক্ষ্মণ অনিমকপু প্রাণ থরাই লৌ-ও হায়না সনা ফিরোক্ট পিনা রাজ প্রসাদ পিজরবগা শগোল, শামু, ফুলাই, খোংমী থীওমদনা লঙ্কা নোংপোক থোংজাউ তান্না ইম্বোক্লক্লবদা চীংগু রাম থোই-খোইবগী শমু মাইয়োক লেপ্পা তেনবী নোংজুননা কোয়ৌ নোংখাক থোনগুম্না কাপ্লক্লবগী চীংগু রাম মতেনচা ব্রহ্মাস্ত্র তেনবী য়াইওইববু লিচিং নাকোং কংনা নোংখাক চৈরৎতনা মকরাক্ষ হিংচাবা তাংজা লুরেনতোনবু মালেম লৈদা তানা কাপথংলে হায়দবরা।

খোইয়ম শিদবা শ্রীরাম অহেনবগী লানকম য়াইক বাবু কৃত্তিবাস শেমহৈবনা লেংশিনশৈ অসিবু শ্রীরাম সনা মখোংখাদা রাম রাম শোল্লবিয়ো।

## রাবণ তুবা

অসাইডৈগী খর হিংচাবা, মারী, মকরাক্ষ অকনবনচিংনা দানব লাম্বোং মুৎলবগী রাবণ নিংথৌরেনদি কপ্পাউ মথৈ লৈতনা ৱাহমখিয়ে। পারী ইন্দ্রজিৎ মায়া লানশোক হৈব-ও! লানশোক উহন্দনা রাম লক্ষ্মণ অনিমকস্মুং থুনা প্রাণ থরাই মাংহল্লু-ও হায়না ৱাহল্লবদা মেঘনাদ অথৌবনস্মুং থাংচপ্পনা মপনগী রাজ প্রসাদ পিজরবগা চকমোম থাম্বী মৈরৈমদা শমু থাংচপ্পনা মেনাং তুরৈকাই অঙৌবনা বলি ঈড়াংলবগা থাম্বী মৈরৈমা সহায় মিরেন উনা পিনা মূর্ত্তি শংশং থোক্লা মায়া হুলাই নিংথিবা অস্ত্র খুৎশু অথৌববু ইন্দ্রজিৎ অথৌবদা শমু খুৎশিন্নরা বর লনকু পিরবগা লানশোক মরাঙ হৌরবগা লঙ্কা নোংপোক থোঙ-লেন লমদা হুয়েন লান্দারক্লবদা ইন্দ্রজিৎ লৌরী থম্মোই তিংনা তেনৱী নোংজুননা কাপ্পরক্লবগী খ্বা লাম্মী অথৌবশিংবু য়োংমু মকোক কক্, শমু মখোং মখুৎ তুপ্পা বানর লানয়াম শিহল্লবগী নীল সেনাপতি লানজিংবনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী পামেন চাউথোইববু খুৎশু ওইনা চৌংলেন চাউথোইববু মপান কক্লা লঙ্কা লাম্মী অয়াম্ববু কাংথং কাংচাই তম্মা চায়থাইরবগী ইন্দ্রজিৎ

অথৌবস্নুং য়োংম্‌ লাম্নী অথৌববু কৈথেল চুরাই লাংগুম থুগাইরে। রাইরা তেনবুম তরানিপানদংনা তেনবী মনকাপ্পরবগা রামচন্দ্র অকনবস্নুং তেনবুম তরাদংনা রাইরা তেনপাল্লে। রাবণ মপারী ইন্দ্রজিৎ অথৌবনা রাইরা মতেনচাবু কাপ্পক্লববু বানর য়োংনিংথৌ কিস্কিন্ধ্যা লৈমাবা সুগ্রীব অথৌবগা নোংশিৎ নিংথৌ মপারী হনুমন্ত অকনবগা অনিমক্তা তেনবী তরা থোক্ল পাল্লে। সুষেন, জম্বুবান, নীল, বিভীষণ হনুমন্ত কুমদ তরেৎমাস্নুং, তেনবান নোংজুননা রাইরা তেনবানলরে। চীংগু শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমকস্নুং দানব হিংচাবা রাইরা মতেনচানা পাল্লবগী থোইয়ম উনবী কলহৌ নীক্, কঙ্গাউ মথৈ লৈতনা ব্রহ্মাস্ত্র খুৎশু অথৌববু লৌরী তেঙ্গা থোং, সন্ধান পানকা তম্লবগী রাবণ নিংথৌ মপারী ইন্দ্রজিৎ মায়া লানশোক হৈবদি থোয়ম রাইরা মতেনচা ব্রহ্মাস্ত্র অথৌববু চেংলৌ মিৎথিলবগী পুক্লিং অচঙ্ননা নীংখনখিয়ে।

হৌজিক হুয়েন লান শোক্লবা অসিদা প্রাণ থরাই মাঙনভেনে। লঙ্কা কোপ্পুংয়াইবু তম্না হুয়েন লাঙ্গেন থোকখিরববু য়াংলৌ লম্মথাংমা য়োরবগা ইন্দ্রজিৎ পায়মা উনকোইস্নুংদা থাজদনা নীঙখনখিয়ে। থোইয়ম শ্রীরাম নামুংবা অসিবু হুয়েন লানশোক্লদা সনা অযোধ্যা মপুংয়াইদা হলরাইহল্লগে হায়না থোইয়ম ব্রহ্মজ্ঞান অচিববু শোন্না সীতা লাইরৈমবু স্বরূপ চেংলৌ শকমান্ননা থোকহল্লবগা ইন্দ্রজিৎ তুলাই রথ মথক্তা হাপ্পা থাঙলেন খুত্তা শু, উনবী কাজক হৌনা রাহমখিরে। মায়া শানওন হৈবনা খ্য লান শোক্লহৌগে হায়না হন্দোক্লকপবু বানর চেংলৌ মিৎ-

থিংলবগী হনুমন্ত অকনবনা ইন্দ্রজিৎ মাইয়োক য়ানা হে ইন্দ্রজিৎ হিংচাবা-ও! য়োইবু সীতা লাইরৈম্বা লক্ষ্মী স্বয়ং সীতা অসিবু সীতা পুক্লিং লেপ্পীনে। নারী মুপী হাৎপগী পাপী লাইজা ঈরেন পুংশুম্বা নরক লৈখা তাববু শোংকিদববা ইন্দ্রজিৎ হিংচাবা-ও! নংগী ভাংজা লুরেন থোংদা সীতা লাই-রৈমবু শ্রীরাম সনা খুয়ারেন্দা শমু থাংচপ্পনা কৎলমলা-ও হায়থরবগা মেঘনাদ অথৌবদি কপ্পাউ মথৈ লৈতনা থাংলেন মখুৎ অরোঙবনা মায়া সীতা পুমুং চংবী লফু তূপকুম্না তূপথোক্লবগী সীতা মহাক খা চিক্লবগী খ্বা মনিম্নাইবদি য়োংমু খোম্লেল থোক্লা মিকপ্নরে হায়দবয়া?

চৌংঙ্, শ্রীরাম নামুংবদি মশানৌ লক্ষ্মণ যৌবন মথোকলকপবু ঙকথি লুমলাং কোম্না মিকপ্নখিয়ে। শানৌ লক্ষ্মণ থয়াং কোল্লাই-রোনবা-ও! নশাবী সীতা লাইরৈমা থোজাল পুক্লিং ঙাকঙমদবী অসিবু চৌংঙ্, নংগীদমকপু লঙ্কা মপুংয়াইদা শীংলেন মচু থাউ লৈরাং থাউবি মবাক চাম্লবী অসিবু সীতা চেংলৌ শকউনদরবদি প্রাণ থব্রাই ইমিরেনবু মাঙলগেনে। মালেম লৈদা ওন্না মুংশি পুক্লিং কায়না অস্থম কপ্পরবগী মদাইরেম বিভীষণ পায়না লৌশিংথোইবনা হায়ম্লকয়ে—হে প্রভু ইবুংঙো। রাম নামুংব-ও! নশানৌ সীতা লাইরৈমবু নারিরোই। মদাইরেম ইন্দ্রজিৎ হিংচাবা মায়া শানওন হৈবগী মায়া সীতা লাইরৈমবু নারিগেনে। চৌংঙ্ উনবী পুক্লিং শিংহল্লবদা খোইয়ম সনা মথোংখাদা শমু থাংচপ্পনা হায়মখিয়ে—লহান হয়িচকগেদা পারী ইন্দ্রজিৎ

অকনবা অসিবু খোইয়ম ব্রহ্মা শিদবনা রাহম্লকপথু লৈবনে। হে ইন্দ্রজিৎ অথৌবা-ও! চকমোম খাম্বী মৈরৈমা মরনকুগী ত্রিভুবন মরোল অহুমমক্তা দিগ্বিজয় য়াইফ খুৎঙমলক-ও। তৌইগুম চকমোম খাম্বী মৈরৈমাবু যজ্ঞ মণ্ডম তৌনা বর লন নিরৈভেদা বিঘ্নি য়ৈখাইবনা শমু খুদম ওইনরবদি প্রাণ থৱাই মাঙনা নোংমন-ও হায়না হায়রম্ববু লৈবনে। ইন্দ্রজিৎ অথৌবনা যজ্ঞ মণ্ডম তৌরিবা সময় মতম অহুদা নশানৌ লক্ষ্মণ অকনববু বিঘ্নি য়ৈখাইহল্লুসে। লক্ষ্মণ শমু মথুৎপাক্তা য়োন্দনা নোংমনভেনে।

খোইয়ম সনা মথোংখাদা অস্তুম রাহল্লবগা তৌইগীদি হে বিভীষণ লোয়না অপাম্বা-ও! নংগা হনুমন্ত অকনবা ইশানৌ লক্ষ্মণ তেন হৈরবগা সঙ্গ লমলোই ওইনা লঙ্কা কোন্নুং চংখিয়ো হায়না চৌংঙ্ মথৌজানগী মদাইরেম বিক্রম থয়াং কোন্দাইরোনবা অহুমমকপু লঙ্কা কোন্নুং চংনা ইন্দ্রজিৎ যজ্ঞ মণ্ডমফম্বু য়ৌরবগা য়াংলৌ লম্মখাংমদা মহাবলীরেন খোইখোইবদি ব্রাহ্মণ হন্নুববু লয়না শানা চংখিরবদা ইন্দ্রজিৎ হিংচাবনা হে গুরু ব্রাহ্মণ হন্নুবা-ও! শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমকপু প্রাণ থৱাই মনা শুয়েন লানগা ওইনা মাঙহনগে। ধন লন পিনরম-ও হায়রবগা হোইনা হে রাবণ নিংথৌ মপারী-ও! তাংজা নংগী লুরেনতোনবু রাম লক্ষ্মণ অনিমক্কী তেনবী অথৌবগী আহার মচিঞ্জাকপু ওইম্লনো। বামোন মরনকু দয়া থৌজানবদি অসিনে হায়না পাউথুম্লবদা ইন্দ্রজিৎ অকনবনা রাওইখিয়ে। ব্রাহ্মণ হন্নুবা-ও! নংদি লঙ্কা ইপুংয়াইদা নাউয়ানবদি

রাম লক্ষ্মণ অনিমক্ত্ম স্বস্তি লনকুবিখিয়ে। বামোন করি রানো রাহন্নবু হনুমন্ত মায়া শানওন হৈবনা লয়না নিংশিং পাউথুমখিয়ে। হে রাবণ নিংথৌ মপারী। ইনোংয়াই ইন্দ্রজিৎ অহনবা-ও। বামন নংবু হনু ময়াই কারবনিগীনা রাম লক্ষ্মণ অনিমকপু লামকেৎ থঙ্ভমদনা লনকুথোক্লে। হৌজিক অমরক হন্না হৌজিক বর লল্লিহৌ-ও হায়রবগা রাম লক্ষ্মণ অনিমনচিংনা য়োংমু লান্মী অয়াম্বা খ্বা তেঙ্গোন চায়ববু লনকুবিহৌ-ও অস্তম রাহন্নবদা হোইদা ইন্দ্রজিৎ হিংচাব-ও! নপা রাবণ হিংচাবনচিংনা লঙ্কা লৈবাক পুন্নমস্তং চাংঙু নামুংবগী শমু মথুৎপাক্তা য়োন্দনা নোমনস্নুনো, ব্রাহ্মণ মরনদি অসিনে পাউথুন্নবগা মহাবলী থোইখোইবনা অমর শিদবদি সনা স্বরূপ চেংলৌ মশক ওন্না পাঙ্গল মতিক উৎ, রাক্ষস হিংচাবা যজ্ঞ মণ্ডম তৌবা অসিবু বায়ু নোংশিং মরাঙ হৌরবগী নোংলৈ মরৈ তন্না হাইহৎলবদা ইন্দ্রজিৎ অথৌবদি যজ্ঞ মণ্ডম লোইদনা লীরুং থুত্তা শু মমিৎ কোরি হৌনা চোংথোক্লরুবগা লীরি থম্মোই তিং, লকা তেনবী নোংজুননা কাপ্লরুববু লক্ষ্মণ অথৌবগী রাইরা মতেনচানা কাপথেক্লবগী রাবণ নিংথৌ মপারী ইন্দ্রজিৎ হিংচাবগা চাংঙু শ্রীরাম মশানৌ লক্ষ্মণ যৌবন মথোক্লকপগা শয়েং শোম্নদা, পানবোম হেন্নদবনিগীনা লানকম নিপা থোক্লরবনিগীনা লক্ষ্মণ উনবী লৈনিংশিংবনা ব্রহ্মাস্ত্র তেনবী অথৌববু সন্ধান পান্দম য়েংনা, ইন্দ্রজিৎ তাংজা লুরেন তম্না মালেম লৈদা তানা কাপথৎলবগা ময়িম লঙ্কা লান্মী অয়াম্বদি হুয়েন লানশোক মাইয়োক

য়াওমদরবগী ই:খোন কৈরোইথক্কী কৈথেল চুরাই লাংগুম্না হুয়েন লাপ্পেনথোকখিরে হায়দবরা ?

রাজা দশরথ নিংথৌ মপারী শুমিত্রা সনা লিনকোইগী লক্ষ্মণ চকমোম থাম্বী মৈথাংথৌগুম্বনচিংনা হনুমন্ত অকনবা বিভীষণ লৌশিংবা য়াওনা থ্বা মনিল নাইনা নোংশা লাল্লাউ তম্না চীংগু রাম সনা মখোংথাদা বিভীষণ লৌশিংবনা শমু থাংচপ্পনা হুয়েন লানপাউ তম্নবগা বিষ্ণু রাম নামুংবনা লক্ষ্মণ হকশাং কোম্না য়োইচান্নরিবৈদা ইন্দ্র সরারেন্নচিংনা দেব ঋষি অয়াম্বন্নুং চপ মান পুজাউ য়ৈ, পুংয়ৈ মনিল নাইববু লৈরিক নোংজুনরে হায়দবরা ? লঙ্কা লানশোক অগৌববু রাবণ নিংথৌ মপারী ইন্দ্রজিৎ লানশি রা অসিবু কৃত্তিবাস লৌশিংবনা লেংলমশৈনে। রাম রারী নাত্তারবগী অমা থোইনা তোংনৈয়ে। হে নর পোংবচাশিং-ও ! তাংজা নরৈতোন্দা রাম রাম শোন্নবিয়ো।

অসাইবৈগী ইন্দ্রজিৎ অথৌবগী মদাইরেম দানব হিংচাবা মরোও চৈজেনবশিংনা রাবণ মনিংথৌদা শমু থাংচপ্পনা রাকৎখিয়ে। সনা লঙ্কা লৈমাবা-ও ! নপারী ইন্দ্রজিৎ অহনবব লক্ষ্মণ শমু মথুৎপাক্তা নোংমলহৌরে হায়না পাউ-কৎলবদা রাবণ হিংচাবদি মুংশি পুক্লিং ওন, থমোই উনবী কায়না, তাংজা কোকয়ি কানা সনা কমবাল্লাংদগী ম'লেম লৈদা ওন্না মিকপখিয়ে— পারী ইবুংঙো ইন্দ্রজিৎ অহনবা-ও ! মংবু পলেম নমা পোকমাবী মন্দোদরী অহেনবীনা খোইয়ুম মহাদেব নামুংবদা তপস্যা কোরৌ লনশামনগী ইপন নাতান

ফংজববু পারী ইবুংঙো তাউ-ও। নংবু খ্বা মতিক নত্তব-শিংগা সঙ্গ লমলোই ওইনা লক্ষ্মণ মথুৎপাক্কা করিগী নোংল্লবনো কল্লকয়ে। পারী-ও! নপন ঐগী সনা লঙ্কা পুংময়োন অসিদা নিংথৌ সনাপন ওইয়ো হায়না নোংদম্বা পারী-ও, নংবু লৈতরবদি বৈরী য়েক্লববু লৈরিঙৈনে হায়না কোরৌ থোইনা য়েং, রাংবন পাংনা য়েংনা শমু খোংবু থিন্না মিকপ্লে।

পলেম মমা পোকমাবী মন্দোদরী অহেনবী লঙ্কা থুন লৈমনচি'না মমৌ থম্বাল মানবী রাজকন্যা অহেনবীনচিংনা শমু খুৎশন্ননা ঙকথি লুম্লাং কোন্না মুংশি মথৈ লৈতনা ইন্দ্রজিৎ কোলোয় ফান্না মিকপ্পরবদা রাবণ নিংথৌরেন্না রাজা দশানন অথোবদি মুংশি কঞ্জাউ থোইনা রাওইখিয়ে। সীতা নশুংলাংগী পারী ইবু'ঙোবু নোংমল্লে। ছরি খুৎশু অসিনা সীতা শাথায়না য়াল্লুগে হায়না অশোক বন ইংখোল মুংঙাইবা শিংলেন খেউ খংবু চিংনা সীতা নাক্তা লেপ্পরবগা মদাইরেম বিরূপাক্ষ হিংচাবা ধর্ম্ম মথি খণ্ডদবনা শমু থাংচপ্পনা হে ইবুংঙো রাবণ নিংথৌ-রেন-ও। নংবু ব্রাহ্মণ শাগৈ অত্তাঙবনে। নারী মুপী হাৎপগী পাপ লাইজা ঈরেনপুংবু নিংথৌ নংগী পায়মা উনকোইমুংদা খণ্ডলিবনে হায়না থৌখামখোনগীবু রাবণ হিংচাবদি সনা শঙ্গাই মকোনলোয়দা হনজিনখিরবগা চীংঙ শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিমকপু হুয়েন লান শোল্লগে হায়বগী অলঙ্কার সনা ফিরোই শেৎ, সনা লুহুপ মঙান নাইনা কর্ণ নাকোং অনিমক্তা কুণ্ডল নাশি থোন, বাহু মত্তামবোম অনিমক্তা বিজুলি নোংথাং কুপকুম

সনা তাঞ্জাউ শি, তানচপ খুচি মঙান নাই, হেরা তম্ফা থিনববু সনা লিক্লাং শি, চোয়নৌ সনা খাংনপ্পনা নোপুর, খোংচি খোন্ শিংলেন পুষ্প লৈগী চুলাইথক্তা সূর্য্য মুমিৎ তন্না খোকুম্না তেজ মঙান নাই রাংলেন পুংজাউ য়ৈ, পেরে থোপথি খোং, পুংদোং য়ৈনা লাল্লাউ নোংখাক্লনা লঙ্কা থোংজাউ হাংনা খোক্লক্লববু রাবণ মাইয়োক য়াঙম্বা খ্বা য়োং পাখং অঙ্গদ অথৌবনচিংনা বানর সেনা লাম্মী পুয়মনচি'না রাইরা তেনবানখোনগী পাঙ্গল নিপা থোকঙমদনা হুয়েন লানজিন খোক্লকলে।

রাবণ নিংথৌরেনদি লান্দান চৈরংতনা চী'ঙ্ রাম লক্ষ্মণ অনিমকপু থিনা চঙলক্লবগা রাজা সুগ্রীব নিংথৌরেনদি অসাইতৈগী খ্বা য়োং পাখং তুরেন রাখুবিচাগুম্না নীঙনা তেনখিরবসিবু সেনাপতি হাউসি ঙমগচিংনা বল পাঙ্গল মথি নাইনা পামেন ফৈনা লৈ, খোঙ্থু সুংতুম হুম্না হুয়েন লান শোক্লরবগী লঙ্কা লাম্মী অয়াম্বশিংবু খোয়মা লা'দোনথক্তী লাংবন কৌজেং চোংবিচাগুম্না দানব লাম্মী শিহল্লবগী বিরূপাক্ষ হিংচাবসুং সুগ্রীব অকনবনা শমু মখুংচিন তরামক্লা য়াঙলেন শায়াং খায়না নোংমলহল্লে। অহিরাবণ হিংচাবসুং শমু খুদোন লাক্লা হাইহংলবগা তাংজা লুরেনতোনবু য়েলাং খুত্তা লাকপগুম্না হায়থংলে হাইদবরা?

রাবণ নিংথৌ মদাইরেম উমাতোন অথৌবনা অঙ্গদ মাইয়োক লেপ্পা চংলক্লবগী কিনথিল চৈথা অমরক্লা তাংজা লুরেন থদংলে। রাক্ষস হিংচাবশিংবু য়োংলেন মখুৎপাক্তা নোংমল্লবনিগীনা রাবণ

নিংথৌরেনদি কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা খোইয়ম শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনি-মকপু চীংঙু হকথং ফংগে হায়না চংলকল্লবগী লক্ষ্মণ লৌশিংবনা রাবণ মাইয়োক য়ানা লীরী থম্মোই তিংনা কাপখিবনু রাবণ নিংথৌ রাইরা মতেনচানা কাপথংলবদা রাইরা অমরক নমকাপ্ল-রক্লবনু লক্ষ্মণ অথোবগী রাইরা তেনবুম মঙাদংনা তেনবী মাই-য়োক য়ানা কাপথেক্লনা তেনবী নমকাপ্লখিবনা রাবণ নিংথৌ-রেনগী সারথি শাথৌবগী তাংজা লুরেন কক্লবগী বিভীষণ লৌশিং-বনা লানফম কঞ্জাউ থোইনা সনা চুলাই শাপোৎ শেম্লবা লাঙ্গোই শগোল তরেৎমকপু বিভীষণ থেঙ্গু মখুৎশুনা য়ৈথুরে। রাজা দশাননদি কঞ্জাউ ঈথক হৌনা টিমেন মখুৎশু শিংলেন লৈথিনবনা বিভীষণ অথোবগী থবাক লিকশিরম্মু তম্না হুনখিবনু লক্ষ্মণ অকনবা হয়িংচেংনা রাইরা তেনবুম অহুমদংনা কাপ-থেক্লবদা রাবণ কলহৌ নীল্লবগী লহান মকু ময়রাবিক্ষ হিংচাবনা মমোম মন্দোদরী অহেনবীদা লনউ-টা। ত্রিভুবন মরোল অহুম মক্লা খাঙঙমদবা টিমেন অথোবনা শ্রীরাম নামুংবনু চৈপিরগে নোংহাম্বা টাবু থুবাক তিলাইমেন্না হুনলক্লবগী লক্ষ্মণ তেলহৈবনু মালেম লৈদা তুনা থিনথুরবগী দমকপু রাবণ টিমেন মখুৎশুনা চৈপিরবগী মালেম লৈদা তুরবা অসিবু মুংশি পুক্লিং লৈতনা করিগী মিৎয়েং শানখৈরবনো হায়না রাহমখোনগী রাজা সুগ্রীব নিংথৌরেন্না শমু খুৎনা ফংনা টিমেন টা শৎলুরবনু শৎঙমদরবগী দমক মশাবী চীংঙু শ্রীরাম নামুংবনা মশানৌগী থম্মোই খোংপাক নেংনা টিমেন টাখোক থুম্ববু শৎথোকলে হায়দবরা ?

খোইয়ম শ্রীরাম নামুংবদি চীংঙু উনবী কলহৌ নীক্কা পুক্লিং মৈচাক থোক্লা রাহমখিয়ে—রাবণ হিংচাবা অসিবু প্রাণ থরাই লৌনা লানশোক খুনঙম্লবদি চীংঙু লানশোক কোলোয় ইমিং থিনয়ে। শ্রীরামচন্দ্র কৌবদি শিংলেন অন্বেষনে। তয়ম থ্বা লেংনা তিনবশিং-ও! চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা প্রাণ থরাই লৌরুগে। লোয়না অপাম্বা স্বগ্রীব য়োং নিংথৌনচিংনা ইশানৌ লক্ষ্মণ অথৌবা মালেম লৈদা তুরবশিংবু চৈরৈ ফিরোই লৈনা থম্না য়োইনঙম-ও হায়দবরা? সনা লীরুং খুত্তা শুনা রাবণ মাইয়োক য়াববু চেংলৌ মিৎথিংলবগী রাবণ হিংচাবদি থরাই নোংদা কা, মিরেন থাবু খঙনা শোংকিরবগী সনা লঙ্কা মপুংয়াক তাম্না হুয়েন লানজেনথোকখিরে।

খোইয়ম রঘুরাম থোইখোইবদি মশানৌ লানফম শৈনাই-বদি লক্ষ্মণ অকনববু ওকথি লুমলাং কোন্, থজাই লেংলাই চুপ্, প্রেম থকমাদনা মালেম লৈওম্না মিকপখিয়ে—শানৌ পলেম পিমাচা-ও! প্রান থরাই থম্না য়োইচানবা নংবু রাক্ষস হিংচাবগী শমু মথুংপাক্কা নোংমল্লবদি সনা অযোধ্যা লৈবাক্কা চীংঙু ঐদি করম হলরাইখিগবনো শানৌ-ও। খোইয়ম নশাবী ঐস্বং লঙ্ক নাপিরক চৎনা, পামেল উকু শেৎনা তরা চানিরগে হায়না তৌবম্বং ইদাইরেম শুক সারণ লৌশিংবা-ও! লক্ষ্মণ হিংননবা মতৌ করম তৌসিবনো হায়না পাউহংলবদা হোইদা হে প্রভু ইবুংঙো! তাউ-ও। হাউরৈ খানা পাংবরমগী গন্ধমাদন চীংলেন পললংলাদা ঔষধি হিদাক শিদববু লৈয়ে হায়না নোংশিৎ নিংথৌ

মপারী হনুমন্ত অকনববু থৌশীখিরবদা রাবণ নিংথৌরেন্না চেংলৌ মিৎথিংলবগী ইদাইরেম কারনিমি হিংচাবা-ও। য়াংলৌ লম্মখাংদা মায়া শানওল তৈনা হনুমন্ত থরাই লৌরু-ও হায়না থৌশিখোনগী কারনিমি হিংচাবদি সমদ্রু ঈরাংমদা তপস্যা লাইবু নিংশিংনা বচন য়াথং অমেংবনা পাউমেনওময়ে। হে অদ্য লম্মোইবা-ও! অরা হনকৎওন্নবা লাইজা পাশানখিরো হায়না পাউথেমওম্ববু মহাবলী অকনবনা তপস্যা লাইবু নীংববু খাচিক্লবগী কোলোয় য়াথং ইন্না লাইজা পাশাননা শান্দেংলুববু কুম্ভীর লাইমিচাউ মওামক্লা য়োৎফুরোগে তৌগুম্ববু হনুমন্ত খুজিন মোইকাং তরামক্লা লাইরেন শায়াং শেৎনা নোংমলহল্লে। অপ্সরী মশক ওন্না গন্ধকারী কোলোয় মিংনা হেনবীবু শানওনখিরে। রাবণ মায়া শানওন হৈবা কারনিমি হিংচাবস্তুং হনুমন্ত মমৈতোন্না হাই-হৎলমলে। গন্ধমাদন চীংলেন পলংলাদা ঔষধি হিদাক খিরুববু থিখওদরবগী চীংজাউ মপান ফ্ক, চীংলেন লুদা খোংনা সমদ্রু রাংমা লান্না চীংওু শ্রীরাম সনা মখোংখাদা রাইথুংলরবগা য়োংমু লৌশিংবা সুষেণ হিদাক-শুহৈবনা অমৃত হিদাক শিদববু লক্ষ্মণ হকশাংলেন্দা তৈনা হিংহল্লে হায়দবরা?

চীংওু শ্রীরাম অহেনবদি নেংশা লাল্লাউননা মদাইরেম থ্া অথৌবনা তেঙ্গোন মনিল নাইরে। নোংশিৎ নিংথৌ মপারী হনুমন্ত অকনবদি অসাইতৈগী ঔষধি হিদাক মকমলেন্দা চীংলেন পালংলাবু অমরক হল্লরাইনা থম্নরবগা রাবণ নিংথৌ হিংচাবনা উরবগী মদাইরেম দানব তরেংতংবু হনুমন্ত থরাই লৌরু-ও

হায়না থৌশিববু হনুমন্ত মমৈ অশাংবনা দানব হিংচাবা তরেৎ মকপু শমু খ্বাংদা পুম্না সমক্রু ঈরেনপুংদা ইমু খৌয়েক্লনা নোংমল-হল্লবদা চীংঙ্ শ্রীরাম সনা মখোংখাদা রাইথুংলরে হায়দবরা ?

রাবণ নিংথৌ হিংচাবা তাংজা লুরেনতোন তরা পানবদি শংদিং লাইলেখেম লিক্লং থুম্বা শু, তরান নামৈ য়েপ্ চুংগোই নমদা হুন্, নিংথৌ পোৎলোই অয়াম্বা পুংজাউ, পেরে, মোইবুং, শিঙ্গা মনিন নাইনা লঙ্কা লাম্মী পুম্না হুপ্, নোংচুপ থোংজাউ হাংনা লাংবন ঈকা ঙাগুম হনখোক্লকপবু কোরৌ নোংমদোন্দা খোইয়ম ব্রহ্মা শিদবনচিংনা ইন্দ্র সরারেনগী তুলাই মখুৎনেৎকী উগ্রচণ্ড মপারী মদরী শাথৌবস্থং খুৎশু-খুৎলাই পুম্নমকস্থং চীংঙ্ শ্রীরাম সনা মখোংখাদা কৎলমলবগা খোইয়ম বিষ্ণু শিদবা শ্রীরাম নামুংবা রঘু সীতাপতি অহেনবদি নুমিৎ লিশিং থোকুম সনা তুলাই খোংওইনরক্লবদা ইন্দ্র সরারেন্না রাহমলকয়ে— হে রামজী কোরৌ ইনোংথৌ-ও। চীংঙ্ নংগী শমু নখুৎপাক্তা রাবণ থরাই মাঙলবগা চীংঙ্ লেংনা তিনবা ঐখোয়স্থং দুঃখ অরাববু কোক্লইঙনে। তৌইগুম পায়মা উনকোইনুংদা আশা পুকনিং করি ওইববু নীংলিবনো হায়রবদা হোইদা হে ইন্দ্র সরারেন-ও ! ননাইরেম খ্বা ককয়োং অপিশাবু রাক্ষস হিংচাবা শমু মখুৎপাক্তা নোং-মল্লবশিংবু প্রাণ থরাই হিংবিয়ো হায়রবগা রাবণ নিংথৌরেনদি কপ্পাউ ঈথক হৌনা লানশোক থৌওইদনা শ্রীরাম নামুংবা তম্না চংলক্লবদা খোইয়ম রাইরা মতেনচা অমনা রাবণ হকশাং

থিংনা পাল্লবগী কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা রাইরা তেনবুমমনা চৌংও, অহেনবগী লাইবক খেনলাইথোং নমশা তোমথিললমদা পাল্লে হায়দবরা ?

অতুগীবু খোইয়ম য়াইবী কলহো নীক্লবগী রাইরা মতেনচা তেনবী শমকোকথাং শাবদু লীরী তেনগা থোং, খোইয়ম কপ্লাক শোংজোননা সন্ধান পানগা পোংনা লিচিং নাকোং ফংনা নোংখাক চৈরোইননা রাবণ মকোক তরামক্তা য়েনদেম থরাম শোইগুম্না মালেম লৈদা কাপথংলববু খোইমোম ব্রাহ্মণ মরনকুগী পুন্নুং লায়োন চোংগুম মকোক তরা শুনা চোংথংলক্লবগী চৌংও চৈবি কলহো নীক্, রাইরা নমকাপ্পনা মকোক তরা মকপু হুম্না অমরক কাপ্লবম্মুং মালেম লৈশৌপুংদা ঈঙ .চাগুম শৌগুম্না শোগংলক্লবগী শ্রীরাম নামুংবা-ও। নদাইরেম রাবণ হিংচাবা অসিবু লহান হয়িচকতৈদা ব্রাহ্মণ মরনকুগী কোরো নুমিৎমদা রাবণ মকোক তরা পানস্নো তপস্যা কোয়ৌ লনশামনগীবু ৈশয়ে। তাংজা লুরেনতোন ককপদি শিবিরোই। ব্রহ্মাস্ত্র তেনবী য়াইওইবনা রাবণ নিংথৌরেনগী পুকনোপ অহোম্বদা রায়রা তেনবালবতুম মাবণ থরায় মাংতনে হাইনা পাউতাক্লবগা রাবণ লিক্লাং শুমেরু রামচন্দ্র লাই পাখং উম্তুম শ্যাম অহেনবদি ব্রহ্মাস্ত্র তেনবী অথৌবমু গরুর চেক-নিংথৌগী পোনবী তুনা শাবনু কুবের লন নিংথৌ, নোংলাই অহেনবা, অগ্নি মৈরৈমা, ধর্ম্ম যমরাজ নিংথৌ, ইন্দ্র সরারেন চৌংও লাই-রূপ মণ্ডামনা চংলিবা তেনবী য়াইরংচান বায়ু নোংশিং নিকু-মাপনমক্লা তেনবী চিন্দা তোংনা খুৎশু অথৌবমু লীরী থম্মোই

ত্তিংনা লীচীং নোংখাক চৈরোইননা রাবণ নিংথৌরেনগী খ্বাং থাংচেং ভম্না শমখোক্লবদা তেনবী অথৌবদি পাতাল লৈখ রোনবু ফাউরবগা সমক্র ঈরেনপুং লাইজা ঈরিকলাইদা শানদেংলুরবগা খোইয়ম সনা ভেন্দোংমুংদা চংলকলে হায়দবর ?

সনা লঙ্কা লৈবাক্তী রাবণ তাংজা লুরেনতোন তরামকপু পানবদি থা লোংজুম্বা লৈতাও থরো মানবনা তাইচিক মমুং ওইরক্লবগী মালেম লৈতানা কেল্লকপগুম্না শ্রীরাম রাইর মতেন-চাদা রাবণ নিংথৌরেন লৈরোন নোংলোন অহুমমকপু খুৎত্তম্বা পাঙ্গল মপাঙাম্ববু নোংল্লবগা বানর লাম্মী অয়াম্বদী নোংশা লাল্লাউননা হরাউখিরে। অশৈ মরাও হৌনা নোয়না ভমদম হৌবে হায়দবরা ? কোরৌ নোংমদোনগী খোইয়ম লেংনা তিনবা পুম্নমক্তি দেব ঋষি ঐখোয়দি দুঃখ অরাববু অসি কোরৌ মুমিৎ-মাদা লংমাই শেংবা লাগুমলে। রাংলেন তোমাল পুংজাউ ঔম্না হরাউরে। মহুরিশা অথৌবস্নং শ্রীরাম সনা য়াথং লৌনা কোরৌ নোঙ্গাখিরে। খোইয়ম নারায়ণ নামুংবা দাশরথি অহেনবনা রাহমখিয়ে—হে বিভীষণ লোয়না অপাম্বা! চিতা শীঙবী ভমজাউ পৈনা নশাবী রাবণ নিংথৌরেনবু চকমোম থাম্বী মৈদা হিপ্পা কোরৌ নোঙ্গাহল্লসে হায়দবরা ?

বিভীষণ লৌশিংবনা শ্রীরাম সনা ময়াথংবু লৌনা অমন পিখোম্বীগে তৌরিঙৈদা রাবণ নিংথৌ মশানৌ মন্দোদরী অহেনবী-মচিংনা রাজ কন্যা অহেনবী লিশিং অমনা খ্বা লাম্মী অথৌববু

শোংকিদনা লানক্কম মরক চংনা স্বামী মনোংথোবু ওকথি লুম্লাং কোয়া মিকপথিরে। ঐবু লোইবা ইবুংঙো! কোরৌ নোংমদোনগী খোইয়ম লেংনা তিনবনা ওমক্কদবা নংবু করিগী নর পোংবচাগী শমু মথুংপাক্লা নোংমল্লবনে হায়না মিকপ্পবগী মন্দোদরী অহেনবী-নচিংনা চৌংঙু শ্রীরাম নামুংবা সনা মখোংথাদা শমু থাংচপ্পনা ভক্তি লৈনা পক্লা পুরুমজববু শ্রীরাম নামুংবনা চেংলৌ শকথওদবগী হে মন্দোদরী অহেনবী ও! নংগী স্বামী নপুরোইবগা ণুমিং মতোল লোমমল্লৌ-ও অস্থুম লনকু পিশিল্লবগী লক্ষ্মণ লৌশিংবনা হে রাম কোরৌ ইনোংথৌ-ও! নদাইরেম অসিদি ইন্দ্রজিৎ পলেম মমা পোকমাবী মন্দোদরী অহেনগীনে হায়না পাউতাক্লবগা তৌই-গীদি রাবণ সনা নংলেনবু থাম্বী মৈ চুম্থুনো হাইরবগা মন্দোদরী অহেনবীস্থুং লঙ্কা কোমুংয়াইদা চংনা হলরাইখিরে।

রাবণ মশানৌ বিভীষণ লৌশিংবনা থাম্বী মৈগা কোয়না অমন পিগা খোম্লা কোরৌ নোঙ্গাহনখিরবগা লঙ্কা লৈময়োনগী রাজা নিংথৌ ওই-ও, বিভীষণ শাস্ত পুক্লিং তপ্পবু রাবণ সনা মক্কমলেন কানা রাজ অভিষেক সনা কপ্পালদাংদা কাহল্লবগা চৌংঙু রঘু নামুংবনা রাহমথিয়ে। থৃা য়োংয়াম্লক্তগী লাংলেন কোংয়াং রাচিন চাউগুম্বা হনুমন্ত অকনবা-ও! শানৌ সীতা লাইরৈমা চৌংঙু ঐগী দমকপু লৈরাং মচু থাউনা নোংথোইরিবীবু শমু থাংচপ্পনা পাউকৌরু-ও হায়রবগা পাউকৌরুববু রাক্ষস হিংচাবীবু শোংকি রাগী পাউচা ওমদরবগী রাজা বিভীষণ সনা

লঙ্কা লৈমায়না নিংথৌ পোৎলোই অপানবু রাওনা য়োইবু সীতা লাইরৈমবু পাউকৌরুরবগা শ্রীরাম নামুংবনা শানৌ সীতা লাইরৈমা অসিবু লঙ্কা মপুংয়াই অসিদা লোইদাম থাবুম য়ায়া নোংথোইরবীনে। চকমোম খাম্বী মৈদা হিপ্না সীতা য়াচুরখিসে হায়না য়াহন্নবগা য়োইবু সীতা লাইরৈমদি মশাবী চীংঙু রাম নামুংবগী সনা য়াথং ইন্না খাম্বী মৈদা য়েংওই কোয়না য়াহমখিয়ে। চকমোম খাম্বী অরাবা-ও! স্বামী কোয়ৌ ইমোং-থৌগী শ্রীরাম নামুংববু হেন্না সীতা পুক্কিং তোয়না চৎলক্কবী ঐবু উৎফল নোংলৈ ওইনা সাক্ষি য়াচুবী-ও হায়না চকমোম খাম্বী মৈরেনমুংদা চংশিনখিরববু অগ্নি খাম্বী মৈরৈমনা চীংঙু সীতা লাইরৈমবু ফৈরাতান্দা থোংনা য়োইচানবিরে হায়দবরা?

খোইয়ুম শ্রীরাম মামুংবা কৌশল্যা সনা লিনকোইগী রাম-চন্দ্র অহেনবদি সীতা মশক উদয়বগী মালেম লৈদা ওন্না মিকপ-লিঙৈ য়োইবু সীতা লাইরৈমদি তাংজা লুরেম্বকী চম্পা লৈহাউ মানবীবু শিংলেন মচু থাউদা, পুষ্প খায়োন লিকমুং লৈরাং লৈরিক খুইদা, চকমোম খাম্বী মৈরৈমনা সীতা ফৈরাতান্দা থোংনা রাম মাইয়োক্কনা কংলম্নবদা য়োইবু সীতা লাইরৈমগী সীতা লক্ষ্মী মরমচং সতি মরমচং অয়েপ্পিবু সাক্ষাৎ তাঙনা থংলবগী বিষ্ণু সীতাপতি রামচন্দ্র অহেনবগা লাইজা ঈথোৎ লৈগুম য়োইচায়রে হায়দবরা?

সনা লঙ্কা লৈমাবা রাজা বিভীষণ লোশিংবা শংলো মথৌ-রাংগী রাম সীতা অনিমকস্তুং সনা ছুলাই তোং, লক্ষ্মণ বিভীষণ,

সুগ্রীব অহুম্মস্পুং তুলাই খোংওইননা মদাইরেম সেনাপতি অয়াম্বস্পুং তুলাই লেংদম তোং, রালেন মরাঙ হৌ, তরেং মনিল নাই, মদাইরেম রাক্ষস হিংচাবনা চীংঙ্, রাম নামুংবগী শমু মাংদা চৎনা য়োংমু লাম্মী অয়াম্বশিংনা চীংঙ্ হৈনা মতুংইন্, মুংঙাই মখৈ লৈতনা লঙ্কা কোম্লুংলেন্দগী সনা অযোধ্যা তাম্না হুয়েন লান-ওয়রুবদা চীঙ্, দেব নারায়ণ নিরঞ্জন নামুংবা রাবণ য়েক্লববু প্রাণ থরাই মাংনা লঙ্কা লৈবাক থুংঙম্বা সনা ময়াথংগী লক্ষ্মণ লঙ্কা লানচাইখোবনা ধনু লীরুং খোংজিতোন্দা সমদ্র পন-জাউ থিংববু লাইজা ঈরম অহুম ওইনা থিনথাইরম্লবগা য়াংলৌ লম্মথাংমা গুহিয়া নিংথৌরেনগী মরৈবাক য়ৌরবগা খোইয়ম সীতাপতি লাইম্নিংথৌনা য়াহন্নকয়ে। নোংশিং নিংথৌ মপাল্লী হনুমন্ত অকনবা নংদি শানৌ ভরত লৈবাক ঙাকঙম্বদা লঙ্কা লানশোক থুনঙম-রাবু হান্না পাঙদমলু-ও হায়না থৌশীখোনগী সনা-অযোধ্যা কোম্লুং চংনা ভরত মাংদা লেপ্পা রাম বিজয় য়াইকরাবু বিনয় য়াথং অমেঙবনা পাউতাক্লবগা ভরত লৌশিংবা থাবা উবলেন থাঙম পামেন উরৈ কংঙম মুংশি মখৈ লৈতনা অযোধ্যা লৈবাক ঙাকঙম্বদি হনুমন্ত তাংজা মরৈতোন্দা শ্রীরাম মিংলেন পনলিঙৈদা ভক্তি পুক্লিং ময়োম চোংনা হরাউরবগী অযোধ্যা দ্বার থোংজিন থুদিংদা পূর্ণ্য ঘট থিন্, তাউজিং নানৌ থেৎ, প্রদীপ থাউমৈ থান্, মশাবী রাম নামুংববু নম্, শমু থাংচপনা মালেম লৈদা পক্লা পুক্লমলে হায়দবরা? চীঙ্, শ্রীরাম নামুংবদি সনা মাগী সিংহাসন অরাংবদা মশানৌ সীতা লাইরৈমগা মুমিং

জিঙ্গিং থোকুম অযোধ্যা লৈবাক ঙাম্না কমফম্লবদা রাজা সুগ্রীব নিংথৌ পাজনবনচিংমা রাজা বিভীষণ অনিমানচিংনা বানর সেনা লাম্মী অথৌবসুং থোইয়ম সনা য়াথংলেন রস অথুম্বনা রাইয়ৎগা স্থান মখোয়গী ফম্বিরেন্দা হলরাইখিরে হায়দবরা ?

খোইয়ম শ্রীরামচন্দ্র নামুংবগী হুয়েন লানশোক অচৌবা লঙ্কা রারী মুংঙাইবা অসিবু মদাইরেম কৃত্তিবাস অহৈবনা রাহৈ মরেং চানা শেম্নমশৈনে। রাজ সভা লেংনা তিনবা নংখোয়দি কোরৌ নোংখাকখোনগুম চীংঙ্, কোলোয় মমিংলেনবু জয় রাম শোম্না নাভাবিয়ো।

লাইবেন মৈদিংঙ্ পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ লাইরেন ভক্তি পুক্রিংমনগী গুরু বৈষ্ণব থোইখোইবা সনা খুয়ারেম্না তুবি লুরাই কোইরেম্বক্তা খাম্নরিবা দয়া রস অথুম্ববু লাইজা ঈনোং কাগুম্ববু খার লংগুং তৎতনা থৌজান হৈবা খোইয়ম শ্রীরাম নামুংবগী কোলোয় মিংখৈরেন রাম তারক মন্ত্র মপুং ফাববু উনবী পুক্রিং পিনা ভক্তি কোরৌ লনশাজবা লাইরেন মৈদিংঙ্ শ্রীগরিবনিরাজ নরেন্দ্র তাইবং সরারেনগা য়োইবু তম্ফা মশানৌ কেগে মোইরাং নিংথৌ চন্থু খংদা ইরাংলোন শ্রীকমলাবতী সতী পুক্রিং লেপ্পিগা মদাইরেম প্রজা লৈবাক কোয়বা অয়াম্ববু রামচন্দ্র ধর্ম্ম অথোইবদা উনবী পুক্রিং লেপ্লবা রামায়ণ সপ্ত কাণ্ড মশা তরেংমকপু পোইরৈ মৈতৈরোল্দা ওম্বোকশৈনে। লঙ্কা রারী মুংঙাইববু সমাপ্ত লাইরিক মতোন লোমখিরে। চীংঙ্ শ্রীরাম মখোজানবু

লাইরেন মৈদিংগু, নংঙোন্দা পুংবু লেম থেনমাই লাংনা কোন-শিল্লমগে। তম্নম চিনকোই ইরাকমদি পুনশি ইম্নানলৈ, অরাং শঙ্খ লুথুং লৈ, হোংনেম লৈপুনশি, চায়োন মণ্ডা লোনশিনলৈ, গুয়োন তরুক ভানফংলৈবু ইমাই নোংনেম লায়্না পাংবরম খোঙলেন ইমান কৌবা লিকথংলা পাংবরম ওম্না কোনশিল্লমগে। হয়্নাহে হয়িচা হয়্নাহে।

লোইরবা।

# অর্থ হন্দোকপা

## অ

অরুববু—নিংথিববু লাঃ ১। অমর—(সং) শিদবা লাঃ ৪; ৬০, ৫১, ৮০। অথৌলিচা—অথৌবা মপা মপুগী মচা লাঃ ১১। অহঙ্কার—(সং) নাপল তৌবা লাঃ ১৩, ১৮, ২৪, ২৫, ৭৮। অঙ্গদ--বালি নিংথৌগী মচানুপা শ্রীরামগী মনাই লাঃ ১৩। অহনবদা—মচা অহন্বা লাঃ ১৬। অস্ত্র—(সং) থুংলাই লাঃ ১৯, ২২। অমেঙ্‌বনা—অথোংপনা, অতপ্পনা লাঃ ৬। অজয়—(সং) মঙ্গল লৈতবা লাঃ ৩০, ৩৫। অঘুর—(সং) অথেঙ্‌বা, অমম্বা। অকুইবনা—অশাংবনা লাঃ ৫২। অপিশা—অপিকপা লাঃ ৬৩।

## আ

আনন্দ--(সং) নুংঙাইবা লাঃ ১, ২৮, ৯৫। আকাশ—(সং) অতিয়া লাঃ ৭৬, ৭৭।

## ই

ইন্দাল্লকপা—য়োরকপা লাঃ ২। ইন্দ্রজিৎ—রাবণ নিংথৌগী মচানিপা লাঃ ২৯। ইন্দানখিঙৈদা—চৎখি্রঙৈদা লাঃ ৫১। ইদাই-

রেম—ইনাই অচানবা (অথোইবা) লাঃ ৫১। ইপারী—ইচানিপা লাঃ ৫২। ইহকশাংদা—ইশাদা লাঃ ৪৬। ইন্দ্র—(সং) সরারেন লাঃ ৫৩। ইমু থোয়েক্লনা—ঈশিংদা ঈরাক্লনা লাঃ ৯৭।

## উ

উনবী—পুক্লিং লাঃ ৬, ২৪, ৪৬, ৬৩। উত্তর—(সং) অরাং লাঃ ৯, ১৯, ৭৮। উপি থরোন পৈগুন্না—উপীশিঙ মরোল মরোল পৈগুন্না লাঃ ১২। উচুং—উ পাম্বী জাৎ অমা, মৈনা চাকথেকথিবগী মথাক লেপ্লোবা উতেক লাঃ ৪০। উকৈ—উ মশা অফেনবা, উ অফৈবা লাঃ ৪৫। উনকোইন্নুংদা—পুকন্নুংদা লাঃ ৫৩।

## ঋ

ঋষি—(সং) মুনি লাঃ ১২। ঋষমুখ—চীং অমগী মমিং লাঃ ৮।

## ও

ওক্লেন—শল্লপ পুবা ওক অচৌবা লাঃ ১২।

## ঔ

ঔষধি—(সং) হিদাক লাঃ ৮।

## ক

কন্যা—(সং) মচানুপী লাঃ ৭। কলহো নীক্লা—কল্থি থোক্লা লাঃ ৮, ১১। কোইথা য়াংবা—মকোই থুনা মৈনা থাবদা য়াঙবা

লাঃ ১০। কপি—(সং) য়োং লাঃ ১১। কুম্ভির—(সং) লাইরেনগী জাৎ লাঃ ১২। কোলোই—মিং লাঃ ১৩। কপ্পাউমথৈ লৈতনা—শাউবনা হায়নিংঙাই লৈতনা লাঃ ১৫, ১৬, ২২। কোকয়ি-কানা—কোক্তা ঈ কাবমথৈ, লাঃ ১৫। কাংথংকাংচাই—মক্কম মরাং খঙ্দনা ইচাই চাইনা লাঃ ১৬। কায়বি—শওমগুম্বা, শওম লাঃ ২০। কর্ণ—( সং ) নাকোং লাঃ ২৯, ৩৫। ককয়োং—অপিকপা য়োং লাঃ ৩০। কঙ্কন—(সং) খুজি লাঃ ৪১। কাঞ্চন--(সং) সনা অহিংবা লাঃ ৫৫। কর্ণ— (সং) নাকোং লাঃ ৬১। কাণ্ড—(সং) অধ্যায়, ভাংকক, লাঃ ১০৩। কীর্ত্তি—(সং) মিংচৎ লাঃ ৫৯।

## খ

খুন্তাকহল্লে—খুন মাঙহল্লে (তুম্মাল্লে) লাঃ ২। খ্বা—য়োং লাঃ ২, ৩, ৪, ৫, ৬, ৭, ৮, ৯, ১০, ১১, ১৩, ২০, ২১, ২২,, ৩০, ৩১, ৩৯, ৪০, ৬০, ৬২। খোংলোই—লোয়নবা লাঃ ৩। খোংলোই পাউহনবা—রাজদূত লাঃ ৩, ১৩। খুং হাইনু চেককুম্ব—খুনুখরং কৌবা শারাক ফবা উচেকুম্বা লাঃ ৪। খুনয়াই—খুনগী ময়াই লাঃ ৭। থমনুং—অশিবগী লৈবাক লাঃ ১২, ১৩, ১৫। খুবানব-ও—হুরানব ও—লাঃ ১৩। খুংফানাইনে—ইখুং চল্লবা ইনাইনে লাঃ ১৪। খনয়েংননা—মিৎ খন্দুনা লাঃ ১৬। খমগে তৌরবদা—মমগে তৌরবদা লাঃ ২১। খকমাদনা—তোকপা, লংপা লৈতনা লাঃ ২৬। খোইয়ম—লাই লাঃ ৩৯। খণ্ড—(সং) মচেৎ লাঃ ৪৮।

## গ

গৃহ—(সং) য়ুম লাঃ ১২। গরুড়—শ্রীকৃষ্ণনা শাদোং ওইনবা উচেক অচৌবা লাঃ ২৯।

## ঘ

ঘট—(সং) ঈশাইফু লাঃ ১০২।

## ঙ

ঙাইরোইননা—লোয়ননা লাঃ ১। ঙমথং—অরাংবা অতিয়া হেক থংনবা লাঃ ৪, ১৮, ২০, ২২। ঙাপুম—ঙা অচৌবা লাঃ ১২।

## চ

চন্দ্র—(সং) থা লাঃ ১। চকমোম—মৈ লাঃ ৩, ২৬, ১০১। চোয়নৌ হিংওন মানবা—সনা অহিংবা মানবা লাঃ ৪। চৈরৎতনা—অতৎপা নৈতনা লাঃ ৭, ২২। চৈরোইননা—লোয়ননা লাঃ ১১। চিনকোই—লাঃ ১৫। চিহ্ন—(সং) খুদম লাঃ ১৬। চম্পা—(সং) লৈহাউ চৌংজকু—লাঃ ২৬। চুকোইশা—জগোই শাবা লাঃ ২৯। চিনবাম্বোং চিংশু-উ লাঃ ৩৩, ৬১। চুরাইলাংগুম্না—চরাই-রকপগুম্না লাঃ ৩৬। চিন্তা—(সং) অরাবা রাখল লাঃ ৭৪।

## ছ

ছায়া—(সং) মকম, মমি লাঃ ৪২ ৪৭। ছবি—থাং মচা লাঃ ৯২।

জ

জীব—( সং ) থৱাই পানবা লাঃ ৮। জন্তু—( সং ) থৱাই পানবা জীব মচা মচা লাঃ ৮। জয়—( সং ) য়াইফবা লাঃ ১১। জটায়ু—রামায়ণ মতমগী অচৌবা উচেক নিংথৌ লাঃ ১৭।

ট

টিমেন—টা লাঃ ৪৩, ৬১। টাথুম—টানা থিনবগী মথুল লাঃ ৫২, ৬২।

ঠ

ঠাকুরানী—( সং ) ব্রাহ্মণগী লুপী, লক্ষ্মী ঠাকুরানীবুস্থু হায়নৈ লাঃ ১২।

ঢ

ঢল—ময়ায় পাকপা পুং মথল অমা লাঃ ৯১।

ত

তয়ম—মনাই লাঃ ২, ১২, ৩৮। তাংজা—শককম, লিন, মায়থোং লাঃ ৪, ৬, ১৮। তনবা—নিপা লাঃ ১৮। তপস্যা—( সং ) লাইনিংবা লাঃ ৩১। ত্রিভুবন—(সং) মরোল অহুম লাঃ ২৮। তেৎনৌ—য়োৎ লাঃ ৩৯। তেজ—(সং) মঙাল লাঃ ৪২। তিলাং—চিন্দগী থোকপা তিল লাঃ ৬১।

## থ

থয়াং মথৌমনবু—মতিক মথৌনাবু লাঃ ২। থৌখামখোনগী—তোকলো হায়না খাম্লকপা রাকমদগী লাঃ ২৬। থোংলেন-খৈদা—অরোইবা থোংজাউদা লাঃ ৩০। থৌওইদবনা—থৌশা-দবনা লাঃ ৩০। থিঙমদনা—মশীং থিবা ঙমদবমখৈ লাঃ ৩৯। থৌহু—মুং লাঃ ৪৩, ৪৪।

## দ

দয়া—( সং ) থৌজাল লাঃ ১। দণ্ড—( সং ) মরাল লাঃ ৩, ২৬। দানব—(সং) হিংচাবা লাঃ ৯, ৩০, ৩৯। দক্ষিণ—( সং ) খা থংবা মায়কৈ লাঃ ৯। দেব -( সং ) লাই লাঃ ১২। দাস—( সং ) মনাই লাঃ ১৩, ১৪। দৈত্য—( সং ) হিংচাবা লাঃ ২০, ৩২। দেবরথ—( সং ) লাইগী দোলাই লাঃ ২৬। দুঃখ ( সং ) অৱাবা লাঃ ২৮। দ্বার—( সং ) থোঙজাউ লাঃ ৩১, ৫১। দশানন—রাবণ, মকোক তরা পানবা লাঃ ৪৩। দোষ—মরাল লাঃ ৫৭। দিব্য—( সং ) লংলবা, মকুবা লাঃ ৭৫।

## ধ

ধ্বজ—(সং) ফিরাল লাঃ ১৬, ২১, ২২, ৩৫, ৪৭। ধনু-(সং) লীরুং লাঃ ২২, ৪৯, ৬৪।

## ন

নোংমল্লবগা—শিরবগা লাঃ ২। নব—(সং) অনৌবা লাঃ ৪। নৱাচাবু—নরম্নাইবু লাঃ ৯। নেৎচৎয়ান—নেৎনা নেৎনা চণ্ডুনা য়ানবা লাঃ ১২। নশানৌ—ননাও নিপা লাঃ ১৪। নদাই—ননাই লাঃ ১৫। নোংহামলে—তাম্না উরে লাঃ ১৬। নোংমল্লে—শিরে লাঃ ১৭, ১৮, ৩৭। নোংমলহল্লে—হাৎলে, শিহল্লে লাঃ ২০, ২২। নোংশিং পোংলুম-পি—মুংশিত্তা তোংছুনা লাঃ ২০। নোঙ্গামম্নগে—শিমিম্নগে লাঃ ২৬। নোয়না ওম্দমলে—হয়াউনছনা জগোই শানরে লাঃ ২৯। নোংমল্লউঙনে—শিগদবা মতমনি লাঃ ৩১। নৃত্য—(সং) জগোই লাঃ ৭৭। নর—(সং) মী লাঃ ৪৮। নম্‌কন্‌থক্তা—নঙ্গল মথক্তা লাঃ ৪৯। মমশা—চন্দন থিনবা লাঃ ৪২, ৯৮। নেম্বী—শিংনাং লাঃ ৭০। নীংখনথিয়ে—রাখল তৌখিয়ে লাঃ ৮৭। নারী—(সং) নুপী লাঃ ৮৮।

## প

প্রথম—(সং) অহানবা লাঃ ১। পনউথক্তা—উনা শাবা শগাই মথক্তা লাঃ ৩। পাউয়া-ও—ঐগী রাহৈ অসি য়ারো লাঃ ৮। পুণ্য—(সং) অফবা থবকী মহৈ লাঃ ৮। পঞ্চবটী (সং) উহৈ মথল মঙা হোৌবা উমং অমগী মমিং লাঃ ১২, ৩২। পোনবী—য়ুমদা য়োকপা উচেক লাঃ ১২, ১৭, ৩৯, ৪০। প্রাণ-(সং) থৱাই লাঃ ১৩, ১৪, ১৫, ১৬, ১৮, ২৮, ৩২, ৩৫, ৪৫।

পামেল—ঊ পাম্বী লা: ১৩। পাউহনবনে—পাউহনবা, পাউ-চৎপা মীনি লা: ১৩। পনঊ—উনা শাবা শগাই, পল লা: ১৫। পাউয়াঙম্দে—হায়রকপা ব্রাকম য়াবা ঙম্লমদে লাঃ ১৫। পারী—মচানিপা লাঃ ১৬। পক্ষী—(সং) উচেক লাঃ ১৭। পায়মা—পুক্নিং লাঃ ২৫। পুষ্প—(সং) লৈ লাঃ ৪৩। পঞ্চ—(সং) মঙা লা: ৫৫। পাউখি-থোক্লা—অথিবা অকাম্বা ব্রাহৈ হায়ত্নবা লা: ৫৮। পদ্ম—(সং) থম্বাল লা: ৬৮। পর্ব্বত—(সং) চীং লাঃ ৮৩। পাশান-খিরো—ইরুজরুরো লা: ৯৬।

ফ

ফৈরোই থাগুম্না—শম্বল ফৈনা খিংত্নবা খাবগুম্না লা: ১৪। ফাঙম্লোই—ফাবা ঙমলোই লাঃ ১৫। ফৃইনা—কুংনা লাঃ ৩৯। ফিরোই—ফি মখল শুবা লাঃ ৪১। ফৈরাতান্দা—ফৈগম্বক্লা লাঃ ১০১।

ব

বৈরী—(সং) য়েক্লবা লাঃ ১৩, ৫৬, ৬৭। বেটা—(সং) মচানিপা লাঃ ৪। বানর—(সং) লা: ৮, ১৫, ১৬, ১৮, ২৭, ৩৫। বিচার—(সং) অচুম অরান লেপ্পা লা: ১২। বচন—(সং) ব্রাহৈ লা: ৬। বিক্রম—অথৌবা লা: ৪১। বর—(সং) থৌজাল লা: ৫১, ৫৫। বন—(সং) উমং লাঃ ৫৭। বাহু—(সা) পাম্বোম লা: ৬৫। বীর—(সং) অকনবা—লা: ৭১। বিপ্নি—(সং) য়ৈখাইবা—লা: ৮৯।

## ভ

**ভয়**—( সং ) **অকিবা লাঃ** ১৫, ৭৬। ভরত—**অযোধ্যাগী** শ্রীরামচন্দ্রগী **মমা** তিন্নদবা মনাও য়াইমা লাঃ ২৮। **ভক্ত**—( সং ) **মনাই লাঃ** ৩০, ৪৯ ভূমি—( সং ) **লৈবাক**, পৃথিবী লাঃ ৫৬।

## ম

মন্ত্রনা—(সং) রাতান্নবা **লাঃ** ২, ৬। ময়ুং **কুইবা**—মরেপ রাংবা, য়ান্না শাংবা **লাঃ** ৪। মপা তাম্বনে—**মপা** লৈতবনে **লাঃ** ৪, ৭। **মথোক্লকপা**—**পাঙ্গল** ইনথংলকপা লাঃ ৪। মরোং তমগুম—চবোদা পান্দম্বগুম লাঃ ৫। মায়া—মীনম্বা **লাঃ** ৬। মাণিক্য—(সং) মণি-মুক্তা **লাঃ** ৭। মাই লেপ্পা—মাইয়োক্লনা লেপ্পুনা **লাঃ** ১২। মদাইরেম -**মনাই** নিপা **লাঃ** ১৫, ২২। মুর্খ—(সং) **অপঙ্বা** লাঃ ১৫। মদাইরেম—**মনাই অচানবা লাঃ** ১৬। মদোমদে—মতোল লোমদে, লোইদরি লাঃ ৬১। মতানবোম—**মপাম**-বোম **লাঃ** ৬৫। মিত্র—(সং) মরুপ **লাঃ** ৭৬। **মৈরৈমা**—মৈগী মবেম্মা **লৈমা লাঃ** ৮৬।

## য

যৌবন—(সং) মথোক কারকপা **লাঃ** ৭, ৯, ৪২, ৪৫, ৪৮, ৬৩, ৬৪। যাত্রা—(সং) খোংশানবা **লাঃ** ৩১, ৩৯, ৫৪। যম—(সং) অশিবশিংগী **লাইগী** নিংথৌ **লাঃ** ৬৩।

## র

রাজা—( সং ) নিংথৌ লাঃ ১, ১৩, ৬২। রাজ্য—(সং) নিংথৌ পানবা লৈবাক লাঃ ৭, ২৮। রক্ত—(সং) ঈ লাঃ ৮, ৩০, ৩৩, ৫১, ৬৫। রাক্ষস—(সং) হিংচাবা লাঃ ২৬। রথ—দোলাই লা: ৪২। রস—( সং ) মহী লাঃ ৪৭। রাক্ষসী—(সং) হিংচাবী লাঃ ৫৫।

## ল

লিলাথৌগুম—লিন অথৌবগুম লা: ৪। লোভ—( সং ) অপাম্বা লাঃ ৮। লঙ্কেশ্বর—(সং) লঙ্কাগী মবুংঙো নিংথৌ লা: ১১, ১৬, ২৪। লানশীরে—লান্দা শিরে লা: ১২। লেমলৈ—ঙা লা: ১২। লাংলেন—লাং পুম্নমক্তগী লেন ওইবা অথোইবা লা: ১৬। লাইবার—লানথাউ পুবা মী লা: ১৬। লিলা থৌরী য়েৎনা—লিন্না পুন্দুনা ( নাগপাশনা পুন্দুনা ) লা: ১৮। লাঙ্গোই—শাম্নু লা: ১৮, ২২। লৈদা ওন—লৈবাক্তা ওন্দুনা লাঃ ২১। লনকুবিরময়ে—থৌজালবিরময়ে লা: ২৯। লোইমোম—ফৌ লাঃ ৪২। লাংফেৎ—হাইরপ লা: ৫৮। লিনকোয়গী—গর্ভগী লাঃ ৭২।

## ব

ৱাহমখোনগী—হায়রকপা ৱাফমগী লাঃ ১০। ৱাহন্নগুনো—ৱা হায়রগনু লাঃ ১১। ৱাথিদবা—ৱাথক তৌদবা লাঃ ১২। ৱাথি—থিজিনগদবা ৱাফম লাঃ ১৫। ৱাহমথিয়ে—হায়থিয়ে

লাঃ ১৬। রাংলেন—পুং লাঃ ১৬। রাইরা—ভেন লাঃ ২১, ২২, ৩৩। রাইচাউবনা—খুৎলাক অমা চাউবনা, (খুৎপাই ফাবনা) লাঃ ৩৯। রাইফাবনা—রায় ফাবা খুংলাইনা লাঃ ৪০।

## শ

শ্যাম—(সং) শংবানবা লাঃ ১। শান্ত—(সং) অতপ্পা লাঃ ১। শানখৈরুও—মিংনা ভশেনা চেকশিন্না য়েংলু ও লাঃ ২। শকলেন-ওন—মশক ওন্দুনা লাঃ ২। শমু নমদা হুন্না—রাখল ভৌদনা, থোশাদনা লাঃ ১৩। শান্তি—(সং) দপ্তি, মরাল লাঃ ১৪। শূন্য—(সং) অহাওবা লাঃ ১৭, ১৮, ২০, ২৪, ৩৩, ৪৪, ৪৮, ৭৬। শব্দ—খোঞ্জেল লাঃ ১৬, ৭৬ শাস্থ্ পলবদা—মশা লোৎলবদা লাঃ ১৮। শংশংবনে—অবেপ্পনে লাঃ ২৫। শৈনাইনং—খুোংথিবা নংহুনা লাঃ ২৭। শিঙ্গা—খোনবা যন্ত্র (খুৎলাই) লাঃ ৩৫। শাজম পুবা—মী অমত্তনা পোং অনি চৈ মতোন্দা য়ান্দুনা পুবা লাঃ ৫২, ৬১। শাখায়না—মশা খায়হুনা লাঃ ৯২।

## স

সম্পাতি—অচৌবা উচেক অমগী মমিং লাঃ ২, ১৮। সেনা—(সং) লান্মী লাঃ ৩, ১০, ১১, ১৬, ২৭। সূর্য্য—(সং) নুমিৎ, কোরৌ-হনবা লাঃ ৪। সহায়—(সং) মতেং পাংবা লাঃ ১১, ৫৮। সময়—(সং) মতম লাঃ ১২, ১৩, ৩২, ৫৮। সন্ধান—(সং) মপা য়েংহুনা পান্দম্বা লাঃ ১৪, ১৫, ২২। সংকল্প—রাশক লাঃ ১৪, ২৮। সারথি—(সং) শগোলগী দোলাই থৌবা মী লাঃ ১৮, ২৪, ৪৫।

সামগ্রী—(সং) নিংথৌগী পোৎলোই মশীং শুবা লাঃ ২৫। স্বামী—(সং) মবুংঙো লাঃ ২৫, ২৬। সরস্বতী—(সং) মহৈ লাইরেম্বী লাঃ ২৯। সুরা—(সং) য়ু লাঃ ৫১। সৃষ্টি—(সং) লৈশেম নোংশেম লাঃ ৫৫। সুমাই—শুম্মাং লাঃ ৬০। সাক্ষাৎ—(সং) লেপ্পা, শোয়দনা, তশেংনমক, শংশংনা লাঃ ১০১। সপ্ত—(সং) তরেৎ লাঃ ১০৩। সমাপ্ত—(সং) লোইরবা, অরোইবা লাঃ ১০৩।

হ

হনু ইয়াইকারবা—হনুরক্লবা, অহল ওইরক্লবা লাঃ ৮। হকচাউবা—মশা চাউবা লাঃ ৯। হানথোকনেংনে—হানখিগদবা নুমিৎনে লাঃ ১০। হিগোক—নিম মচু লাঃ ১৩। হুয়েল—লাল লাঃ ১৬, ১৮, ১৯, ২০, ২১, ২৯, ২৫। হেমোইবিগনে—পুক্লিং চিংনবিগনু লাঃ ২৮। হুয়েন্নরে—লান শোক্লরে লাঃ ৩৩। হলরাইরক্করে—হল্লক্করে লাঃ ৩৮। হস্তি—(সং) শামু লাঃ ৪৬। হৃদি—(সং) থমোই লাঃ ৭০। হুপহিরোই—হুকখিরোই, চাইহৈরোই লাঃ ৭৭, ৭৯।

ক্ষ

ক্ষেত্রি—ক্ষেত্রি শাগৈ, খুৎলাই পায়বা জাৎ লাঃ ৯৬।

য়

য়োংলেন—য়োং অচৌবা লাঃ ৩, ২০। য়াইবী—থরাই লাঃ ৫। য়িমজংখিয়ে—ময়ুমদা চংখরে লাঃ ২৭। য়োইচানঙময়ে—চানবিনা ওক্লমই লাঃ ৩৪। য়িথাদা—ঈশিং তাবা থাদা লাঃ ৩৬।

# অৱানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অৱানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ১ | ৱাইকৱেন | য়াইকৱেম |
| ১ | ১ | শিংয়েন | শিংলেন |
| ৬ | ১১,১৯ | য়াইহৈষদা | ৱাহায় হৈষদা |
| ৭ | ৩ | নথোক্লকপা | মথোক্লকপা |
| ১৪ | ১২ | লৌনৱাগী | লৌওন ৱাগী |
| ১৬ | ১১ | নফিয়োই | ফিয়োই |
| ১৯ | ৮ | থৌৱংতনা | চৈৱংতনা |
| ২০ | ৩৫ | থায়াংতনা | থয়াং তম্না |
| ২২ | ১৮ | য়োমপাইওম | য়োমদমপাইওম |
| ২৩ | ৮ | য়েংমু | য়োংমু |
| ৩০ | ৭ | লংজা | লাংজা |
| ৩২ | ১১ | কাওৱা | অঘুম |
| ৫৮ | ১০ | লাৎকেৎ | লাংকেৎ |
| ৭৩ | ১৫ | অতিকার | অতিকায় |
| ৯৩ | ১১ | ৱাখুবিচাওম্না | ৱাইখুবিচাওম্না |
| ৯৪ | ১৪ | লনট-টা | লনডন-টা |
| ১০২ | ২ | ৱালেন | ৱাংলেন |



---

